# ꯉꯥꯡꯂꯩꯅꯕ ꯏꯊꯛ ꯏꯄꯣꯝ
# ঙাঙলৈনবা ঈথক ইপোম

নেপ্রম মায়া



কলচরেল ফোরম মণিপুর
২০১০

***Nganglemaba Eethak Ipom (Crimson Tide)***, a collection of 16 Manipuri short stories by Nepram Maya, Published by Nepram Mohindro, Sagolband Nepra Menjor, Imphal, for the Cultural Forum Manipur, Imphal, 2010

ISBN 978-81-9200-070-4



অহানবা ফোঙবা ঃ সেপ্টেম্বর ২০১০, নেপ্রম মোহিন্দ্রো, সগোলবন্দ নেপ্রা মেঞ্জর লৈকায়, ইম্ফালনা কলচরেল ফোরম মণিপুর, ইম্ফালগীদমক ফোঙবা।

মখূম ঃ বিবেন্দ্রজিৎ নাওরেম

কপি মশীং ১০০০



**মমল: লুপা ৯৮/- (লুপা মবিফুত্তবানিপাল)**



সোফ্‌ট প্রিন্ট, ইম্ফালদা টাইপসেট তৌবগা সিবোই ওফসেট প্রিন্টর্স, থৌবাল কৈথেল, থৌবাল—৭৯৫ ১৩৮, মণিপুরদা নম্বা।

**কচ্চবা**

ইখূৎ পাযদুনা চৎপা তম্নিবক্তুনা
পুন্সিগী অৱা-নুংঙাই খঙহনর্বিবিবা
পাবুংগী মফমদা কর্চ্চবি
নচাগী *ঙাঙলৈনবা ঈথক ইপোম*

নচা
মাযা

# সেক্রেটবিগী ৱাবোল

দ কলচরেল ফোবম মণিপুব, সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিবু নুংশিজবা, যোকখৎচবা পামজবা গ্রহল্লোন অমদি নহাবোলশিংনা পূনশিন্দুনা ইং ১৯৫১ মে ১৭ তা শেমখিবনি। ফোবম অসি সাহিত্য অকাদেমী, নই দিল্লীনা শকখঙলবা সাহিত্যগী সংস্থান অমসুনি। ঋতু ফোবম্না থা অহুম অহুমগী ওইনা লেপ্তুনা ফোঙলিবা চেফোঙনি। ফোবম অসিনা মণিপুবী সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিবু যোকখৎচবা অমদি পূক্লিং যৌগৎপা ওইনা 'থোইবী এৱার্দ' চহী অনী-অনী কান্নবগা সাহিত্য, মতম ঈশৈ, হেন্দিক্রাফ্টকী লমশিংদা থোইদোক হেন্দোকপা দান তৌবকপা মীওইশিংদা পীর্জবি। 'দিনেশ্বৰী মনা' অসিনা সাহিত্যদা চহী অনী-অনী কান্নবগা পীজবনি। ফোবমনা পীজবা মনা অমনা 'হুইবেম অমুবা এন্দ যাইন্নী এৱার্দ লাইফ টাইম এচীভমেন্ট ইন মণিপুবী কলচব' অসিনা চহী অনী-অনী কান্নবগা পেন্টিং (ফাইন আর্ট্স এন্দ স্কলপচব) গী লমদা পীজদুনা লমদমসিগী সাহিত্য অমদি কলচব চাওখৎনবা হোৎজবনি।

ফোবম অসিগী অহল্লোন, নহাবোল অইবা অইবী কযা সাহিত্য অকাদেমীনা পীবা মনা ফংলবা অমদি সাহিত্য সংস্থান কযানা মনা পীদুনা ইকাইখুম্নববা অইবা অইবী কযাসু যাওবে। মসিদা নত্তনা সাহিত্য অমদি সংস্কৃতিগা মবী লৈনবা থৌবম কযাসু লেপ্তুনা পাঙথোক্লি। কলচবেল ফোবম মণিপুবনা টেক্স্ট বুক অমদি সাহিত্যগী লাইবিক কযাসু ফোঙদুনা মণিপুবী সাহিত্যগী সেবা তৌবিবা সংস্থান অমনি।

ফোবমনা ঙসি ফাওবদা তোঙান তোঙানবা মখলগী লাইবিক ১৬ ফোঙখ্রে। হৌদক ফোঙজবিবা নেপ্রম মাযা দেবীগী ৱাবীমচাগী লাইবিক *ঙাঙলৈনবা ঈথক ইপোম* ৱাবীমচাগী লাইবিক অসিনা ফোবমগী ১৭শুবা লাইবিক্লি। অইবী অসিগী লাইবিক অসি অপাবশিংগী মফমদা শিন্নজবি।

ইম্ফাল
১৫/১২/২০১০ ইং

ডা ঙাঙোম একাশিনী দেবী
সেক্রেটবী,
কলচবেল ফোবম মণিপুব

# ৱাহৈ খরা

ক্ইবে ৱাবীমচাগী লাইবিক অমতংগা পুথোক্নে খনবা। মঙম ইশান শান্দনা অসুম্মক লাকখি। ফোঙবা ঙম্লবোইদ্রা হাযবগী মিপাইবা অমসু পোকখি। লাইবিক অমা মপূং ফানি ফাবোই হাযবগী চিংনবনসু পূক্লিং লৈতাহনখিদে। মচেৎ মচেৎ ইশিন্দুনা থমখিবা কযা মপূং ফানবা হোৎনবদা অৱাবা অমসু ওইখি। মকপশিংনদি তত্তনা থৌনাদি হাপ্পিখিবনি। 'থেঙমল্লে' হাযদুনতা লাকখিবনি। ইশানা মঙম শানখিদবনা পূম্নমক মাঙজবসনু খল্লকপসু যাওখি।

ঙসিদি অবৈবা থৌনা খোমজিন্দুনা ৱাবীমচাগী অনীশুবা লাইবিক ওইনা চোইনা চোইনা চেফোঙ কযাদা ফোঙখিবশিং খোমজিন্দুনা মপূং ফাবা ফাদবা যেংঙুদনা লাইবিকসি ফোঙনবা হোৎনজবে। ৱাবীমচা খবদি সাহিত্যগী মমিং লৈববা সংস্থান কযাগী চেফোঙশিং *সাহিত্য*, *ঋতু*, *ৱাখল*, *সাহিত্যগী লৈচল* অমদি পাউচে *হুইযেন লানপাউ*দা ফোঙখ্রে। ফোঙখ্রবা ৱাবীমচা কযাদু খোমজিঞ্জদুনা লাইবিক ওইনা ফোঙবদা যাতনবিবে। মসিগীদমক মবী লৈনবশিংবু থাগৎচবি।

খূৎই ওইনা লৈবিঙৈদা মকপ দোনেশ্বৰ কোঙ্গম, ওজা কে ঐচ গোকুলচন্দ্রনা পাবিখিবা অমদি প্রুফ লৌবদা মতেং পাংবিখিবগীদমক্তা লমন তোনশিঙবে। চিববা তানফম অমদা অথুবা মতমগী মনুংদা লাইবিক্কী মখূম যেকপিবকখিবা মকপ বিবেন্দ্রজিৎ নাওবেমবুসু থাগৎচবি। লাইবিক অসি ফোবমগী মিংদা ফোঙজগে হাযকুবদা হবাওনা যাবিবকখিবগীদমক্তসু কলচবেল ফোবমগী প্রসিদেন্ট ডা এন জি নবচন্দ্র অমদি সেক্রেটৰী ডা এন জি একাশিনী দেবীবুসু থাগৎচবা ফোঙদোকচবি। অদুগা লাইবিক অসি নম্নবদা অচৌবা থৌদাং লৌবিখিবা ইপ্পা ইমোজীৎ নিংঙোম্বম অমদি লাইবিক অসিবু অথুবা মতমগী মনুংদা নম্বা লোইশিনবিখিবা সিবোই ওফসেট প্রিন্টৰ্সকী প্রোপ্রাইটৰ ডা শৰৎচন্দ্র নিংঙোম্বম অমদি প্রেসকী অতৈ ষ্টাফশিংবুসু থম্মোয শেংনা থাগৎচবি।

অইবী

# য়াওরিবশিং

## ৱাবেপ

"হাই! থবো কৈদৌনবা নখোলদু তাবা মখৈ পংকৌদা কৌবিবনো? কান্নদবদা ইবেম্মা।"

"কৌদদি কৈনো তৌশিন্নদনা লৈথোক্লবা হোৎনবশিংসিদি নমদুনা কৌথোক্কদবনি। মসিবু ঐখোযতগী অততাইবো?"

ইনে তোম্বী মখা অমুক তাবকখিদ্রে। চুম্মী হায়না খনব্রা খঙদে। লীৎলিব পাম্বোম যাওদবী ফৃবিৎতুগী ফৃবিৎখাউদগী বেডি মচৈ অমা লৈথোক্লা মচীন্দা চৃপখি। মৈখেৎতো মব্দ শিন-শিন্দুনা খেৎলি। যামল্লক্লবদুদা মচীন্দগী বেডিদু লৌথোক্লা পৈনা চৈবকই।

"মৈখেৎনেনা লর্মশি মব্দদুঙাই, লাই হেক থাওই। বেডি মচৈসিমতা থদে তৌবা্ন হেক যাদে। চাকসু চখোম অমফাও হুক্ল ক্লবনি নঙনা ঈদাং হেক লাঙবদা। মৈখেৎ থাওব্র বেডি অমুক্তা চমগে। নত্তে থবো অদুম কৌ লৈদৌ শব্দক নং অমা পাযবগা খুটিদু যৈকচোনে।"

খুটি পোম্ব যৈবগী চৎনবীসিমদি লমদমসিদা নত্তনা অতৈপ্পা মখম অমতদা লৈতে। ওল্লোক্লা মণ্ডপ লৈত্রবা। নোংঙাল্লমদাইগী গোবিন্দগী শ্রীক খোঞ্জেল, সন্ধ্যা আরতিগী শঙ্খকী মখোল, গির্জাদগী য়ৈবকপা ধর্মগী পাউজেল পুবা কাংশিসু নত্তে। মণ্ডপ লৈত্রবা, লম্পাক মীনা চোলহনবা ঙম্বা, লৈকায ৱাথোক কযাগী বাবেপ লৌনবা, ৱাযেল কযাগী ফল হাযদোক্লবা মশা মথন মথন্তা মযুমদগী থোবক্লবা কাংশিনি।

ইনেতোম্বী ঙাঙনা ঙাঙনা বেডিদু লৈজবী থাদুনা শাংনা চিংদুনা মৈখদু মনাতোনদা কামথোবকই। চেনা যোম্বা মযোম অমসু কনা ফাক্লি।

"কৈনো চাকসু চাদ্রি হাইদাইনে?"

"চাদসন্ন। কা চাবদি লাম্মবোই, হোবেল নুমিদাংৱাই ফাওবা ফল্লসু যাবনি।"

মমাযদু অমুক্তং মৈবাশঙগী অহোবা ফক্লাংদুদা ওর্নশিন্দুন. মহীদু ওথোকখি।

"ইনেতোম্বী অযৃক্তা সনাইনবীনা থোবকইদু কবি হাযনবিনো? মাগী নুপাদু থাদোকাপনবা ধবনা ফম্বিযু হায়বিবা?"

"মাগুম্বনা হাযবগা ঐনা হেক্তা য়াগদ্রা? মচা মরানা তৌবদি যেংশিন্দনা।

লেম্না পুশিল্লকপদি থিগৎতে। মাগুম্বনা কেশিযাব ওইবগা মযুম-মকৈ পূংলং লংবা যাব্রা? মতু শোনবা মীবুনা লাকহৎতুনা হাৎতোক্লবা মহোৎনবা। শেলনা থরায লৈবা যাদৌনা। হুং! ঐবু তোম্বী নৎত্রবদৌনা!"

ইনেতোম্বী, হৌখিবা রাবী কযা নৌহৌননা মীৎমাঙদা মবী মবী থোবকই। কনা লৈজদবা মতু শোনবা মীবুদি ঙম্মী হাযদুনা নমদুনা তৌনীংবতা তৌদুনা মীমাঙদা খোঙ্গোযনবিবা। মচা-মশূ কযাদি শিজবসনু খনবা, হিংনবা লশ্বী অমা শেম্বিবসু নত্তবা, অবানবা লম্বীদা কাববাব তৌদুনা লৈবাক প্রজাগী শেনফম কয়াদি হূদান লান্নাদা মবন্নাই ওইনবা হোৎনবা, মযূম মকৈনা স্বর্গমুক রাংখৎপা, মখোঙ লৈবাক তাদবমখৈ জীপ কাবদা খোঙনেৎবা। অদুগা ইনা কনবিনবা । মতম অমদদি ঐবু নমদুনা খোঙ্গোযনখিবা যুযোনবী মিংথোন পীদুনা রাবকইবনি হাযদুনা ইশম ফাওবা কক্লুনা দন্দী পীখিবনি।

"ইনেতোম্বী।"

খংকৌ কৌবকই ... বো। হাইফেৎ খংব গুম খুন্নকই,

"খংবু খংইদা থবো নঙমা। তপ্পা কৌবসু যাই। ইখং হেক খংই। কৈনো হাযযু।"

"সনাহনবীগী নুপাদু ফত্ত-নুংদা থোক্লদি কমদৌনি? সবকাবগী পৈশা মযামদুদি শিংলবোইকো!"

"মরাচাননি কৈনো? অবেম্বা পাম্লুবগীনি, মশা মশানা তৌজবা মশ না ফংজবনি। মতম অমদা ঐবুদি মযাম্না ইম্বোক্লগা থম্বিখিবনি, ঐগীনি হাযবা কনাস্ লৈখিদে।"

ইনেতোম্বী মখোলদু তনীক তনীকই। তনীক্লবা খোঞ্জেল্লক্তা লমন খুমনীংবগী মমি অমদি তাখিমাল্লে। থবোনা ঙাঙলিবদু কযা পূক্রিং চঙদনা তাবি মীৎ কৃপুনা অহাঙবদা যেংদুনা লৈখি। ইনেতোম্বীগী থম্মোযদু তনীক তনীক্লকই। অরাবা নুংঙাইতবগী ঈথক হৌবকই। পুন্সিদা থোকখিবা থৌদোক্লুনা হঞ্জিন হঞ্জিন ইপোম নাইহল্লকই, থম্মোযদা হঞ্জিন হঞ্জিন চৈনা ফাওবকই। ইনেতোম্বী খোঞ্জেলদু হন্না হন্না তাবকই—

"ককথৎলু, ককথৎলু মশমদু লোইনা ককথৎলু।"

"নত্তে, নত্তে শমসিদদি ককপিগনু। মসিমতদি নখোয যাবিযু। নখোযনা তৌ হাযবদুদা তৌজগে।"

"হাই! চীনথীবী তৌঙম্বী যুযোনবী। নঙনা হাযবগা ঐখোযনা হেক যাগদ্রা? নঙনা যু যোল্লে, লৈকায নুপা-নহা মখৈদি নুংদাং ওই যাদ্রেনে।"

অমনা অমুক তনওক ওক্লকই,

"নচৎতি ওক্তে। য়ু য়োল্লগা নচা থাক্কনি হাযবদং খঙবা, লৈকাযগী মী মাঙবদি খঙদ্রেনে নুপা নহা পান্দে মতীক."

"ওক্তেদি হায়জনু। চুম্না চুম্না হায়য়ু, নুপা লৈতে হায়দনা ইচা থাক্লবদি নখোযদগী নিখিদ্রিনা। নখোয় নখোয়গী নুপানা নিশা মযাম যোনবদি লোৎশিন-কৃপশিন্দুনা থল্লগা। থক্তনবা নচা নব্রা ব্রাবকউনা।"

"যেংঙুনে চীনথীবীসে মখজাইসিদা শেৎ হেক থাববু। ককথৎলু মশমসি ককথৎলু। লীক্লি য়াল্লগা লাউ লাউদুনা চৎহনসি।"

কাতি পায়দুনা চঙলক্লিবদু উবদা ইনেতোম্বী ইপা পাখৎলি। মখূৎ অনীনা তুংগী শম্বুলদু পাযশিল্লি। উপাই অমতা উবক্তে। ঙসাইমখৈ অচুম্বনা পাউখুম পীকবসু তাবিনবা অচুম্বা মশক খঙবিবা লৈতবনা মাগী কনাসু লৈখিদে। ইনেতোম্বী উপাই লৈতে। উপাই লৈতবা ব্রাহৈনা হাযবকই,

"ইচে, শমসিদদি ককপিনু। লীক্লি যান্দুনা লাউদুনা চৎলু হাযবসু চৎচগে।"

ব্রাহৈদো লোইফাৎত্রি কদোমদগীনো খঙহৌদে ইনেতোম্বীগী তুংদা কাতিদু চ্রপ লাউনা চপ্লকই। মখূৎ অনীনা মশমদু কন্না পাইশিলদুনা কন্না হাই-হুমজৈ। পাযবিবা খূৎতুগী ব্রাংমদা কাতিদু থাখিবদা শমখোঙদগী পুল্লিবা শম্বুলদগী হীকথদুনা চোইজাইনবকই। হৈথগদবগী মংদুনা লৈবিবা অমুবা নোংগুম শম্বুলদগী নাঙ্গোকপদি ঙমদনা লৈবিবা শমশিংদো ইনেতোম্বীগী লেংবান্দা হীকথদুনা লৈখি।

ইনেতোম্বী ব্রা-লান ঙাঙদনা মমীৎ-মনা চপ যুংখৎলকই। থব্রায পান্দবা অশাবা লাইধিগুম লৈকায় নুপীশিংদুনা তৌ হাযবদুদা তৌখি। ইনেতোম্বী ফুক হৌগৎলকই। মাঙদা থৌবীনা পবেং লেংদুনা কিশি কিদুনা লৈববা লীক্লিশিংদু মঙক্তা যানশিল্লকই। খোঞ্জেল হৌনা লাউদুনা চৎলকই।

"ঐ য়ু যোনবীনি, ঐ য়ু যোনবীনি। য়ু যোন্দুনা ইচা থাকপীনি। ঐ য়ু যোনবীনি। ঙসিদগী ঐ য়ু যোল্লবোই। ঐগী ইচা য়ু য়োনবী, মচা ওইববোই। ঐ য়ু যোল্লবোই।"

মীযাম্না চৎলু হাযবদুদা চৎলি। ইনেতোম্বীনা চৎপা মফম মাযকৈ খূদিংদা লৈকায নুপীশিংদু তুংদা মবী মবী ইল্লকই। কনা অমতনা মাগী খোঞ্জেলদুগী মবক থৎলুবা ঙমদ্রে। ইনেতোম্বীনা হায়নীংবদুতা হাযখ্রে। লাউনীংবতা লাউখ্রে। মপূক্লিংদা মশাগী ইজ্জৎ লৈত্রবা, হিংবগী মমল য়াওদ্রবা কান্নদ্রবা মীগুম থনখ্রে। ইনেতোম্বী পেন্না লাউকবগা, মায়কৈ শীনবা থুংনা চৎলুবগা মৈবা শঙদুদা লেপ্লে। লৈকায মীযামদু মবূক পেল্লবগুম ঈংনা চঙনখ্রে। মশক অমতা উখিদ্রে। ইনেতোম্বীদি মথন্তা লেপ্পমখৈ

লেপ্লুবগা খোঙনা পুবা মাযকৈদা লাক্লুনা মযূম যৌবকখি।

নুমিদাংদু ফমুংদা ফমদুনা অহীংচূপ্পা থম্মোয় শোক্লা কপখি। মচা অনীবু মথাদা চেৎনা কোন্দুনা কপখি, যাম্না কপখি। পুন্সিগী পোৎলূম কযাদি মকোক্তা থোনগৎপিবন্মী। পোৎলূম পুবা ঙমনি ঙন্নোইদি খনখিদবগুম মকোক্তা থোনগৎলন্নগা তূমিন চৎখি। পুবা থাংবা ঙমদ্রবা অৱা-অনাগী পোৎলূমদো থাংথনবা কন্না হোৎনখি। লূম্বদি অসুম হেল্লকই, পুবদা ৱাবকই। ইনেতোম্বী হিংনবগীদমক, মচাশিং থাক্লবগীদমক মীঙোন্দগী নিবদি পামখিদে। লাইবক তিন্নকবা কনানা নুংশিনা মতেং পাংবিবক্লবসু মতেংদুগী মকমদা মদুগী কান্নবা লৌনবা অপাম্বা নিবকপা, খূৎ তিংথোবকপা, মশাগী ওইজবা তাল্লকপা মীৎকূপ কয্যাস্ যাওখিদবা নত্তে। ইনেতোম্বীগী তনীক তনীক্লবা, চূং-ফীবাল চানবা শাবান উবগা মদুগ মশাগী ওইনা মমল ণিদুনা লৈগে খনখিবা মীওইসু যাওবকখিদবা নত্তে। মদূনা খূৎলায ওইন' পুন্সি লানফম লাম্ন্নোক্লবা হোৎনগে খনবদি লৈখিদ্রি। লাকচথীবা মতৌ, মাগী কন্নাসু লৈত্রে খঙনা তৌবা লৈকাযগী মংংদদা ইনেতোম্বী কপখি, যাম্না কপখি, মপূম থীৎনা কপখি। নীংশিংলনু যাদ্রবা নুপু নীংশিংদুনা কপখি। "নঙগীদমক ঐ লৈবিসিদি" ৱাহৈসিমতংনা অবাবা পৃস্বা কোকহনবা মথাদা চেৎনা কোনশিনবিবা মীৎকূপতু ওইহন্নীংলকই। ৱাহৈদো তানীংলকই। পিবাংনা চোৎলবা মাযথোংদো মথানুংদা লোৎনীংলকই। মপুবোইবগী খূৎনা নুংশিনা নানবিদুনা মীৎকী পি তৈথোকহন্নীংলকই।

নোংমসু মুববা শমদুদা মখূৎনা নান্দুনা হাযখি,

"তোম্বী নঙ ৱামল্লেদা, নুংঙাইবা হাযবদু মশক খঙদ্রে। খবসু পোথাউ। নঙগীদমক ঐ লৈবিসিদি।"

"কৈসু কান্নদবদা হৌবক্লে, ৱাযগা ৱাদেগা! ঐনা ৱায হাযবগা যাওগ্নববা?"

"যাওদে। ঐনদি সুম নুপা থোকপা থবক তৌবসু ঙমদবনা নতেংসু পাংবা ঙমদ্রে। ঐনা তৌগদবদু নঙনা তৌ লৈবে।"

"ফবে তোকওদা। তৌদ্রদি নিবগা চাগদ্রা?"

"মসিদি, নঙবু নুংশিদনা হাযবনিদা।"

"ঐবু নুংশি হাযববুদি খঙজে। নঙনা হায়বদা য়াদুনতা লৈববা ঐসে নিবগা হিংঙ্ডদি হাযগনু।"

মীৎকূপ্পুদা পেঞ্জনা লোৎচখিবা মাযথোং। পূক্লিং হকচাং অমতা ওইখিবা মফম, পূক্লিংগী ৱাহৈ কযা অবোনবা লৈতনা হকায হঙ্গোইবা থমখিদ্রবা মফমদু ঙসিদি মৈশানা যোন্নবা তিংখংনা শৌ শাববা মফমগুম ওইবকই। নীংশিংলক্কনু যাদ্রবা হৌখিবা পুসিগী

থৌদোক কয়াদুনা ইনেতোম্বীদুদি ৱাহল্লিবা। মুব শন্নাংলক্তা খূৎশানা নানবিদুনা অহীং কযা তূমহনখি।

"তোম্বী নঙগী শমসে ওম্ছোৱ্রা ফজখ্রে। নহাক শমসিদদি ককথৎকনুকো। মুব নঙগী শন্নাং মবক্তা লৈনবা অমম্বা অহীংদা ওইহন্নীংই।"

"হৌবক্লে চোইত্রং পাত্রং । ঐদি ককথৎলগা শম্বানদোং শেন্নগা যোম্ছোক্লগে খল্লিনি।"

"যাদে, যাদেকো। হায়বিবসিনি ঐদি। ককপগা যাদে। নঙগী শমসিনা ঐগী মায়দা কূপশিনখিবদা অৱাবা পূম্বা কাউদুনা তাইবংগী ৱাংমদা লৈবগুম তৌই। নঙগী শমসিদনি ঐনা ঙাওবিবা, মসিমতংদি ঐগী ওইনা থম্মু।"

চীংগী চীংমায়দা উচাল মনা কেন্দুনা ঙাংলি ঙাংলি কূপশিন্দুনা লৈবদা অউবা কযাগী থম্মোযনা লাঙতক্রবগুম, মঙাল শান্দ্রবা কাদুদা তনীক্লবা হকচাংদা অমুবা শন্নাংশিংদুনা কূপশিল্লকপদা থম্মোয মবাং হৌহনখিবা অহীং কযানি। অমুবা শন্নাংদুনা কূপশিন্দুনা অমম্বা অহীংদা ওইহন্নীংখিবনি। নুংশিনা তপ্না নানবিদুনা চৈনা কযা খাঙহনখিবনি ।

ইনেতোম্বী খঙহৌদনা ফমুংদা ফম্না ফম্না মখূৎনা মকোক্তা পার্যখি। থম্মোয কাযনা হীক্লা কপ্লকখি। নুংঙাইনা তূপ্লিবা মচা অনীদুবু চাগদবগুম যেংদুনা খোঞ্জেল থোক্লা কপ্লকই।

"নখোযনা ঙম্মী হাযদুনা, পাম্মুনা চেংনা থমজবা শর্মসিবু ককপা। হুম্য নিশা যোনবসিবু ইথস্তবা? মশাগী শাদোং ফাওবা হিংনবগীদমক যোনবা ঙন্নববা মতমসিদা মখোযবুদি নখোযনা কবি দন্দী পীবা ঙন্নবগে? অচুম্বা অশেংবা তৌববু মতমসিদা কনা লৈবিবগে?"

অশাওবনা লাকহৎলবা মাযথোংদুনা অমুক্তং যেংথোবকই। ফক্লাংদা যাল্লিবা অঙৌবা লৈ-পবেংনা লৈতেংলবা ফোটোদুনা মোমোন নোক্লুনা লৈবম্বা উবদা ইনেতোম্বী কপ্লম্বদগী চপ লেপখি।

"ঐ হিংখিনি, ইচা অনীগীদমক হিংখিনি। নঙগী নুংশি খূদম মপূং ফাহনখিনি। নঙবু যেংদুনা ৱাশক্লিবসিনি। কৈদৌনুংদা নুপী ওইবীগী ধর্ম লৈখা তাহল্লোই। কল্লিবা শর্মসি অসুম তেন্না লৈবসনু। নঙগী অপাম্বা অমদি নমদুনা মাঙহনখ্রে। মসিনা নঙবু নীংশিংদুনা লৈগে।"

ইনেতোম্বী য়ু যোল্লম্বদগী তপ্না তপ্না হোংলকখি। লৈকায নুপী কাঙলূপকী লুচিংবী ওইবকই। ক্লবকী লৈকাযগী থবক্তা চীথবক্তে। মাগী তন্দবা, থেম নৌদুনা

ঙাঙবা, মীযোক মীচান ফবা, মী থেংনবা মাযোক্লবা ঙম্বদুনা মীনা য়াবদি অসুম হেনগৎলকই। মচা মশূ ফনবা শীনবী মমা ওইনা, লৈকায় মবুং মৌপ্পাগী পুক্সি কনবা ঙম্বী মচে ওইনা, মনুং মপানগী শক্তি পাযবা মীওইবু উনবা ঙম্বী ওইনা মচীন চৎপী পূম্নমক পূনফম ওইবী ইনেতোম্বী ওইবকই। মীচঙ যাম্লকই, মশক থোবকই। মাগী মী ব্রাৎলক্তে। অচৌবা ঈবেলদা অচৌবা ঙা লৈবগুম লুনা তৌবা মফমদা অঙাংনা লৈনীংবগুম ইনেতোম্বীদা পূনফম ওইবকই। মীযাম্না খঙনবকই। তৌগেদা ঙম্লকই। শক্তি অমা মকমদা লোত্তুনা লৈবম্বদু মঙাল ফূদোবকই।

লৈবাক ব্রাথোক ওইববনি সনাহনবীগী নুপাগী ব্রাথোকসি। চাউখ্রবা ব্রাথোক্লি হন্দক থোক্লিবসি। সবকালগী সম্মখ্রবা শেলফম অমা হৈনথোক্লম্বগী খঙনবকপনি। খূৎলায় পাযবা কাঙবু অমনা যাদুনা পাখিবনি। নুপা মযাম অমসু মখোযগী পীদবা যাদে হাযবম্মী হায। লৈকাযগী মৈরা পাযবীনা মতেং অমতং পা 'সনবা মাগী নুপা ফ 'খবগী মাযোক্তা ধবনা অমতং ফম্লিনবা মাগী নুপাবু কর্নাবনবা হাযজবা সনাহনবী লাক্লমখা। ইনেগী মতেং নৎত্রবদি তিংনাদি লাক্লবোই কপ্লম্বনি। হৌখিবা কযাদা মীগী অব্রাং উখিদ্রবসু মশানা ব্রাবক্লবা মতমদদি মীগী মতেং নিবদা ইকাযবা পোক্তে। অশিবতনা মাঙজবনি শিবদগী মুলহৌনবা হোৎনবদা সনাহনবী তৃম্বা চাবা চঙদে। অচীকপা থুগাযদুনা খবোনা হাযবকই,

"ঐখোযবু কবি তৌদোইনো। অমনা ধবনা ফম্লিযু অমনা ফম্বা যাবেন্ট। মযাযদা লৈবা ঐখোযদি কাঙক্রম ওল্লে।"

"সনাহনবীগীবা নঙনা হাযবিদু?"

"মানি, খবদি হেনমল্লবা হাযবদুনি লৈবাকসি।"

"যাই হাযদুনা পংতৌ তৌবা যাত্রা' তুংদা সি থোক্কনি খলহৌদ্রি কৈনো ' মশা মশানা তৌজবদি মশানা ফংজবা তাবনি। তৌসনু অঙম অঙম্বা। মতমদুদা ঐবুদি কনানা ঙাকপিখিবগে থবো। কনা লৈতে হাযদুনা মযাম চঙদুনা ঐবুদি ।"

ব্রাহৈদি খজীক্তনি মখাসু অমতা তানদে। হান্না লৈবম্বা নুংঙাইতবা অমগী লৌ অমা ইথাং থাংনৈ। হাযগে যাওনা হাযবকপা ইনেতোম্বীগী ব্রাহৈদুনা থবো তৃমিন লৈখি। কবিনুংগী হাযজকবনো খল্লকই। মৈশা অমনা ইনেতোম্বী ফম্বা ঙম্লক্তে। ইনেতোম্বী মপূক্লিংদা মওল মওল খল্লি, লৈতাফম খঙদে। পূক্লিংদা মবোল লোল্লকই। মথন্তা লেপ্পবা হোৎনবদা মোৎলবা খোঙশিংনা নৈহৎপিখি। অমোৎপা পক্লবা খূৎশিংনা চিংবিদুনা লাপ্পা থম্লিখি। লাযববনা চপশিল্লক্লবা পুক্সিদা মচাশিং অমদি মাগীদমক কনানা লেপ্লিখিবগে ' অথীবা বদনামনা লাইবক্কী চন্দন ওইহন্দুনা অহীং কয়াদি মমীৎ উইশিন্দনা

নোংঙানখিবা খঙহৌদবনি। পূম্নমক অসি পূক্লিং লাকশিন্দুনা লৈবকখিবনি অদুগা ঙসিনা মখোযবু কনবিনবা, মখোয়বু নুংঙাইহন্নবা হোৎনবা। হূম' ফংজসনু মশানা তৌজবা মশানা ফংজসনু খনখি ইনেতোম্বী। হায়... –

"থবো ইকোক্কী ইশম ফাওবা কক্তুনা ঐবুদি নৈকাযনা ইকাযবা পীখি। ঙসিনা লাম্লি খঙলবা ফাওবদা অবানবদা তোংলি।"

ইনেতোম্বী মকোক্তু নাল্লকই। অৱাবগী স্বব অমতং শাংনা হোল্লকই। অমুবা চন্দন লৈতেংলবা সনাহনবীগী শক্তম মাগী মমাঙদা লেপ্লে। মমীৎ ঈবা চেন্দুনা অঙৌবা ফিজোল শেত্তুনা কপ্পুনা লৈবি। ইনেতোম্বী থম্মোযনা মিনুংশিগী ইনিল অমা লাকখি। পুন্সিদা ফংখিবা চৈনা কয়াদো মশা মথন্তগী ওইনীংলকই। মৈশাদো মী অমতদা ফংহন্নীংলক্তে। লেপ্তুনা মপূক্লিংদা ৱাহং কযা হংলকই। লমদমসিদা অচুম্ববু কনানা তৌবিবগে? তৌনীংবতা তৌবা অচুম অবাল পুথোক্লবা হেৎনবিবা মখোযনা কযা যাম্না চুম্না চৎলিবগে? অচৌবনা চাউনা হূদুনা নুংঙাইবা, লৈত-লাযববনা হিংনবা হোৎনবদা হূমাং তাবা, অচুম-অবাল খৃৎলাযনা ৱাযেনবা মখোযদা পুন্সিগী মমলনা কদায? শক্তি পাযবা মখোযনা শক্তিদুগী মকমদা মীনম্লে খঙনা খঙনা মনীংতম্না ৱাহৈ অমা ফাওবা ফোঙদোকহনবা ঙমহনদবা। শিবগনা মবাল লৈবা।

ইনেতোম্বী ফমদুনা লৈবা ঙম্লক্তে। পুন্সিদা ফংখিবা অৱা-চৈনাখোলদু মথং মথং ফাওবকই। তুংগী পুন্সিগী শক্তম মবক্তা অচুম অবাল মৃক্লবকই। ফম্লম্বদগী ফৃক হৌগৎলকই। খোঞ্জেল থোক্লা থবোবু কৌবকই।

"ইনে চৎলেহে থবো। নঙ মযাম উনবম্মু।"

# অমম্বা অহীংগী মৈশা

হোষ্টেলদা হোষ্টেলবশিংগা খ্বাইদগী পামজনা ঙাইবদি চিঠিনি। অমতগী নত্তে হোষ্টেলব পুন্নমক্কীনি। যুমদগী নংত্রেগা ইমান্নবদগী থাবকপা চিঠি পাযদুনা পাবা ফংবদা নুংঙাইবদুদি তম্বা থোক্লোই। কোলেজ হেক কুম্লকপগা চিঠি উপু মনাক্তা চঙশিনবা হানবা তান্নবদা ইকাযনদে। ঐসু চিঠি উপদগী ঐগী মিং পাবা চিঠিদু তাপ পাযদুনা ঐগী কা তম্মা যি হোংদোক্তবমখৈ ফম্মুংদা লোন্না হাপ্পুনা। কনাদগী চিঠিনো মথক মখা ওন্দুনা যেংলুই। খুৎইদু কনাগীনো খঙদে। মথেব শেংনা থাদবা লৈফম ইমিংদি ঐগীনি। চিংখাউদু তনশেং শেওনা মথক মখা ওন্দনা যেংলুই। ইফ ফজবা খুৎই নবো ইমালোনদা ইবা চিঠি অদুগী অবোইবা চেনান ওন্থোক্লা খঙনীংনা যেংলুই। ইবম্মী -- 'নঙগী নইনে থাবল্লে'। পূমঙক ঙকখি। ইতৈমা মশানা মশাগী পেন্দবা মযাম ইবকপদুদা ঐ ঙকখি। অবোইবা শব্দক্তো ওন্থোক্লা থম্মোয শোক্লা ইবকখি। চিঠিদু পাবদা পি লেপ্পা লৈতনা তাবকখি।

"তোন্দোন থবাযসি মাগীদমক থাদোকপদা কবিসু চিংনদে। পম্ননা কথোকপসু ঙমদনি। পুসিসিদা লৈজবা পূম্বা কথোক্কনা ব্লানা লেপ্লবসু কাবসু থম্লোই। ঐ বাযদা, যাম্না বায। ইতৈমা তৌযম খঙদে। নুপী অমা লৈনা লৈনা নুপী অমা পুশিল্লকপদা নুপা ওইবশিংগী থম্মোযদা কবিসু ফাওদ্রবসু, নুপী ওইবীশিংগী থম্মোযদা থাওবিবা মৈচাক্কুদি মৈবী থোক্তবা মৈশানিনে তোন্দোন। নীংশিংলবোই, কাউগে ফনা খল্লবসু অচাকপা অহীংগী থম্মোয অনীগী অপূনবা অমতা ওইবা মীৎকুপ অদুব্ব কবম্বা নুপীনা কাউথোকপা ঙমগদবনো" লৈজবা পূম্বা মফমদা শিন্নদুনা মাব ঐতগীনি হঙবা থম্মোযগী, অপেনবদুবু মীতোপ অমনা শিনখিবদা ফাওবিবা চৈনাসিমদি নুপী ওইবী অমতনা খাঙবা ঙম্লোই। তোন্দোন, অমম্বনা অঙানববু কূপশিল্লকপদা মীওইবনা অব্লা-অনা যাওদনা পোত্থাববসু ইতৈমদি অহীংগী অমম্বা ওইবক্কনি খনবদা ওন্থোক্লা ব্লাখবে।"

"অমম্বা লৈবমদ্রবা অঙানবা ঙাক্তা লৈবল্লবদি সংসাব ওইবল্লোই। পুন্সিসু অবাবা যাওদনা নুংঙাইবা ঙাক্তা ওইবল্লবদি পুন্সি কৌবল্লোই। ইতৈমগী পুন্সিদি অরাবতনা শাবক্কমালে তোন্দোন, ইতৈমা অব্লাবা মযামসে লোইনা খাঙবা ঙমনি,

অদুবু অমম্বা অহীংগী মৈশা অসিমতংদি ইতৈমা খাঙবা ঙমদে। অমম্বা অহীং ওইবক্কনি খনবদা ইতৈমা ৱায, যাম্না ৱায। অদুবু ইতৈমনা ৱাদনা কযাম কুইনা ৱাখিগদগে ।"

মখা তানা কবি ইবিবা ঐ খঙদে। মযেক অমতসু মীংনা উবা ফংখিদে। মোনদা মায ঊপশিন্দুনা কযাম কুইনা লৈখিবনো হাযবসু খঙখিদে। নীংশিংলকখি—

"নখোযবু কনানো অমতদি চঙলগা অমুক্তা খামলুচো হাযবা, শিবা তাবে নুপীসে। নুগানি ঙম্মী হাযদুনা পংতৌ তৌবে। ফত্তেদকো মসিগী কুলা হাযবা পূমনানসে। শোযদনা পাপ পুনি পাপীসে। মখূৎ হল্লক্কবোই খঙলবা নুপীদা অকনা অৱীং শাবদনা।"

কনানা তাবিনো খঙদে ইমানা ঙাঙলিবদু। ঐ ভাব তাখিদে। ৱা অমতসু হাযকদে। ইমুংদা তাচৌ মুকম মুকম শোনবদি তাখি।

"ঙুক্কেই মীগী মই ... মনাও খংনবদা খাম্বা চঙবগা। খাম্নাংলগা ইমা হেক চঙলগা খাম্মুচো। নহানমুকস্ থীনা হাযবকপদো নখৌ লৈতে ইতৈ-ইনাও খংনজবনি হাযবনপদা কাউববো ইমাবো।"

কনানা লাল্লিবা কনানা চুম্মাবা ঐ খঙখিদে। ঐ মসিমদি খঙই, তাদা কুলনা ইতৈমা থাবল্লিব ওল্লোক্লা নাশিনা পামজনা তৌজবনি। অহল লমন হাযনা শীংনদুনা ... লহোংদুনা লৌবনি। চম্লগা খুঙ্গংগী পুক্স ইচমদা চমজবী নোংমতা মোং-হাদবী ইতৈমা থাবল্লেবু লাইবিক হৈতবীনি খঙনা খঙনা থৱায তানা লৌখবনি। চথোক খোত্তেকপনা পদ্রসু ওফিসতা, হৌ কপদা ইতৈমব উদ্রদ লৈবা ঙমদনা তাদা কুলনা। লৈকায ... হাযনখিবনা 'কুলদি ... মগী লৈনমদা পমঙাও হেক ...।" লৈকায মীনা হাযবা তাবদা থৱায তানা নোকচখিবা তাদা কুলনা ইতৈমা থাবল্লেব থাদোকপা ঙমনি হাযবসিমদি থাজখিদবনি। মতমদে ঐ জ্ঞান ফজনা তানে, অচম অবানগী মপুং ফানা জ্ঞান ফজনা লৈরে। মিনুংশিগী ঈচেল ঈমায চোম্না চেননা মরমনি। ঐবু উবদা তাদা কুলনা ততনা হায,

"তোন্দোন, কোনশঙ চৎপদা নতৈমগা হবা চৎমিন্নৌকে। মথন্না চৎলগন। মথন্না চৎলগা মীনা ফাখিনি। মীনা ফাখ্রদি ঐদি তিংলবোইদবনি।"

"অঙাংদা নাতৈ চাদনা ঙাক্তা হেক চাঙলদনা। কনানব ঐবু ... ফা...ইনা মল্লবা ঐবো।"

"ইবেম্মা নঙতনা মল্লে হনবনি। অমনবা পাম্বা মীসু কোক...ং অমা লৈরনি। নথন্তা চৎপা যাদে হাযবিসিনি।"

"তোন্দোনগা চৎলগা লোইবে, কৈদৌবগে।"

"হো মদু কোক হাযবগা লোইবেদনা।"

চৎসু চৎখি ঐগা ইতৈমা থাবল্লেগা। ইতৈমনা হেক চৎপা মফমদা ঐবুসু পু পুদুনা চৎখি। ইতৈমনা তৌবা খুদিং ঐ লোইনা খঙখি। মাবু নুংশিনা, থীনা, মবৌ লৈনা, শূক্লা যেংবা খুদিংমক। ইমুং মনুংগী কৃপনোম মবক্তা তাদা কুলা অমদি মনেমগী পেন্নবা হোৎনজবদা মীৎকৃপ অমত্তা পোখাবা ফংজদনা নোমজখিবা। অমুকসু নিশানা মযাই কানবা তাদা কুলগী লাকশিনবা ঙমদ্রবা পৃক্লিং ঈশ্বলগী পোথাফম পৃম্নমক পীনবা হোৎনজখিবী ইতৈমা থাবল্লেবু তাদা কুলনা অসুম্না মীবাযবিবক্কনি হায়বসিমদি থাজখিদে।

ইতৈমগী মওংদা থরায তানা নোক্লম্না তাদনা কবিগী অসুম্না হোংলক্লিবা? ইতৈমবু ইমুং মনুংগী থবক নোম্নবা লৈবা অমদৌনা তাদা কুলনা মীবাযবিবক্কনি হাযবা ঐ থাজবা ঙমখিদে।

মবোল থোক্লদবা চৈনা অমগী কল্লবা শাফুনা অমতা ওইবম্না মখোয অনী অসুম অসুম লাপথোক্লবকপদা ইতৈমগী থম্মোযদা খাঙঙমদবা তৌফম খঙদবা শক্তম অমদি মযেক অসুম অসুম শেংলকখি। নোম্না মখে নোমলুববসু হবাও মোমোন্নবা মাযথোংতনা শক্তক ওইজবম্না থম্মোযদা পোথাফম খঙদবা মতৌ অমদি উখি। মশা মথন্তা তূমদনা মঙলাক্লখিবা মীৎকৃপসু ঐ থেংনখি। মীবাযবিববা মাগী নুংশিবা, বাবৌবনা থল্লবা থম্মোয অদুগা হৌখ্রবা পুন্সিগী কাউঙমদ্রবা মীৎকৃপ অদুতনা ইতৈমবু হন্না হন্না মঙলাক্লহনখিবনি।

"তোন্দোন, লাউনে অম্মুক্তা।"

তপ্না কৌবকখিবা ইতৈমগী খোঞ্জেলদু তাববসু ঐ খুমখিদে, মনাক্তা নক্লা চঙশিনবা নত্তনা। মনাক্তা পৈবিবা ফিযামদুদা মুন্না যেংলুই। ঐনা যেংলিবা মীৎযেংদুগী অর্থ ইতৈমনা খঙখি। তপ্না হাযবকখি,

"সিদি কৈসু লৈতবা থবক্লিদা তোন্দোন। থম্মোযগী অপাম্না নুংশিজবা মানা ইনাক্তা লেঙদনা লৈবিবা মখৈদি যুমগী মৌ অমনা তৌবা ঙমদবা কবিব্ লৈবনো? নঙদি চাউজববসু ব্রাখল মপূং ফাদ্রি অদুনা খঙলোই।"

ঐ ভাব তাখি। কবি হাযবিবনো হাযবা খঙলসু তূমিন্না পঙতাদা তাখি। চীন্দগী প্রাহে অনতাদ হাযখিদে। থম্মোযদা অপাম্না, নুংশিবা মশক খঙলবা মতমনি। ইতৈমগী নতেং পাংনীংখি। তপ্না হংখিবনি,

"কাব হাযবনো ইতৈমা?"

তথক তথকপা মীৎযেংনা কোযনা যেংলুবগা মমীত্তা ঈবা চেন্দুনা থম্মোয়গী

পেন্দবা লোৎশিনবা ঙমদনা তপ্না হায়বকখি,

"তোম্দোন, ইতৈমগী থবক অমদা তৌবিয়ু।"

"কৈনো ইতৈমা?"

"লাঙগনু তুমিন্না তৌগদবনি। মী উহন খঙহনবা যাদে।"

থাজদনা ইতৈমনা মাগী ফুবিৎকী ফিখাদগী মথুপ নাইববা চে অমা লোন্না পথোবকখি। চেদো নীক্লবা মখুৎনা পাযদুনা ঈবা চেল্লবা মীৎ অনীদুনা যেংলগা তনীক্লবা খোঞ্জেলদা হায়বকখি, "নঙ মসি ইতৈমদা অমুক্তা পাবিয়ু। কবিনো হায়বা ঐ যাম্না খঙনীংই।"

"ইতৈমা!"

"তোম্দোন, ইতৈমদি মীৎ উনা উনা মীৎতাঙবীনি। মসিতনা ঐবু মীবাযবিবকপনি। ঐ খঙদবা নত্তে।"

মথুপ নাইববা চেদো ঐ পাখি। ব্রাহে অমতা চীথদনা। অদুনা ইতৈমদা কযা যাম্না অব্রাবা পীখিবা হায়বদুদি ঐ খঙখিদে। ঐনা পাবদু তাবগা ইতৈমনা লৈখিবা ফীভমদুদি ঐ উখি। পাবা লোইবদা অহাঙবা মালঙদা ঈবা থাংলবা মীৎনা যেংদুনা লৈাখবদুদি ঙসিসু ঐগী মীত্তা উবি। হংখি,

'ইতৈমা নঙ কপলব্রা?"

"অঙাওবা ইতৈমবু নুপী নৎত্রা, থম্মোয লাকশিনবা ঙমদবী কপচেৎপী ওইনা উবব্রা, তোম্দোন?"

ঐ পাউখুম অমা ফাওবা পীখিদে। নুমিৎতুদগী মাগী থম্মোযদা কবিনো অমদি খনখি। তত্তনা তাদগী ফুবিৎখাউদা যাওবা চে মথং মথং পাহনখি। নোংমতা পেন্দবা নুংঙাইতবা মচেৎ অমতা ফোঙদোকখিবগী খোঞ্জেল অমতসু তাবা ফংখিদে। ব্রাকৎ অমতসু লাকখিদে। অদুবু ইতৈমগী মাযখোংদা তাবিবা শীংননীংবগী, মশাবু অমুক্তং মীকপ থোকহঞ্জগে হায়বগী মমি অমদি উখি। অসুক কনবা পূক্লিংগী অনীংবা, থম্মোযবু লাকশিনবা ঙম্না, হোৎননীংবগী থৌনা যাওবমগনি হায়বসিমদি ঐ থাজবা ভুমখিদে। ইতৈমগী অচেৎপা থম্মোয পূক্লিংগী মওং উকবগা ঐনা খনখি - নুপীবু কনানা থম্মোয শোনবীনি হায়বিবনো? নোংমসু ঐবু মনাক্তা নক্না ফমহন্দুনা মাগী অপাম্না ফোঙদোকখিবনি।

"তোম্দোন ইতৈমা ব্রা অমা হাযগে নহাক যাগদ্রা?"

ঙক্তমক নোমখি হায়যু হায়বগী।

"নঙ ইতৈমনা হায়বা যানিকো? কনা অমতা হায়দোকপা যাদে।"

"উমা"

"নঙ ইতৈমগী অপাম্বসে অমতা থুংহল্লু।"

"ইতৈমা।"

"তোন্দোন মী অমদা খঙহনবা যাদে, ঐখোয অনীতা খঙনসি।"

পৃক্লিংবু ল্যাকশিন্দুনা তপ্পা হাযখি, "হায়যু ঐ কনাদা হায়দোক্লোই।"

"অশেংববা? নঙ ইতৈমবু লাইবিক মযেক অমুক্তা খঙহল্লু তোন্দোন। ইতৈমা লাইবিক মযেক পাবা ফাওবদদি হৈনীংই।"

ব্রাহৈদু তাবদা ঐ অঙকপগা লোয়ননা ইতৈমদা মুন্না য়েংখি। মানসু মুন্না য়েংলদুনা লৈবমখি। ইতৈমগী থম্মোয়দা পোক্লিবা পেন্দবা, নীংঙমদবগী চৈনাদো ঐঙোন্দসু ফাওখি। অপাম্বনা মাঙ থাখিবা, হোৎননীংবগী ব্রাখলদুনা ইতৈমগী নীংবদু থুংখি। ইতৈমবু লোন্না লোন্না লাইবিক তাকখি। খঙনীংবা অপাম্বা পোক্লবা থম্মোযদা অথেঙবা মঙনবা হাযবা অমমুক লৈব্রা? হৈনীংবা খঙনীংবা পোক্লিবা ইতৈমগী মশানা পেন্দবা অমগা লোযননা শীংননীংবা, অপাম্বদু ফংনবা হোৎনবদা অব্রাবা খঙদবা ইতৈমগী মফমদা থেংনখি। হৈসু যাম্না থুনা হৈখি। খঙনীংবা কযাদু শাজিন্দুনা পাবা হৈখি। খঙনীংবা কয়া মযেক শেংনা খঙবা ঙমখি। তাদগী অবোনবা চিঠি কয়া মশা মথন্তনা অমতা চিন্থদনা পাবা ঙমখি।

মশা মথন্তনা থম্মোযবু ফাজিন্দুনা ব্রাকৎফম লৈতবগুম নাইতোম তাববা মীশক্লুম লৈবা শক্তম অদুমদি ঐ উখি। মপুবোইবনা মীবাইবিবগী নুপী অমগী থম্মোযনুংদা লৈবিবা খাঙঙমদবা চৈনা মবক্তুদা মৈশা অমনা মথন্তা চাকথেকহন্দুনা মৈশা লাংনা লাংনা, হোৎননীংবগী খাঙবা কনবগী মমিদ্মদি লোৎশিন্দুনা থল্লবসু, ঐ খঙখি, ইতৈমবু নাকল অমদা ইপ্লোক্লুনা থম্বিবিবা তাদা কূলগী মফমদা শীংননীংবগী অপাম্বা, লোৎশিনবা ঙমদ্রবা অবংবা নাপলগী মমি অমা তাবকখিবদু। মপানথোংদা উবিবা নুপী ওইবীগী অথোৎ অমেঙ শক্তমগী মকমদা মৈগী চীংগুম ফুন্নিবা পেন্দবা নীংঙমদবা কযাবু ফুমজিন্দুনা লৈখিবদুমদি খাঙবা কনবনি হায়দবা ঙমখিদে। কয়াদা খাঙবা কনখ্রবা, মসিবু নুপী খূদিংগী থম্মোযদা লৈবমগদ্রনে? হাযফম খঙদবা ব্রাহং মযাম অমনা ইশাবু লৈতাফম খঙহন্দবা মীৎকৃপসু যাওখি। অপাম্বা, নুংশিবা কযাবু খূদুম চন্দুনা থম্মোয়নুংদা ফুমদুনা মনুং হুঞ্জিন্না লৈবল্লিবা শক্তম, কনা খঙহন্দনা লোক্তুনা নুপী ওইবীশিংগী থম্মোযনুংদা লৈবিবা অপাম্বা নুংশিবদা কথোকপা, খাঙবা কনবগী গুণ অস্মিদি ঐ ঙক্তবা ঙমখিদে।

পৃক্লিংগী অপাম্বা, মপুবোইবগী থম্মোয়নুংগী মিনুংশিগা লোয়নবা পৃক্লিংবু

লাঙতক্রবা ৱাহৈ, নুংশিনা খঞ্জবিবা মহাক্কুগী মফমদগী থৌজালগী ৱাহৈ ফংদ্রবদা কবম্বা নুপীগী থস্মোযনা পেম্ন্থোক্লা লৈবা ঙমগদগে? ইতৈমগা তাদগা অনীগী মবক্তা কবিগুম্বা নীংঙাই শংদানবগী ৱাহৈ খবদি নোংমা তাখি। ইতৈমগী ৱাহৈ অমদা তাদগী ৱাহৈদি লোইবা খম্বা নাইদনা দাগফম নাইবা চৈনাদগী হেনবনি।

"ঐগী ফৃবিৎখাউদা যাওবা চেদু থেংনদ্রা?"

"কবম্বা চেনো?"

"চে হাযবদি চে, যাওবম্বা চেদো লৌথোকপ্রা হায়বা?"

"লৌথোকপদি নত্তে, ফি শূনবা পুথোকপদা ফৃবিৎখাউদা যাওবম্বা খবদি লৈ।"

"লৌশিল্লিদু কবিগীনো হংলিবনি। ফৃবিৎখাউদা যাওবদু লৌথোক্লগা কৈদৌগে হাযবিনো? ওফিসকী মাঙবা যাদবা অকবা চেনি। অমতসু খঙদনা কৈদৌনবা?"

"ঐবু ইবা পাবা হৈতবীনি খন্না অমম্বা মফমদা নমশিন্দুনা থম্বিনবা হেক্তো হোৎনবিবে। ইখৃৎ পাযদুনা অমম্বদগী চিংখৎপিবগী মহুত্তা হেন্না অমম্বা মফমদা থম্বিনবা হোৎনবিবদা নুপা ওইবগী থস্মোযদা কবিসু নুংঙাইতবা পোকপিদ্রা?"

"তৃমিন লৈযু তানীংদে। প্রমাণগা পাম্নগা তৌবদনা? নঙনা কবি খঙলদনা? চে মচেৎ অমতা লৌথোক্কনু, পাযসু পাযনু। পাযবা যাদে, মাঙহনবসু যাদে। অকবা ঙাক্তেনি।"

"লুনি, মমল লৈবা অকবা ঙাক্তা ওইনি। ঐ হান্না খঙলমদ্রবসু হৌজিক্তি খঙলে, ওফিসকী কযাম লুবা চেনো হাযবদু। মদু মাঙদনবা ঈশিং চোত্তনবা শূবমদাইদা লৌথোকপনি। নামা শোযবা খৃদিংমকসু থস্মোয পানবনি। মিনুংশি খঙবনি। থস্মোয চৈনা ফাওবনি খঙবিযু।"

"মসি ঐঙোন্দা পণ্ডিত শাবেনে। নশাদু অমুক্তং হস্থনা যেংলগা ৱা ঙাঙভু।"

ফজনা, নুংশিনা খনবিবা মহাক্কুনা মীবাযবিবকপদা থস্মোযদুদা ফাওবিবা চৈনা অদুমক্তংদি ইতৈমনা খাঙবা ঙমখিদে। ইতৈমবু লাইবিক হৈতবীনি খন্দুনা কাখৃ অমদা নমশিন্দুনা থম্বিবা, তাদগী নুংশি ৱাহৈ অদুগী ওন্ন-তৈনবা পাউখুম পীবকখি। তাদগী অবোনবা লমচৎ ইতৈমনা খঙলক্লবদা ৱাহৈগী মহুত্তা পোৎ-চৈ লংবগী মখোলনা খংপ্রেক খংনা তাখি। ইতৈমগী অকম্বা মিপাইবা যাওদবা ৱাহৈ অমদি ঐ ঙসিসু তাবি। ঙসিসু নীংশিংলি।

"নুপীনা মপুবোইবগীদমক পুম্নমক কথোকপা ঙস্মী, মাগীদমক খ্বাইদগী ওইজবা তানবসু ঙস্মী। ফংনীংলিবদু ফংনবা হোৎনবদা অকিবসু লৈতে। ওইজবা তানবগী থাক্তা লৈবী পৃকচেল পীকপী নুপীদু ঐদি নত্তে। ঐদি অনেম্না থাক্কুদা লৈদুনা

ওইজবা তানগদবা নুপীসু নত্তে। ইমীৎ তাঙবীগুম লৈববসু কথোকপা ঙম্বা খ্বাইদগী ৱাংবা থাক্তা লৈবা নুপীনি, মসিমত্তংদি খঙবিয়ু।"

নুমিত্তুদগী তাদা অমদি ইতৈমগী মবক্তা লৈই অমদি চিংখিমালে। অমতা ওইবম্বা থম্মোয় অনীগী মবক্তা থাজদবা লৈইসিনা থম্মোয় অনীবু লাপথোক্লহনখি। অশেংবা থম্মোয়গী নুংশিববু শকউদবা থাজদবা খূৎ অমনা মূখৎনবা হোৎনখি।

নোংমসু তাদগী ফূবিৎকী জেপতগী চিঠি অমা থেংনদুনা তাদগী অবোনবা লমচৎ কযাদুবু অমতা চীথদনা পাবকপদা তাদা কূলনা ইতৈমগী মমায়দা লৈজবী থাদুনা থাখি। নুমিৎতুগী নুমিদাংনি ইতৈমা তোম্বীবু অনীশুবা যূমগী মৌ ওইনা পুশিল্লকখিবদু। নুমিৎতুদা ইতৈমা থাবল্লেনা কপখিবদু ।

নুমিৎতুদা ঐনা খনখি, নুপী অমনা নুপী ওইবী অমগী খ্বাইদগী থম্মোয় শোকপা তৌবির্বসিবু কবিনো? মাগী থম্মোয়দুদি নুপী ওইববসু নুপী নত্তে। থম্মোয় মৈশা পীবা মৈবীনি, পুন্সিবু উৎ ওলহনবা ঙম্বা মৈবী। ইতৈমা থাবল্লেবুসু কোংহনখি নুপী ওইবীগী অথোৎপা, অমেঙবা, মিনুংশি পূম্নমক নূংগুম্না কনশিনহনখি।

পিনা থূমহৎলবা মীৎমাঙদা অৱাবতা শকক ওইববী ইতৈমা থাবল্লেগী শক্তমনা ঐবু কৌবকপগুম তৌখি। ঐহাক খোঞ্জেল থোক্লা কপশ্লমালে।

"সিং নঙ কপ্লিব্রা?"

কনানো অমনা ইনাক্তা ফমথবক্লুনা ইশা পাযদুনা হংলকই। পিনা মোনদু পূমচোৎ চোৎলম্লে। চিঠিগী মযেকশিংদুসু পিনা চামথোক্লম্লে। মযেক অমতসু পাবা থোক্লে।

# পুন্সি অমা

চহী অনীমুক শুববা মচাদু পোবোই পম্বোই তৌদুনা ট্রেন ষ্টেসনগী তিল্লিবা মীযামদু মবক খায-খাযদুনা লাক্লি লক্ষ্মী। মখূৎ য়েৎতা খাউ মচা অমসু চেকশিন্না পাযবি। অমুকসু মচাগী লুমাঙদা তাবক্লিবা চবা-চবাবা অঙাংবা মশমদু মখূৎ ওযনা লামদুনা নুংশিনা হৃগৎশিবি। খঙলে মশা যাম্না শাবে। ট্রেন ষ্টেসনদগী খবা চৎথোক্লগা মৈঙাল ফংফাত্তবা শঙশাংদুগী মকমদা পাযবকপা খাউদু পোপ থাদে। মচাদু তপ্না ফমহল্লগা খাউদুদগী অমনবা খবব, প্লাষ্টিক মথং মথং লৌথোবকই। লৈমাযদুদা ইপাক পাক্লা খববশিংদু থানবা হোৎনবি। অমা অমুক হাপচিল্লি অমা অমুক লৌথোকই ফনা কুইনা চঙই। মওং তানা থাবা ঙমদ্রিবা খববশিংদু মচাদুনা অমুকসু চিংথোকই। অশংবা মচুগী প্লাষ্টিক অদু খবব মথক্তা থাজিল্লি অদুদগী শেগাযবা ফি অমনা প্লাষ্টিক অদু থুংনবা কৃপশিনখি।

অমোনবা তেবা মোম্পাক্কী নুংঙাইবা মশক খঙজদ্রবা পীক্লিবা অঙাংদুদদি নুংঙাইববা তেবাগী মোম্পাকনি। মচাদু হীপহল্লদুনা খাউদুদগী চেনা যোন্বা মযোম মথং মথং লৌথোবক্লি। তল মচেৎ অমা শেৎলদুনা মচাদুদা ইনবিবি। মচানা মঙক হাইদুনা চানীংদে হাযবা ঊৎলি। মখূৎনা মচাগী মবাযবক্তা নুংশাথীনা নান্দুনা যেংলি। অমুকসু তল মচেৎ অমমুক ইনবি। চাও হাযবা যাদে, হাইফেত্তং নোক্লুবগা মচেৎতু মযাদা হৃকচিনখি। মচেৎ অমা অমুক লৌথোক্লুনা হৃক্কে তৌবকই। খংলেপ লেপ্লি। মখূৎতু তপ্না থাংথখি চেদুদা যোমশিন্দুনা খাউদুদা অমুক হাপচিনখি। মচাগী মনাক্তা তপ্না হীপথদুনা মচাবু নুংশিনা কোনবিবি।

অযুক অঙনবদগী ট্রেন ষ্টেসন অমদগী অমদা মচাদু পমদুনা নিবা যাবা নিকর্বনি। খবনা নুংশিনা, খবনা অথীবা খোনফম্না ঙাঙলকপা মা কবিসু খনখিদে। পীক্লিবা মচা অনীদুগী মপূকপু থল্লবদি হাযবসিতনি মানা খল্লিবা। অদুনা নিবদা কবিসু চিংনদে, কবিসু খন্দে। নিবনা মাগী শিনফমনি। অথীবা ব্রাহৈনা পীবকপা ইকাযবদগী পূ থনবনা হেন্না ওইজে। মমীৎ উইশিন্নবা লাক্লে। অপীকপা মচাদু খোম্লাং মাযোক্লদুনা খল্লি মচা মুনিদু হল্লকখিদ্রেদা হীদাক অমতা লৈহল্লগে খনবনি। খোঞ্জেল অমনা মীৎ খংপাং পাঙহল্লি।

"ইমা ট্রেন অমা লাক্লনি। সে চাবম্মু, ঐ থুনা লাক্লে।"

"নত্তে, চৎখ্রনু মুনি, অঙাংসি মশা ঙমদে হীদাক অমতং লৈবগা তূম্লবা তৌসি।"

"ঙাইখো মসিমতং লেপ্লিঙৈদা কাখৎহৌবগা মথংগী ষ্টেসন ফাওবদং যাওকগে। পৈশা খবদি ফংলক্কনি, বাবাসু লাক্লিসিদি।"

"যেংঙু মোনাসে মশা শাই। নপাদুদি হল্লক্তবনা ফববনি। হেক লাকপগা পৈশা পীযু হাযবনি। ফুবগা চৈবগা মীফত্তদু হল্লক্লবসু ফবে।

ৱাহৈদো তাখিদ্রে মুনি চেন্না চেন্না চৎখ্রে। অচেনবা ট্রেনগী দবা অমদগী দবা অমদা অচাইবা মযামদু শীৎকনি। অফংবা খূনবা য়াবা খবসু খূনগনি। অদুদগী অপীকপা মখূৎ মচাদু তিংথোক্লনা নিগনি। মখূৎতা হাপ্লকপা পৈশাদুতনি মানা থৱায তানা যেংলিবা। মিনুংশি মচেৎ অমতা যাওদনা তাম্থোবকপদা কবিসু খন্দে। লক্ষ্মী মচাবু নুংশিবা হেল্লকই। ট্রেন মনুংদা মচাগুম্বা কযানা তনান-তনান লৈহৌবা কযাবু উবগা মচাবুসু ফজবা ফি-বোল শেৎহন চাহন্নীংই। খনবসু খল্লি — ষ্টেসন মযাসিদা নোংজু নুংশা খাঙবা যাবা প্লাষ্টিককী খাংপোক মচা অমতংদি শানীংই। মপূক্লিংদা ট্রেন মনুংগী মেম মানবীদু খংনীং নীংশিংলকই। নাকলগী খাউদুদা হাপখিবদুদা অমুক চেপথদুনা হীপ্পা হীপ্পা যেংলুই। মশক্লা ফর্জবিবা মিনুংশিদি মচেৎ অমতা হেক যাওদে মেম মানবীদো। মানা চাবদা লেম্বদুবু নিবদা খূৎতা ফাওবা হেক হাপনীংদে। থোংনাউদগী নিকর্বনি মখূৎতা হাপ্লক্কদবোই নীংলুই। মঙোন্দা মুন্না যেংলগা তালি মযাদা চৎলিবা মপূক শীংলবা হূইদু তম্না মযোমদু লংখির্বনি। চেনশিন্দুনা মযোমদু হূইদুগী মনাক্তগী খূল্লকপনি। মচীন থোক্লা মথন্তা শোনখি —

"অচ্চা! মশক্লা মপূকচেলগা খেন্নমল্লি। মশক্লা ফর্জবিবা মপূকচেলনা থীবিবা। অবেম্বদুফাও চাও হাযদুনা হবাওনা পীনীংদবা।"

মচানা পীবম্বা মযোমদু অমুক যেংলুদ্রে, চাগে হাযনসু খন্দ্রে। মঙৎ ইকায কায়দনা নাকন্দুদা থমখ্রে। নাকনদা তূপ্লিবা পীক্লিবা মচাদুদা মুন্না যেংলি। মখূৎতুনা লাইবক্তা নাল্লুবি। শাবর্দি মৈ হৌবে। অমোৎপা বোটলদুদগী ঈশিংদু ফিজেৎ অমদা চোৎহল্লগা তপ্পা তপ্পা নানবিবি। অমুক মখূৎনা লীৎলিবা ফূবিৎকী থবক্তা হূমজিন্দুনা চেৎনা যোম্বা মযোম মচা অমা কিশি থোক্লগা পৈশা মশীং থিবি। লুপা মঙামুক্তং লৈববদি মচাগী হীদাক লৈবা কোন্নর্বনি। মুনিদো লুপা মঙাদং ফংলক্কদি যখ্রনিদা। থুনা লাকহন্নীংই। পৈশাদো অমুক চেৎনা শিন্দুনা ফূবিৎ মনুংদা অমুক হাপচিনখি। যূম অমতংদি শানীংবনি নোংজু-নুংশা খাঙনবা অঙাং অনীসিগা। পৈশাসে ইকোন হেক কোন্নদে। লোন্না মপুবোইবা খঙহন্দনা লোত্তুনা থল্লকপদুসু মচাগী হীদাক লৈবদা শীজিন্নখ্রগনি। মপাদ্ লৱক্লগা হায়গদৌবসু পেশাসি পুবগা হল্লক্রবোইদবনি। হীদাক অমতং লৈবিকচো হাযবা ফাওবা হাযফম লৈতে।

পৈশাদু মপুবোইবা উহনবসু পামদে। অমুকসু খল্লকই মুনি লাক্লদি ফগ্লনিদা। লক্ষ্মী মাগী নুপাবু ৱাবৌবনা থল্লকই। মচীন থোক্লকই—

"ফৎখিদ্রবা হায়বদুনি মিনুংশি মচেৎ অমা ফাওবা খঙদবা শানি। মতু-মচা ফাওবা নুংশিবা খঙদবা পাপী সবাবী, ময়ুদা থক্লবা খন্দুনা লৈবা। হঞ্জিল্লক্তবনা হেন্না ফববনি। হেক হল্লকপগা তূম্ফম চাফম হেক খঙহন্দবমখৈ স্নব ফাওবা ইথন্তা হোনবা ঙমহল্লোই।"

মুনি মপাদু ময়েক মশোন খঙদবা ঈশৈ ঙংলদুনা মখোঙদু থাংবা থোক্তনা কাবন কাবন থাংদুনা মমাঙদা লেপ্লে। লক্ষ্মীনা ঙাঙলম্বদু লেপ্তুনা মশক্তু মুন্না য়েংলকই, হৌগৎতুনা চেন্নীংলকই। অপীকপা মচাদুদা শংত্রিক য়েংলম্বদগী ফৎ ওম্থোক্তুনা লাউনা ঙাঙলকই।

"ওম্থোক্লা মিনুংশি খঙখিদ্রবা শানি নঙসে। মী ওইনা পোক্তবনা ফবা জাৎনি। নোংঙানবগা য়ু থকপা চৎপা হঞ্জিল্লকপগা ঐবু অৱাবা পীবা। নঙসে হল্লক্তবনা ফবনি।"

"হে, নঙনা হায়বিদো কনাদনো? ঐ নঙগী নুপা, নুপানি খঙলব্রা?"

"হঞ্জিল্লক্লবনিনা চানবা পীয়ু হাযবক্লনি। অহীং তূম্ফম ফাওবা হেক খঙলোইদবনি নঙগী পেন্ননবা হোৎনবদা। নঙদা হঞ্জিল্লক্তবদি ফবদৌনি।"

"কদায় চানবা, লাম্বনা লোইবে। ঙসাইদগী কবিমতা চাদ্রি।"

"কবিগী ঙসাইদগী চাদ্রিবা! সে চাবোসে চানবা মীনি নঙ।"

নাকনদা থল্লিবা ময়োমদু ঈশিং বোটলদুগা লোযননা পীখি। মযোমদু হাংদোক হাংদোক্লা হায়বকই,

"সিখক্তবা? পৈশাদি কয়াম ফংলকই?"

"অদু খক্তা নৎত্রদি কদায়দগী লৌকনি। পৈশানা কদায়দগী? চাবিদুসু হূইদা থাবদগী মূল্লকপনি। নঙদি থক্লগা লোইবে। নচাগীসু খন্দে। ঐঙোন্দা ইচা পীবল্লিবসে লাইবক থীবনি, ইচা পোক্লমদবনা হেন্না ফৈ।"

"তূমিন লৈয়ু। ৱা য়াম্না ঙাঙনু। নঙবু অঙাং পোক্লবা নৎত্রদি কৈদৌননি!"

"পৈশা খিক্তং ফংনবা অঙাং ফাওবা খল্লি। নঙদি চৎপগা থকপগা নশাগী খবচ ফাওবা তানবা ঙমজদে।"

"হে মসি য়াম্না ঙাঙব্রেদা তূমদুম তূম্মু।"

"তূম্বা য়াদ্রি, মুনি লাক্ত্রি।"

"ফৈ লাক্তসনু। মবাইনা লাকচনি। মদুনা ফববনি।"

লক্ষ্মী তৌফম খঙদে। পুক্নিবু হন্না হন্না নিন্দা তৌবকই। কবিনুংগী নুপা অসিগা

থেংনকবা? লাযবনা পোক্লবা পুন্সিদা নিবতনা মথৌ ওইবক্লবসু হিংনবগীদমক্তদি কবিসু খন্দবনি। মমা মপাসু নিবতনা শিনফম ওইবকপনি। ভিক্ষাবী ওইনা পোক্লকপনা ঙসিসু নিবদা ইকাযবা লৈতে। অদুবু মাগী মপানা মমাবু নোংমা ফাওবা ফৃ-চৈবদি উবকখিদে। মচাবু নুংশিবা খঙই। মীগী পৃকচেল চেল্লি, মীগী অৱাবা খঙই। ট্রেন ষ্টেসনগী অহাঙবা মফমদা মযুম ওইদুনা লৈবকথ্রবসু কবিসু চিংনখিদে। খোঞ্জেল হৌনা লাউবকই মুনি মপানা—

"লক্ষ্মী, কবি অমুক যেংদুনা লৈবিনো? হকচাং নম্মু লাউ।"

খোঞ্জেলদু ওম্থোক্না কম্থা কবেংনখ্রে। খুল্লবোই খল্লি। তৃমিন লৈখি লক্ষ্মী।

"হে ননাদু তাদ্রা লাকও হাযবদি কোক লাকউ।"

অথীবা খোনফম শীজিন্নদুনা লক্ষ্মীসু লাউবকই।

"তৃম্মো, তৃম্মো। নঙদি থকপগা তৃম্বগনি। ঐ তৃম্না যাদ্রি, অঙাং মশা অসুক শাবিসি খঙদ্রা? মুনিসু হন্নক্লি।"

লক্ষ্মী খঙই। মানা হেক হাযবা যাদবদা তৌবক্কদৌবিবা ফীভমদু। নিশানা লাকহৎলবা মশাদু অমুক ইন্দ্রিযগী অপেনবা থিবক্কনি। মচীন মখা থীনা ঙাঙলুববসু দুম লাযনা মাল্লবা মপুবোইবদুতা তৃমখ্রবদি হাযদুনা মাগী নুপাগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা মশাদু নম্লুবি। ৱাহৈগী লান্দা অওক-অথোং তৌদুনা নুপী থোক্লা ঙাঙলুববসু মপাঙ্গলদদি মদুমক হেক উৎথোক্লবদি ঙমদ্রি। যানীংদ্রবসু পামদ্রবসু মপূবোইবগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা অপাম্বদু পীবা তাবনি নৎত্রগা অচোপ-অবেম খঙদবা ৱাহৈ মযাম অমা অহীংচুপ্পা তাবা তাবনি। নিশানা লাকহৎলবা মশাদু নুংঙাইবনা পীবকপা অৱাবগী নুংশাম্বগা লোযননা অশিবগুম তৃমখিবা ঙাইবা তাবনি।

মশানা যানীংদ্রবসু মুনিমপানা লক্ষ্মীবু মনাক্তা চিংশিল্লকই। থোইনা পৃক্লিংনা পাম্লুদ্রবসু মাগী নুপানি। পৃক্লিং হকচাং অমতা ওইদুনা লাক্লবনি, তৃমদা তৃমথ্রবদি হাযদুনা থোইনা অথিংবা পীকদ্রে। মাসু নুপীনি পৃক্লিং ঈস্থল ইন্দ্রিযগী অপাম্বদি অদুমক পোক্লিবনি। অমবোমদা পুন্সিদা মবেক মহাও থোক্লা হিংবা ঙমদ্রবসু নুপা অমগী নুপীনি। যু ঙাওবদু মাগী নুপানি, মচা অনীগী মপানি। চৈবা যাবা চৈকুববসু, থীনা হাযবা যাবা হাযকুববসু ইনবদি তাবনি।

মুনি মপানা লক্ষ্মীগী লীৎলিবা ফৃবিৎকী থবক মপাদগী কনতক তৌবা মযোম অমা থেংনবদু মখৃৎনা চেৎনা পাযশিল্লি। মখৃৎনা লক্ষ্মীবু ঈথোবকই। মীৎকৃপ অমা পঙথকববা লক্ষ্মী মমীৎ খংশিং শিংলকই। মমীৎ-মনা লাওথোক্লুনা মাগী নুপাগী মখৃৎতু তাপ ফাগে হোৎনকই। নিশাগী মযাই হাইফেৎ হল্লক্লবা মাগী নুপানা মখৃৎতু কন্না ঈথোক্লল্লগা হীপ্লম্বদগী ফৃক হৌগৎলকই। মযোমদু মখৃৎনা চেৎনা পাযশিল্লগা অকাম্বা

ৱাহৈনা চৈবকই।

"ওক্তবী, নুপা লৈনা লৈনা নুপা ঙাঙনবী। পৈশা ফংলকপ্রা হংবদি ফংলক্তে হায়দাই। চানবদি খূল্লকপা তল ।।জং।। পৈশাসিনা নুপা কনাদা পীদোইনো?"

"হে' হে' মদু লৌবা য়াবোই। অঙাংগী হীদাক লৈনবা পৈশানি। মশা যাম্না ঙমদ্রবজাৎনি। পীবকউ কদায় পৈশাদু পীবকউ। মুনি লাকপা ঙাইবিবনি। হীদাক লৈনবনি খঙলব্রা?"

"ঙসাইদি পৈশা ফংলক্তে হায়বগা মসিনা নুপা ঙাঙনবদা ফংলকইবা? ফৈ, ঐ লোইনা থক্তোক্কে। নঙনা ফংলকপদি ঐগী ওইবা তাই। ফৈ ঙাঙনৌ।"

"মচীনসি হায়বা ঙক্মীনে চন্দালসে। নঙগী নুপীবু ওক্তবীনি হাযবগা ইকাযগেদি হায়দ্রদনা। ইকায়বসু খঙদে। য়াবোই থকপগা অমত্তা, যাবোই হাযবিবসিনি। পীবকউ কদায? নশা নথম্ভগী খনগনু, শূনীংদবা নঙ। য়েংঙু অঙাংসে মশা শাগৎলিসি।"

"নঙ, ওক্তবী খনবা চৎলু। ঐ য়ু থক্কে, অঙাংসু অঙাংগী থোকপা। নঙ ৱাবিযু হাযদে। হিংঙু হায়বগা মবাইনা হিংজনি।"

ফন্নম্বদগী ফূক হৌগৎলকই। কোমতক তৌবম্নবা লোংগ্রিদো হাইদোক্তুনা শেৎলগা মখোঙ থাংবা হৌবকই। লক্ষ্মী অথীবা খোনফমগা লোযননা অচোপ-অবেং খঙদনা ঙাঙনা ঙাঙনা মাগী নুপাগী মখূৎতু তাপ ফাকই।

"পাপী মিনুংশি খঙদবা। পৈশাদু পীবম্মু, হীদাক পীথক্ত্রবদি অঙাংসি শিবা তাবে। শা ফাওবা মচা নুংশিবা খঙই। নঙদি শা ফাওবা ওইদ্রে।"

মুনিমপাদো লক্ষ্মীনা ঙাঙলিবদু তাদবগুম থোইনা নাচুংদে, ৱা মখা তাবমদ্রে। মখূৎতুনা অমুক্তং লক্ষ্মীবু খংইন ঈম্লম্মী। লক্ষ্মী তুংহন্না তুশিনখি। হৌনা কপঙাং ঙাঙলকই,

"মিনুংশি খঙদবা শা নঙবু কবিগী মী ওইনা পোক্লম্লিবনো? নঙ পোক্লমদবনা হেন্না ফৈ। নঙদা হঞ্জিল্লক্লনু, শিগে হায়বসু শিক্সো মীফত্ত পাপী নঙ।"

মমাগী অহৌবা মীকপতু তাবদা অপীকপা অঙাংদু মমাগী মনাক্তা চঙশিল্লক্তুনা কপ্লবি। উপাই লৈত্রবী লক্ষ্মী মচাবু শেগায়ববা শাবীদুনা চেৎনা কোনশিন্দুনা কপ্লুবি। চেকশিন্না থাজবম্বা, শেগাযবা ফিনা কূপ্পা হীপফমদু খঙহৌদনা হুন্নকপা নুংশিৎনা মথক-মখা ওম্থোকপমখৈ মফম খঙদনা হুমদুনা পুম্রি। খববগী চেনাশিং পল্লেপফম খঙদনা লৈনা লৈনা পাইখ্রি। মঙাল ময়েক শেংনা ফংদ্রবা মফমদুদা মচা মুনিনা মখূৎ অনীনা চে ময়োম অমা পায়দুনা মপি ঈবা চেন্না মমাবু য়েংদুনা তূমিন্না লেপ্লি।

# উপালদুগী উকমদা

“অশেংবদু নশানা খঙনা শৎ-শৎ হায়দোকউ। হংবা ঙাইগনু, খঙলব্রা? নুপী নহাদা ঙাওশিন্নবা নথৰাযদো হিংনীংলদি হাযদোকউ নৎত্ৰবদি মব্দ অমদা থেৎ , লোইববনি।”

ব্ৰাহৈসি লোইশিল্লকপদা শেৎ লাউবা খোঞ্জেল অমা তাবকখি।

“নত্তে, ঐনা মাঙহনবা নত্তে, মানা ঐবু নমদুনা মাঙহনবনি।”

“কবি নুপীনা নুপা মাঙহনবা। নচীন থীবা, নুপীবু শান্নপোৎকুম খনবা।”

ফৃবগী মখোল অমা অমুকসু তাখি।

ইবোতোম্বা জ্ঞান তাবকপদা কাংথক অমদা লৈবম্মী। মনাক্তা কনাসু লৈবা উদে। মকোক চীক চীক লাউই। থাঙ্গৎপা ঙমদে। নুমিদাং থোকখিবা থৌদোক্ন্ নীংশিংনবা হোৎনৈ। মঙ হাগুম মচেৎ মচেৎ নীংশিংবা নত্তনা মপুং ফানা নীংশিংবা ঙমদে। মফমসিদা কবম হাযনা যৌবল্লিবা, মদুসু ভাব তাদ্রি। মমীৎ উইশিন্দুনা নীংশিংনবা হোৎনৈ। মপূক্লিংদা নাকল নামতা যেংবা মীৎযেংবু ব্ৰাবৌবকই। মশা মথন্তনা মশাবু মাঙহঞ্জবে খল্লুবদা শিখিবনা ফবে খল্লকই।

লৈকায মৈবা পাযবী ইমা ইবেলশিংদি লংলা-লংজিন খজীক্তা ওইববসু খঙখিমাল্লে। অদুগা অচুম-অবান পুথোক্লবা হোৎনবিবা খূংলায পাযবশিংনদি মবাল পূম্না মথক্তা শীনবা হোৎনবি। লম্বীসিদা চঙশিল্লুবগী মবাল মথন্তা ওইবগদ্ৰা? মতমসিদা লাল্লবসু মীচং, শেল লৈবা মীগী মতমনি। শেল, নোংমৈগী মকমদা তৌবা ঙমদবা লৈতে।

হৌখিবা থৌদোক কযাবু তপ্না তপ্না লোইনা নীংশিংলকই ইবোতোম্বা। অবোনবা অমতা খাক্তনা নুংশিনা শিন্নবল্লবা সনাহনবীনা মচীনমক্না ‘মাবু নমদুনা ইজৎ মাঙহনবিবে, ঐদি ইপুবোইবা লৈবীনি’ হাযবসিনা মাবু মফমসিদা য়ৌবকখিবনি নীংশিংলকপদা নুপীবু তৃক্কচনা খল্লকই। ইতৈমা কৌবম্বদগী নমহায, নঙ-মা যৌবকখিবা নোক্লীংলকই, কযাদা হকচিন্না লোয়নকবা, ঙসিনা শিবা চঙবা মফম খঙদবা মফমদা মানা লৈবি। মচীন থোবকই ইবোতোম্বা—

“তৃক্কৎচৈ, নুপীগী লমচৎ, ঙাইহাক্কী অপাম্বা অপেনবা ফংনবা নুপাবু মখূৎতা

থোকপগুম শীজিন্ননীংবা মওংদা শীজিন্নবা, মশানা মশাবু মীনমজবদা চিংনবা ফাওদবী, মশাবু তুলসী মনা শাবী, থুই ."

অৱাংপা লৈত্রবী সনাহর্ন ।।ন৷ ইবোতোম্বদা নকশিন্নবা হোৎনবকপা কুইববনি। কবিগুম্বা তাঞ্জাদা মশাবু লাকশিনবা ঙমজদনা—

"ইবোতোম্বা ফমসি লাউদনা। নখোয় তাদসু লাকখিবোই। য়ূমগী নুপীবুদি ওফিসকী থবক্তা লুই খনস্ত্রে। পুন্সিসে নাইতোম লৈবসু নুংঙাইতেদা।"

"কৈনো ইতৈমগী কবিবু ৱাংলিবগে?"

"ৱাত্তে, অৱাংপা লৈহন্দে নখোয় তাদনা। ইবোতোম্বা, অৱাংপা লৈহন্দে হাযবসু য়ূমগী নুপীনা হেক্তা পেম্হোকপা ঙমত্রা? নুপা নুপী য়ূম্বানমিন্নবা হাযবসিদি অমনা অমগী পূক্লিংগী অপাম্বসু খঙনগদবনি। পাম্মী হাযদুনসু চীননা ফোঙদোকপা যাদবা ৱাসু লৈ। পূক্লিং ঈহুল খঙনা লৈমিন্নবদুনি য়ূম্বানমিন্নবা হাযবদুদি।"

"তাদনদি ইতৈমবু অদুক লুনা তৌবিদুদি।"

"হাইমা ঐনা লুনা তৌদে হাযবগা য়াওখ্রবো।"

"ইতৈমনা হাযবিদুদা য়াওদ্রো।"

"কৈনো মসিমসু খঙজিল্লু হায়বনিদা।"

*নকশিন্না ফম্মিন্নবিবা ইবোতোম্বগী মশাদা সনাহনবীনা মখূৎনা তপ্পা ফৃখি। মখা তাবকই—*

"ইবোতোম্বা কবিগুম্বদা ঐগী নুপাগী মতম্বাক্তা ইকোকসে ঙাথদুনা ঈপ্পগা নুংশিনা নানবিবসু পান্নকই।"

ইবোতোম্ববু তোযনা কৌদুনা পাখোল ইনৎ নত্তবদা পাখোল শীবা, সনাহনবীগী ৱাহৈগী অর্থ মপূং ফানা ইবোতোম্বা খঙলকই।

নুংশিবা লৈগী লৈনম নম্লীংবা, ফজবা পোৎ যেংনীংবা, মহাও খঙদ্রিবা পোৎকী মহাও তংনীংবা মীওইবগী হৌনশানি। অপাম্বা পোৎতা পীনীংবা উববদি লৌবদা ইকাযনদবা মীওইবগী লীচৎনি। সনাহনবীনা ইবোতোম্ববু তাঞ্জা চাদনা অচীকপদা ৱাবী শানবা হোৎনবা, নাতৈ চাদবা ৱাহৈনা নোক্রেমনবা ইবোতোম্বসু খঙই। মশক খঙদ্রিবা পোৎ খঙনবা হোৎনবগুম, ইবোতোম্বসু সনাহনবীগী ঈপাক্তা অমুক তাউখৎ অমুক লূপশিন শান্ননীংলকই।

সনাহনবীনা ইবোতোম্ববু নকশিন্ননা খনবা হেল্লকই, মাগী মীদা মী ওইনা খল্লকই। অবৈবা পূম্বা মাগী শক্তক পীনীংলকই।

"ইবোতোম্বা ইবান্নী থবক অমতা চৎমিন্নসি নঙগী গাড়ীদু শংবা নৎত্রা?

চৎমিন্নবা মী অমতা লৈতদুনা তৌবনি। নঙ তাদগা চৎকে তৌবনি, ওফিসকী থবক থাদোকপা য়াদ্রে হায়বক্লে।"

"য়াই, কদাযদনো?"

"চৎলগা খঙজনি। লোইবগা কৌবকউকো অদুদি।"

"হোয়।"

নোকফেৎ তৌশিল্লম্মী সনাহনবীনা। ইবোতোম্বা মীৎ কৃপ্তুনা য়েংহৌই।

সনাহনবী হেদ ক্লার্ক চাউবগী নুপীনি। মশা নহা ওইবি, মচা লৈতে। অহল হাইফেৎ ওইশিল্লক্লবা হেদ ক্লার্কনা য়ুমগী নুপী য়েংশিনবদগী ওফিসকী থবক যেংশিনবনা হেন্না পৃক্লিং চঙই। অদুক হাক্লা নুপী নহাগী পূক্লিং, পূক্লিংগী অপাম্বা খঙশিন-উশিনগনবা মীদি নত্তে। য়ুমগী নুপীদা অবাৎপা মশক খঙহন্দে। হেদ ক্লার্কনা নুপী ওইবীগী থম্মোয়, পূক্লিংগী অপাম্বা, লাকশিনবা ঙমদবা পূক্লিংগী ঈহুল, ঈখৌলাংবা পোল্লকপদা কবম্না লাকশিনগদগে হাযবসিমদি শুকখঙ খঙখিদে। অপাম্বা পোকপদা, নুংশিবদা ফোঙদোকনদবগুম পূক্লিং হকচাংগী অপেনবা থিবক' না মপুবোইবনি হাযদুনা মচীন থোক্লা কৈদৌনুংদা হায়বক্লোই হাযবসিমদি হেদ ক্লার্কনা শুকখঙ খঙখিদবগুম তৌখি। ইবোতোম্বা অবাপ্পদগী লাক্লুনা সনাহনবীগী মযুমদা ভাডাদা লৈবগা বিক্লো থৌজববসু মশা পাখঙনি। তনাপ তনাপ লাউবা, যেংবদা নুংশিবা পোকপা, মমীৎনা নোকপা, যেংলুবা খূদিং অৱাৎপা লৈতবা মী শুম্বা ঙম্বা নহা পাখঙনি। শেল-থুমদা অৱাৎপা লৈজববসু, মীওইবগী ফীভম মূর্তিদা অৱাৎপা লৈত্রবা সনাহনবীগী অপাম্বা পূম্বা ইবোতোম্বদদি অমতা ৱাত্তনা লৈবি।

ইবোতোম্বা বিক্লোদু কোম্লোংদা ঈম্লোক্লুনা থন্নন্নগা সনাহনবীগী যুমদা চঙলকই, মাঙ্গোলদা লেপ্লগা কৌবকই,

"ইতৈমা।"

ঙাইহাক লকক তৌই, অমুক কৌবকই, "ইতৈমা হো ইতৈমা লোইববো?"

ঈমুংদগী পাউখুম অমা ফাওবা লাক্তে। ইবোতোম্বা থোঙ হাংদুনা লৈবিবা কাদুগী পর্দাদু হাইদোক্লুনা হাইফেৎ য়েংলগা খংকৌ কৌকই,

"ইতৈমা ইতে "

ৱাহৈদু মপূং ফাবা ঙমখিদ্রে। ইবোতোম্বা পূমঙক ঙকই, স্বব হোনবা কাউবদৌনা তৌই। মীৎ কৃপ্তুনা মুন্না য়েংলি মশা পূম্বা অশাবা ঈনা শীনবা থুংনা চেল্লকই। অমুক্তসু মপূং ফানা উখিদ্রিবা নুপীগী ফজবনা শুম্বাৎলকই। য়োৎচাবীনা য়োৎ চিংশিনবগুম তৌফম খঙদনা অশাবা নুংশাম্বব চাউনা হোন্দুনা লেপ্লদুনা অবাম

খৌবাংবা পোক্লবা মীশক্লুম খৌবাংনা মীতানা য়েংলি।

সনাহনবী খণ্ডই, ইবোতোম্বনা লেপ্পুনা য়েংলিবদু। মাদি তৌগে য়াওনা তৌবিবনি। ইবোতোম্ববু মাগী ওইবা পাম্মী। ...না শাজিন্ননীংবা মওংদা শীজিন্নবা য়ানবা শগোল য়াচল লাক্কুনা চুক্কি পায়বা পাম্মী। মাগী মপুবোইবনা অব্রাৎপা মশক খণ্ডহন্দনা থন্নবসু সনাহনবীগী অপাম্বা অমদি পূক্লিংগী ঈখৌলাংবদি ঙসি ফাওবদা ফংহন্দ্রি। ইবোতোম্ববু মাগী ওইবা ফংজববদি অব্রাৎপা মশক খণ্ড্রবা পুন্সিদা পুন্সিবু মহাও লৈনা হিংগনি খনগ্নবদা ঙমদবা কবিবু লৈবিবগে? সনাহনবীনা ইবোতোম্ববু য়াচল লাক্লবা হোৎনবকপদু খূর্জি চেৎনা পাযখ্রে।

ইবোতোম্বনা কবম্বা মীৎকৃপতা ময়াই কাববা শক্তমদুগী মনাক্তা যৌখিবা খণ্ডহৌদে। অপীকপা ইপোম নাইবা ঈপাক্তা তপ্না তপ্না তিনশিনখি, অমতা ওইখি ঈবীক্কা ঈপাক্কা।

ঈশিংনা অনেম্বা মায়কৈদা চেম্বুবগুম মীওইবনা ফত্তবা মাযকৈদা চণ্ডশিনবদা হেন্না খূমাঙ চাওশিল্লি। ওক্তবীনা লাইনীংবা হাযনবিবনি, সনাহনবী মপুবোইবা হেদ ক্লার্ককী সেবা হান্নদগী হেনগৎলি। কবি ব্রাৎলি, কবম কালদা হল্লক্কনি তত্তনা হংই।

"ঙসিদি থেঙলকদ্রা, খবা ঙল্লকপা যাগদ্রা?"

"যাবোই, চহী লোইবমদাইগী থবক যাম্না চিল্লি।"

"ইথম্ভা লৈবসে নুংঙাইতে। লাক্লমদাইদা ফোন তৌবিবকউ।"

"কনানো ভাড়াগী অঙাংদুগা ঙাইহাক কৌবগা লৈমিন্নবম্মু।"

"অদুবুদি যানি।"

"মতমসে য়াম্না ফংত্রবনিনা নথম্ভা লৈবসু ফত্তে।"

"অদুদা নুপা নহাগা অমুক লৈমিন্নে হাযনা মীনা ঙাঙনবক্লবদি ইকাযজেকো।'

"এ! মীনা ঙাঙনগে ঙাঙনজসনু। নপূকচেলদা শেংনা লৈযু। তল্লগা মথম্ভা তোকচখিনি।"

সনাহনবী নোকফেৎ তৌই। মীনোক্লননি মপুবোইববু শুল্লিবসু। মাগী নুপীগী পূক্লিংগী অপাম্বা খণ্ডবা ঙমদ্রবা মপুবোইবনা সনাহনবীদা থাজবা পূম্বা থল্লি। থমফমসু থোকপনি, মাগী নুপীনি, হকচাং তঙ্খায় ওইদুনা লাক্লিবনি। মপুবোইবা হেদ ক্লার্কনা মীমাঙদা মশা মবেং ফন্দোকপা উপাল ওইনা লেপহল্লগা, উকমদা সনাহনবীনা মনীং তম্না পোখানবা হোৎনজে।

সনাহনবীনা কা হেন্না ইবোতোম্বগা লোযনবদা লৈকায় যূম্লোন কৈবোম্নবনা মীৎ নাবদি নোংমা নোংমগী হেল্লকই। মচা-মশূ মাঙলনি খন্নবকই। লৈকায়না ব্রাবক্লবা

কোযশেন শেন্নবকই। মপুবোইবা অমা ইচাউ চাউনা লৈবিবদুগী মকম থৃগ্না তৌবনিনা ফোংনা হেক হায়কবদি ওন্নদে। তাঞ্জা তাল্লুম্নদুনা সনাহনবীবু বাবক্কে খনবা লৈকায়গী মীশীং য়াম্না হেল্লকই।

সন্ধ্যানি। থাশিবমদাইগী অমম্বনা পৃমকৃপ কৃপশিল্লকপা মতমনি। লৈবক্কী খুতি পোষ্টশিং মখোল হৌনা হৌনা য়েবকপদা লৈবক মচীন্দগী হেদ ক্লার্কক্কী শুমাঙ ফাওবা মীনা কৃক-কৃক ইন্নে। অমম্ববু মাঙহন্দুনা মৈবা ময়াম্না পৃমঙাল ঙাল্লকই। লৈকায় মৈবা পায়বী সেক্রেটবি, নহাবোল ক্লবকী অচুম-অবান পুথোকপা ঙম্বা কাঙবু পৃল্লপ থুংলে।

"সনাহনবী থোবকউ, নুপা লৈনা লৈনা নুপা ঙাওনবী, ওক্তবী, অফাওবী, লৈকায পান্দবদৌনা নঙনা তৌনীংবদা তৌবা, নত্তবা লমচৎ চৎপবু কৃপশিন্দুনা থম্বা ওম্বদো? নুপা ঙাওনবী নশমদু খৃদাং য়েৎলগা হাইবগা খঙগদবনি।"

"কন্যা কৎসি, কন্যা কৎসি। খববগী মী কৌ, লৈ পবেং পুবকউ। য়াম্না পামজবদি চৎহনগ্রসি বিক্লো দ্রাইভবসিগা।"

"ইচা ইশু মাঙলনি। থোবকউনহে ওক্তবী লমচৎ নাইদবী। চিংথোবকউ মশা শাগল লাক্লনা।"

অনীমক নমদুনা পুথোবকই। লীলা যেংবদগী হেল্লি মীয়ামদু। ইবোতোম্বা মশাদা অকি তুজুংবা পোক্লসু সনাহনবীনা মাগীদমক লেপ্লিবক্কনি খনবনা কবিসু চিংনদে। লোন্না থৃপ্না অসুম লৈবদগীদি মীমাঙ থোক্লা মাগীনি হায়না ফোংনা লৈমিন্নবনা ফবে খল্লি।

অমনা নমহায় হায়জিল্লকই, "হাই! ইবোতোম্বা মোননা শেঙ্গাও লাকপা। কন্যা কৎপী তাবে ঙসিদি।"

"কৎসি কৎসি।"

বা বা লাউবকই। 'লৈ পবেং পুবকউ, লৈ পবেং পুবকউ' হায়না ইনিল নিল্লকই। কোযবাং লাওই।

সনাহনবী বা মচেৎ অমতা ঙাওদে। হান্নগী হান্না ঈংনা অদুম লৈ। থম্মোয় শেংনা ইবোতোম্বদা তশেংনা লৈগে খনখিবদি লৈখিদে। পুক্নিদা অবাৎপা মশক খঙদনা লৈবিবা মানা শৃবগা চাবা, শূদ্রগা তোকপা মীশক অমদা পুক্নি চূপ্না লৈগেদি মঙদসু মঙখিদে। মসিবু সনাহনবীনা মীয়াম মাঙদা হেক হায়কবদি য়াব্রা?

'হেদ ক্লার্ক লাক্লে, হেদ ক্লার্ক লাক্লে' তৃমিন তৃমিন ঙাওনবম্বদগী লাউনা হায়নবকই।

'সনাহনবীগী নুপা লাক্লে, বাই অমা তাথোক্লসি' হায়না বা বা অমুক নিল্লকই।

মীয়ামদু উবদা হেদ ক্লার্ক চণ্ডক্রে। ব্রাফম পূম্বা মচেৎ-মচেৎ তাবম্বদগী মপূং ফাবকই। থাজখিদে মাগী নুপী সনাহনবীনা ইবোতোম্বগা অসিগুম্বা লমচৎ চৎলমগনি হায়বসিদি শুকথা থাজখিদে। অদুবু থাজদবা পূম্বদি মাগী হকচাং তম্বায় ওইদুনা লৈবিবী নুপী সনাহনবীদা পূল্লপ লৈবম্লে। নুপীদা থাজবা থমলুনু হায়নবিবদু অসিনবা খল্লকই। অমুক্তং সনাহনবীদা য়েংলুই, মীৎচান্নকই। সনাহনবী মপুবোইবা লাকপা উবদা পাঙ্গল থোবকই, লৌশিং লাকই। লমহেনবী মাগী পূক্লিংনা মাগী পূক্লিংগী অপাম্বা পীবিদ্রবা মপুবোইবদুদা ব্রাবৌববসু থাদোকপদি পামদ্রি। ফূক হৌগৎলকই, মপুবোইবগী মনাক্তা চণ্ডশিল্লকই।

কপণ্ডাণ্ড ঙাঙলকই, "ঐগী নুপা লৈনা লৈনা ঐবু নমদুনা ইজৎ মাণ্ডহনবিবনি।"

সনাহনবীগী ব্রাহৈদু তাবদা ইবোতোম্বা মমীৎ মনা চপ য়ুংখৎলকই। মশা পূম্বা থক থক নীক্লকই। ঈগুম্না ঙাঙশিল্লক্লবা মমীৎতুনা সনাহনবীদা চাগদবগুম য়েংলকই। মাগীদমক লেপ্পিবক্কনি খঞ্জবম্বা সনাহনবীগী ব্রাহৈদু তাবদা জ্ঞান মাঙখি।

মশাবু তুলসী মনা শাদুনা ঙাঙলকপদা নুপী অমনা হায়বকই,

"কবি সনাহনবী নশমদু কোগোক্লা ফোয়গে, চীম্বীবী মীগী মচা পাখণ্ডসিবু নমফা ফাবিবগা।"

ব্রাহৈদু লোইফাৎত্রি কদোমদগীনো 'হাৎলো হাৎলো, ফূবো ফূবো' যৌ-যৌ হূপচিল্লকখি। কনামতনা খান্নবা নংহৌদে। শেৎ-শাৎ, তূপ-তাপ মখোলনা নিল্লকই।

ইবোতোম্বা হীপ্পিবা কাংথোলদো নীক্তুনা খোঞ্জেল হৌনা লাউবকই,

"মানি ঐ ওক্তবনি, নুপীনা হায়বা থাজকবনি। ঐবু দন্দী পীবো, ঐবু হাৎলো, ঐবু কাপলো ।"

কোয়না ঙাক শেন্দুনা লৈবম্বা অচুম-অবান থিবা ইচীন-ইনাওশিং নোংমৈগা নোংমৈগা ইবোতোম্বাগী কাদুদা চেনশিল্লকই।

# মকু মঙ

কয়াদা য়ামত্তবা মীয়ামনো! মফম খুদিং মীগী মী ঙাক্তা। কৈথেলদা চৎলে মীগী মী ঙাক্তা, ডোক্টরখানাদা চঙলে অনাবা মী ঙাক্তা, পেন্সন লৌফমদা য়েংলে পেন্সন ফংবা মী ঙাক্তা। থা মরি পেন্সন পীবক্তবদা ৱানববা মীয়ামদুনা মাগী মাগী হান্না ফংননবা হোৎনবদা ঈন্নবিবা অঙকপগী মশক্তি। অহীং নোংয়ায়দগী হৌনা মশা মশাগী পালি ঙাইননবা, মফম কনবিনবা, মচা-মশূ লৈজদ্রবা পাঙ্গল ৱাৎলবা অহল ওইবশিংগী মতৌ য়েংবদা থস্মোয় শোক্তবা য়াওবোই। অহল ওইবগা পেন্সন ফংবা পাপনি। পেন্সন লৌবা অহলশিংদি শিবগা নবকতা লৈবমগদবা মান্দে। অদুবু হিংলিঙৈদা পেন্সন লৌবদদি নবক হায়বদু কমদৌবমগদগে হায়বদু হেক হেক নীংশিংহল্লি। অহলমকসু নর্ৎাত্রবা মৌনহা ঐনা পেন্সন লৌনবা হোৎনবদা অসুক ৱাববসিনদি চহীনা নম্লোনববশিংগী মফমদদি কবি ওইবমগনি? নুমিদাংৱাইবম অসিদসু থৱান, লাংবনগী ওমচাক্লবিবা নুংশা অসিগা ৱাবনা ইশাসে শদৌ থোংলে। শেৎলু ইল্লুবা ফি ফাওবা লোইশিন্দনা ঙাইহাক্তং চকচিক লাংগে খন্না যেন্নদো থাবগা ফনুংদা ফম্বেই ঙাথবোই তৌকবি।

"শখী! তাবিব্রা নঙবু!"

"কনা    কনানো?"

"ঐনো! ঐ    ঙসিদি ঐগা চৎখ্রসি।"

"কদাযদা?"

"ঐগা লোয়নদুনা চৎপবু কবিগী অমুক হংলিবনো? হংদ্রবসু যাবেদা। নঙনা ঐবু খঙদ্রবসু ঐদি কুইবে নঙগা নক্রবা। কবিগী চিংনবিবনো?"

"ঐদি নঙবু    "

"ঐ    দি    কাইনা অমুক ক্ষোথদুনা লৈবনু। ঙসাইদসু বেঙ্কতা ইবানী তুংথ-মাঙথা লেপ্লিবদুদি। ঐনা নঙগী ফিজি পায়দুনা চিংলুবদা নঙসু হন্না হন্না যেংদুনা নোক্ককইবর্দদি।"

ও! ঐহাক নীংশিংলকই। ঙসাই মযাম পবেং লেপ্তুনা মাগী মাগী মপা যৌবকপা ঙাইনবিঙৈদা ঐঙো'না কনানো অমনদি ফিজি চিংখিবনি। ঐসু হন্না যেংখিবনি। তুংদা লেপ্লম্বী নুপীদুনা নুপা অমগা কন্না ৱাবী শানদুনা লৈবদি উখি। ঐঙোন্দা কন্নানসু থেংলমগনি

থাজখিদে। খবদি লাপ্লব্রা খনবনি, ঐনা মুন্না যেংলুবদুদা মাগা মীৎচান্নখি। ঐ হাইফেৎ নোকখিবনি। অদুবু কবিনো মানা হায়বিবসিবু? ওম্থোক্লা তৌবা ঙমলেহে মতমসে নোকপা ফাওবা মপা চানবা য়াদ্রে। ঐসু খোল খবা কনখৎনা হায়কই—

"ঐ নঙোন্দকা শুকনোক হেক নোকখিদেকো। নশকসু খঙদে, অমুক্তসু উজখিদ্রি।"

"নত্তে শখী, নঙগা ঐগা লৈমিন্নদে হায়বতনি। ঐগী লৈজবা ইবল ইথুম পূম্নমক হৌজিক ফাওবা নঙনা চাবিবা নৎত্রা? নপূকচেল পীক্কনু ইবেম্মা।"

"নত্তে নঙনা হাযবিসিবু কবিনো?"

"অসুক কুইবসি নশা নহানি তৌজসনু হায়দুনা ব্রা অমতা ঙাঙদনা লৈবকপনি। থা থা খূদিংগী নঙনা কায় কাযদুনা চাবিবা পেন্সনদু ঐনা ওম্থোক্লা ব্রানা তৌজবকখ্রবা থবক্কী মহৈন্নে, অদুগা খঙদে কাইনা। ঐগা লৈমিন্নব্বসি চৎসি হাযবদা কবিগীনো ওৎলৈ-পালৈ তৌবিবদি। মখা তাবক্লবদি ফজবোই খঙজৌ, ব্রাযেনবিনবা মযাম অমা লৈকো।"

ঐ খঙই মতমসে ব্রাযেল চৈবাক্কী কোর্ট কাদ্রবসু যাববনি। লৈকায খূদিং চুমগেবা লানগেবা কন্যা কৎপী, মযূম শীদোকপী, তাম্থোকপী, অদুগা মখোঙ মখূৎতা নোংমৈনা কাপতুনা ব্রাবর্কপিনবা মী ওম্থোক্লা হোঙখ্রপোৎনি। কবিগুম্বা নুমিদাংব্রাইসিদা ঐখোয অনীনা কাসিদা লৈবিঙৈসিদা মীওই অমতংলা হেক খঙখ্রবা শোযদ্রবনি ইশানা যাবা যাদবা চুজাক কবোক্কী লৈ পবেংলা, চোঙ্গাংগী ওইববসু মশক খঙনবা খঙনদবা কন্যা হেক্তা কৎনবা খোঙতেক মীৎতাং অমতা চীথবোই। অদুবু কবিনো ইনাক্তা নীংঙাইদনা ফম্লিবা মঙোন্দা ঐনা হায়গদৌবিবসিবু?

মশক-মশাসু খঙদনা লৈবিবা মঙোন্দগী কবম্ননো নাম্থোকদৌবিবসিবু? 'ঐগী ইজৎ মাঙহনগদৌবে' হায়না ব্রাহৈ খবসি লাউদুনা চেম্থোকহৌবসিবা? ঐ মঙোন্দগী ইশাসি খজিক্তং লাপথোক্লবা হোৎনখি। ঐহাক নুপী ওইবীগী ইজৎপুদি ফাগিদৌনা খন্দে। ঐ হৌগৎকে হোৎনখি চহী মতাংগা চানদনা কল্লবা মপাম্মোমনা ঐব্ কযাদা লাযনা ফাদুনা মনাক্তা চিংশিন্নবা হোৎনখিবা। অদুবু ঐগী চীনবানদগী ব্রাহৈ অম ফাওবা থোক্লকখিদে। অহোযনদূম মানা মখা তাবকখি,

"চেনগে হোৎনগনু। নঙবু ঐগী ওইবদা কনানা কবি হায়গনি? যেংভু, নঙনা শেৎলি চাবিবা, নচা ময়ামগী খবচ পূম্বা ঐগী ইবল ঙাক্তনি হাযবসি কাউব্রা? ঐগী পেন্সন বূকনি নঙনা পাযবিবদু।"

ঐ পূক্লিংদা ঙাইহাক্তং খম্থকই। চুম্মী, মানা হায়বিবসি, পেন্সন বূকসি মাগী

নংত্রবসু বন্ধান লৌহৌবনি। মীয়াম মমাঙদা ইচোপ চোপ্লদনা তোক্লবনি। ঐবু চংহৌবনা ফবদ্রা? অদুগা ইচা ময়াম অসিদি কনাগা অমুক লৈহৌবা? তশেংনা ঐগী পূক্লিংদা লৈতাফম খঙখিদে। নুপাসিগী ওইবা তাই পেন্সন বৃকসি। মীগী ফংফম থোকপা খুদিংমক্তি ঐনা লোইনা ফংদুনা লৈবে। অদুবু অসুক কুইবসিদি কবিসু হায়বক্তুগা ঙসিদা কবিগী হায়বক্লিবা? ঙসিসু চিনখ্রবা মীযামদুদগী ঐনা ঐগী ইপুবোইবগী পেন্সন চাবগুম চিংনবা অমতা যাওদনা লৌবকখিবনি। মসিনা ঐগী ইমুংগী জীবিকা ওইনবিবনি। চুমদি চুম্মী নুপাসিনা হায়বিবসি। থা খুদিংগী চাং নাইনা ফংবমক নংত্রবসু অমুক অমুক ফংবদদি জোম জোম ফংলিবা, ইচা ময়াম অমা শেম্বা, নুংঙাই মবাঙ কায়না হিংবা ঙমজবিবসিসু পেন্সন বৃক অসিগী মপালননি নংত্রগবু ঐগুম্বী অমনবু ইচা শেম্বা লায়না থোক্কদ্রা? মবলদি লেপ্তুনা চাবক্লগা মতুং ইনবদি ঙম্লোই হায়বসিবু চুন্নিববা? মসিবু কবি ধর্মনো হায়ববদি কবি হায়না খুমগনি? অদুগা মাগী মতুং ইন্দুনা চংলগনা মীযাম্না ঐবু কবিনি হায়নগদৌবিবা? ঐনা ব্লাখলদা উংলিঙে মখা তাবকই,

"নবৃকচেলদো লেপ্পু শখী। নঙগীদমক ঐ লৈবিনে। ঐ লোইনা মায়োক্লবা ঙমগনি। অদুগা নচাশিংসে অসুম লৈজহৌসনু। ঐ মখোযবু পুদুনা চংপদি ঙম্লোই। মখোযসু মখোযগী থোকপা। ঐনা হাযবিবসি তাইবংনা চংনবা ঙাক্তনি। মীনা তৌনদবা নত্তে, খঙলেদনা।"

ঐসু খবা শাউনীংনা খুমলুই, "ঐ চংলোই। শুকচং চংলোই। নুপানি হাযদুনা পংহায হাযবা যাব্রা? নঙগী নবলসিবু ঐনা লৌনীংই হাযদুনা লৌকব্রা? মসি মখোঙনা থোংনা লাকচবনি হাযবসি নহাক খঙদ্রা?"

ঐ নীংশিংলি — অহল ওইববী লাইবিক লাইশু হৈজদবী নুপী অমনা নোংমা ইনাক্তা পেন্সন বৃকসি পুদুনা লাকখিবনি। শুপ্লতগী লুপা লিশিং তবাখক ফংনবগীদমক। নবদ্বীপতা চংকদবনি। লৈকায়গী ঐজ্ঞা অমনা শীনবিবনি, মদুদা যাওনীংদুনা তৌবনি হাযবম্মী। মফমসিদা বন্ধোপ থমফম লৈ হাযদুনা থিবকপনি। মচা-মশূ অমতা তাথোক তাশিন তৌগদবসু লৈতে। মাগী হাযববু মপুবোইবগী পেন্সন বৃক অসিমতা মঙাযবে। মানা নবদ্বীপতগী হেক হল্লকপগা ঐগী নাক্তা মসি লৌথোকপা হেক্তা লাক্কে হাযবম্বনি। মসিবু কবি কাযবনো? মসি অদুম চংনন্নিবনি। ঐসু হান্নদগী পোং-চৈ বন্ধোপ থম্বা লৌথোক লৌশন অদুম মতৌই। পেন্সন বৃককী বন্ধোপ থম্নদি শেন্দোয় থৌনবা হাযবা যক লৈতে। মখোঙনা থোংনা শেন্দোয় লাকচবনি। অদুগীসু মথক্তা পেন্সন বৃক অদুনা ইনক নকপা ওফিস অমদগী পৈশা লৌবা যাবা ওইবম্বদুদা মতা অমসু চানা পাযখিবনি। অশাবা অশেম্বসু ওইবমদবদুদ মথং মথং শীন্নদুনা পৈশাদু হেক নোংঙানবগা

পীখিবনি। অহলদো ওথ্নোক্লা হবাওনা শেলফমদু পুদুনা চৎখি। চৎলমদাইদা হবাওনা ঐঙোন্দা—

"ইবেন্মা, নঙনা ফনবা অদুম শীল্লো দবকাব ওইবকপদা ঐ হেক্তা লাক্কে। অসুক লাযনা ইচানা ঐগীদমক তৌবিবা মঙ্গল ওইযুকো" হাযদুনা অদুক থম্মোয় পেন্না চৎখিবা অহলদুগী ববনা ঙসি ফাওবা পেন্সনসে ঐনা চাদুনা লাকখিবনি। নবদ্বীপতা হেক চৎখিবদগী পাউ অমতা তাখিদে। নবদ্বীপতা লৈবিব্রা লৈত্রববা হায়বা ঐ পাউ ফাওবা খঙদে। খঙলুবসু পামখিদে। ঐগী হায়ববু থা খূদিংগী লেপ্তুনা ফংলিবা পেন্সনগী শেলফম কায়দ্রগা লোইবে। মসিখক্তনি ঐনা খনখিবা। ঙসিসু পেন্সন বুকতু পুদুনা বেঙ্কতগী থা মবিগী শেলফমদু পুদুনা লাকখিবনি। মসি কনাগীনো কবিনো হাযবা কনাসু হৌজিক্তি হংনদে। মতমসিদদি পেন্সন বুক মপুদগী অতোপ্পনা পাযদুনা পেন্সনগী পৈশা কাযবনা হেন্না যামখবে। লৈত- লাযবগী মতেং পাংনবা হোৎনবদা পাম্না বক্সোপ লৌনবা পোৎতি পেন্সন বুকনি। শেন্দোয মখোঙ থোংনা লাকচবা হাযবসিবু অফবা নৎত্রা মসিনি ঐনা খঞ্জখিবা হাযববু। অদুগীসু মথক্তা চইনা লূমথববা অহল অমগী পুন্সিগী অবোইবা মতমদা স্বর্গ চৎনবগী লম্বীদা পুন্যধাম অমা যৌকনবা মতেং পাংবসিমুক ব্রাংবা ধর্মবু কদাযদা লৈবিদগে? অদুনা অহলদু শিখ্রববা হল্লক্রব্রা হল্লক্লিববা হংলুদবনি। অহলদুবুসু ঐগী ইচা শেন্নদা মতেং পাংলুনবা হাযদুনা ঈশ্বরনা থাবিবকপনি খনখি। মসিদা ঐগী ইবাল কবিনো?

"অদুগা ঙসিনা পুন্সি হিযাংথক্তদা অমুক্তসু উনদ্রিবা নুপা অমা লাক্লগা ইবায হেক লাযনা মাগী পেন্সন চাবিবনি মাগী মনাক্তে চৎলসি হেক্তা হাযবা যাববা?"

ঐ নীংশিংবা যাবা মখৈ নীংশিংলুবগা পূক্লিংগী নুংঙাইতবা পূম্নমক ফাজিন্দুনা হাযকই,

"ঐগী শেন্নেপতো হল্লম্মো অদুগা নঙগী পেন্সন বুকসে পুজখ্রো। ঙমদ্রগনা পেন্সন বুকসে অদুম থম্লম্মু। ঐ নঙগদি শুকচৎ চৎলোই। কবিগীসু চৎফন থোকপগে?"

"নঙগী ব্রাসে চুর্মদি চুম্মী। নঙগী নবালসু লৈতে। অদুগা অহলদো ঐগী নুপীনি। নবদ্বীপতা মাসু বেস ওইখ্রে। কুইবে নঙনা খঙদদনা তৌবনি। নঙগী ননাক্তগী চৎখিবদগী অদুম নবদ্বীপতা লৈখিদ্রবনি। চৎমিন্নবশিংনা মাগী মথৌ মঙম পাঙথোকপিখ্রবনি।"

"শিজসনু কৈদৌবগে ..শবা মীগী মবল চাইহেদে হাযবা ব্রা লৈব্রা? অচুম্ব তৌবা মী লমদমসিদদি হীদাক তৌনবা থিবদা ফংদ্রবনি। ফবে মীনা উবগা ফজদে অশেংবা খঙলবনিনা নহাক চৎখ্রো?"

ঐনা হায়বিবদো অমতা তাদনা মাগী পুবকপা খাউদ্দগী মমল য়াম্লবা ফনেক-ইন্নফি মথং মথং লৌথোক্তুনা পীবকখি। ওম্বোক্পা নুংশিনা লুম্লবা খোঞ্জেলগা লোয়নননা হায়বকখিবনি—

"ফিশিংসে হোংদোক্নো চৎসি ইবানী পূন্না।"

কদোমদগীনো খঙহৌদে ঐগী ওয়থংবা খূদাংসি পায়দুনা মপাঙ্গল অবৈবমখৈ ফূদোক্তুনা ইশানা য়াদ্রবী ঐবু নমদুনা চিংনবা হোৎনবকপদা ঐসু মীয়াম তানবা লৈজবী থাদুনা খংলাউ লাউখি —

"ঐ চৎলোই। ঐগীসু শাগে ঙাই, ইচা-ইশূ লৈজে। ঐনা লৌগে হায়দুনা লৌকব্রা সিবো। থাদোকউ। ঐবু থাদোকউ ।"

ইচানুপী য়ায়মদুনা ইশা নোমদুনা হৌদোবকই। ইখং খংনা ঐ ফূক হৌগৎলুবি। ইশা পূম্বা হুমাংনা পূমলূপ লূপলম্লে।

"হবে কৃষ্ণ! হবে কৃষ্ণ! মকু মঙ হাযবদুনি, নুমিদাংবাইবমসিদা।"

ফমুং মযাগী সাইদ টেবলদা চেন হাংদোক্তুনা লৈবিবা ঐগী বেগতুগী মনুংদা য়াওবিবা বন্দোপ থন্নবা ইীগোক মচুগী পেন্সন বূকতু উবকই।

# লম্মৈগী মৈশা

থোমাস ঙসিদি ঙল্লা হৌগৎলি। মশাদুসু ইতেক তেকই। ইহৈ হৈনীংদবগুম তৌই। নুমিদাং থেঙনা তৃম্বগা ময়ামগী চেল্লোক-চেনশিন খবা তৌখিবগা মথল্লায খবগা নুংঙাইতবনে তশেংনা ইচোক চোকথৈ। মাগী মাযথোংদা মীনা লাকচখিবগী নুংঙাইতবগী মমি তাবি। মমীৎ অনীদু ইঙাং ঙাংই। লমন খুম্নীংবগী মৈশানা মশা পূম্বা শীনথুংনা চাক্লি। পূম্নমক ফাথবগা অযূক্কী থবক খূদিংমক লোইশিনবা হোৎনবি।

ঙসিদ মানা লুচিংদুনা খুলদু ঙাকপগী থবক পুবা তাবি। নুমিদাং পূং ১২ ফাওবনি। খুলগী গেটতা চৎলিবা গাডী পূম্নমক চেক তৌগদৌবিবনি। খুলসিগী লম্বীদা চিংনবা মী অমা হেক থেংনবদা পীনীংবা দন্দী পীগদৌবিবনি, পূম্নমক মাগী মখূৎতা লৈবিবনি। মফি হোংদোক হোংদোক্লা ব্রাখল জাৎ জাৎ খল্লকই। কবিনো মীনা মীবু হাৎনবিবা? মীনা মীবু অসুক নুংশির্নদ্রিবা? কাঙলূপকী ঈবাং থোকহন্দুনা অমনা অমবু অসুক মীনুংশি যাওদনা হাৎনবিবা? মী হাৎপদা মথম্মোযদা মীনুংশি মচেৎ অমা ফাওবা পোক্লদ্রিবা? মসি খল্লি হাযদুনসু থোমাস চত্তবদি যাদে। খুলগী মীওইশিংগী অপাম্বনি। মানা পামদ্রবসু ইন্দবদি যাদবনি। ব্রাখলসিনা মশাদু ইকম লূমথবগুম তৌই। মফি শেৎলিবদু মঙম ইশান শান্দে। মাবু হৌবা খুলগী মীযাম অমসু কোম্বোংদা চঙশিল্লক্লি। মমীত্তমক যেংই, ব্রা মচেৎ অমফাওর্বদি হাযনদে। থোঙজিল লাম্বোবকপদা মাঙ্গোলদা কাঙলূপকী ঈবাংদা লৈখিদ্রবা মচাবু কৌদুনা মনেনা তেংথাগৌই। হীপ্তুনা লৈবিবা শোল্লবা মপাদুনা তপ্পা হাযবদু থোমাস তাবকই।

"মী ওইনা পোক্লবদি মীনুংশি হাযবসে থাদোক্কনু। অশাওবনা মীওইববু মাঙহনবনিকো, নপূক্লিং লাকশিল্লু।"

মপানা হাযবিবদু তাববসু তাদবগুম তৌই। খোঙকাপ অমতং লেপ্তুনা মনেদা অমুক্তং য়েংলম্মী। ব্রাহৈ অমফাওবদি হায়বমখিদে। অকনবা কাঙলূপ অনীগী ঈবাংনি। লম্মৈ চাকপগুম মাযকৈ পূম্না শন্দোবকখিবনি। চৎলিবা কাঙবুদু মচীন থোক্লদ্রস্‌ অমতং থেংনবদা লেম্লা থাবোইদবনি হাযবগী ফিবেপ্তি মখোযগী মাযথে৷ ঙদা খোঙথাংদা মমি তাবি। পূন্না চৎলন্নদগী নাকল অমদা খাইদোক্লদুনা লৈনখি। থোমাস তত্তনা তাবকই মনেগী মীকপখোল। কযাদা তমথীখ্রবা মীওইবগী লীচৎনো, পাপ চঙদ্রিবা

অঙাং ফাওবদা মখোয়গী পাপ তৌফম ওইবিবা? মসিবু মীওইবগী লীচংলা? মসিমদি থোমাস সুকয়া য়ানীংদে। মাসু লেপ্পুবদি য়াদে মাগী জাতিগী, মাগী কাঙলূপকীদমক। ৱাখলসিমক্তননি মানা লুচিংদুনা থোবক্লিবা। খুলগী লম্বী ফাওদুনা চেল্লিবা গাডীশিংদু চেক তৌবা হায়না লেপ্লবে, অতোংবা মী খুদিংমক মাগী মাগী কাঙলূপকী তোঙান তোঙান লেপহন্দুনা মশক খঙদোক্লবা হোৎনগদবনি। অদুগা চিংনবা মীশক্তো শিবগী দন্দী পীবা তাবনি।

থোমাস মবৃক্তদি মওল-মওল খল্লি। কবিগী মীনুংশি লৈত্রবা কাঙলূপসিদা মী ওইনা পোক্লুবা। চৈবক অসিদা লম্বী লৈশিনফমদুদা বস অমা খংখাম খামখি। মীহুল কন্না চোংলকই, মমাযদা হুমাং মবীক মবীক কাবকই থোমাস। হ্মব হোল্লি হায়বা ফাওবা মথন্তা খঙজবক্তে। মমায মমীৎ পূমঙাং ঙাংশিল্লকখি। অহৌবা খোঞ্জেল অমা তাখিবগুম তৌখি।

"অতোংবা মী লোইনা কূমথবকউ, থুনা কূমথবকউ।"

বস মনুংদা তোংলম্বা পূম্নমক মথং মথং কূমথবকখি। মখা কবি হায়বক্কদবা পূম্নমক মীহুল চেনগুম চেনগনৈ। হায়বা ইনবা অঙাংগুম বসতা তোংলকপা মী পূম্নমক্রা হাযবকপদু তৌবি।

"পবেং পবেং লেপ্লু নঙগী নঙগী কাঙলূপ মান্নবা মখৈ।"

থোমাস ৱাহৈ খূদিংমক তাববসু তাদবগুম তৌই। পল্লেপফম, তৌফম খঙদবা অমনা মশাবু ফাজিল্লকপগুম তৌই। অমুকসু খল্লি — লমন, লমন হেক্তা খুন্নগে। ঐগী ইমুং-মনুং যাওদে হাযদুনা তূমিন লৈবগদ্রা?

খোঞ্জেল অমনা মঙফাওনহল্লকখি। খ্বাইদগী ইকোন কোনবা লেপ্লিবা নুপাদুদগী থোবকপা ৱাহৈদুনা।

"*থোমাস, ঐ জেম্স, নহাক ঐবু খঙদব্রা?*"

"খঙই, ঐবু নঙনা খঙবগুম। লাও চৎসি ঐগী যূমদা নঙ ঐগী যূম খঙইদনা।"

"থোমাস!"

"তূমিন লৈয়ু ৱা ঙাঙগনু।"

চৎনা চৎনা হৌখিবা কয়া নীংশিংলকই জেম্স। পূন্না চামিন থকমিন্নখিবা নুংশিননা লৈমিন্নখিবা, কনানা কনাগী ময়ূমনো হায়বা নীংশিংদবা মখৈ। থেঙলবা মতম ...এদা মখোঙ থাংবা ঙমদবমখৈ ঙাওমিন্নখিবা, অমগী ফমুংদা চঙদুনা চিংনবা য়াওদবমখৈ তূম্মিন্নখিবনি। অশিবগুম তূম্বদা চিংনবা মচেৎ অমফাওবা লৈনখিদবনি। অদুগা ঙসিনা কবিগী পূক্নিংদা চিংনবগী মমি তাবক্লিবা? কবিগী পূক্নিংদা অকি-তুজুং

ফাওনবিবা? জেম্‌সপু থোমাসকী মমা মপানা লুনা তৌজবনি। জেম্‌সকী মপা লৈখিদ্রবা তুংদা মচাদা মচাদৌনা তৌবিখিবা থোমাসকী মমা মপানি নীংশিংলকই—

"ইচাশা অহীংসে থেঙমল্লে যূমদা পাখৎনবল্লগনি। মতমনা ফত্তবসিদা।"

"এহ্! ইমা লান্দবদি কৈসু তৌদবনি। ঐখোয়দি কনাদসু লান্দবনি। লান্দবদি মপুনা অদুম চানবিবনিদা।"

"অঙাওবসিদি!"

"ঐগী চাক হাপ্পবা?"

"হাপ্পা হাপতবা পূন্না চামিন্নকবো।"

জেম্‌সনা থোমাসপু খংকৌ কৌবকখি। থোমাস মীকপ খংথোক থোকই। মচীনবানদা মখূৎ থমদুনা ৱা মখা তাবক্তনবা থিংখি।

"চত্তা চৎলু যৌগদৌবে। কুইববোই খিত্তা ঙাযবে।"

"ঐবু কবি তৌদৌবিবনো?"

"হংলক্কনু মদু হংলগা কবি কান্নগনি?"

লাকমিন্নবিবা কয়াদুগা লোয়ননা মমাঙথংবা থোমাসকী কাদুদা জেম্‌সপু পুশিন্দুনা ফমহনখি। কবি কবিনো খবা ঙাঙনখি, অদুদগী খোঙথাং ফিংলপ থাংনৈ অমগা অমগা চিবোন চিবোন ঙাঙনৈ। জেম্‌স চিংনবা অমদি ফাওই। খনদি খল্লি থোমাসনা মাগী মরূপ জেম্‌সতা কবিবু তৌবক্কদগে? মাবু ঐগী মরূপ নৎত্রা? মীনুংশি খঙদবা খবনা হাৎন-শুনবগা ঐনা কবি অৱাবা তাকগদগে? ঐখোযবু ঈশ্বর অমতগী মচা নৎত্রা ঐখোয়বু লমদমসিদা পোকমিন্নবা নৎত্রা? অদুবু মীগী পূক্লিংবুদি কনানা হায়বা ঙমগনি। ৱাখল যাওদবা মীনুংশি য়াওদবা মপানথোংদা উবা মাযথোংগা পূক্লিংদা খনবা ৱাখলগা মান্নদবা মনুং মপান নাইনা চৎপা মীওইববু হায়বা কনানা ঙমগনি। মাসু মখোয়গুম্বা উন-না কূপ্পা মীওই ওইবল্লবদি। মীৎকূপ অমগী অপাম্বা, লাকশিনবা ঙমদবা ৱাখল পূক্লিংনা মাগী শাবাক তান্নফম ওইগে খল্লক্লবদি ? ঐনা শাদানবগী খূত্তা তাববা শক্তি! ঐনা ফনা হায়জববসু শা ওল্লবা মী অমগী মফমদদি কৈদৌনুংদা মীওইবগী মীনুংশি পোক্লক্কনি হায়বসিমদি থাজদ্রে। মীওইবদা মীনুংশি হায়বসি হেক যাওদবদা শা ওল্লবনি। জেম্‌স মপূক্লিংদা মওল মওল খল্লি। কবিনো মানা তৌগদবা হায়ফম খঙদে মখূৎ অনীদুনা মমায়দা থুংনা নানখি। খঙহৌদনা থোমাস কাদুদা চঙলকখি। জেম্‌স ইপা পাখৎলি যূক হৌগৎলি। পাখৎনা কৌকই।

"থোমাস!"

"ফম্মু, সে পায়য়ু থকসি ইবানীগী অবোইবনি। অমুক ফংলবোইদবা।"

"কবি হাযবিবনো অদুদি?"

"নহাকসু তাববা নৎত্রগা? লম্মৈ চাকপগুম শন্দোবক্লিবা পাউশিং.. !"

"মদুদা ঐগী ইবাল কবিনো?"

"খুগুদে, ঐ।"

শাউনা অমুক খংলাউ লাউবকই থোমাস।

"মদু খঙলগা কবি কান্নগনি?"

"মী থবনা ব্রাখল খন্দদুনা মীনুংশি য়াওদ্রগা ঐবু কবিগী?"

"মদুদা নঙসু? নঙসু জেম্‌স!"

কন্না লাউবকই থোমাস। মখা তাবকখি, "মদুনা ঐগী জাতিগী লমন শিংবা ওইগদৌবিবনি।"

তৃমিন তৃমিন লৈনখি। ব্রা মখা অমুক তানখিদ্রে। লীক্লিদু তঙ্খায অমদি চিংশিনখ্রে। জেম্‌স গতি লৈতবগুম। লীক্লিদু অমুক পীখি মাগী মক্নপতা। ম্নাক্তা লৈবম্বশিংদু চৎখ্রো হাযদুনা ইঙ্গিৎ তৌখি। থোমাস, ইমুংদা ফুক হৌগৎতুনা চংখি। জেম্‌সনা মবোল মখী ফাইনা হায়খিবদু থোমাস তাখি।

"লাক্লো মক্নপ, নঙনা অপাম্বা মওংদা তৌজবো। অদুবু ঐদি লান্দর্বনি ঐ কনাদসু লানখিদ্রি।"

ইমুংদগী হোবে হোবে থোবকখি থোমাস। থাঙপাক অমসু মম্বাঙদা যাল্লকই। হৌজিক্তি জেম্‌স কবিসু চিংনবা লৈত্রে। মানা হায়বতা যাবগে খনখ্রে। মৈবূলগী মতৌগুম ঙাঙলবা মমীৎ অনী মশা শীনবা থুংনা কাবিবা হুমাং, থক থক নীক্লবা মখূৎ অনী, অমুকসু চবাম্নববা শাগুম্না য়েংলিবা মীৎযেং মচীনবান থক-খা চীক্লা ঙাঙবা ব্রাঙাঙ উবগা জেম্‌স কবিসু চিংনবা লৈত্রে। মাবু কৌবা খোঞ্জেলদু তাবগা মীকপ খংথোক থোকখি।

"জেম্‌স লাক্লো।"

"কদায়দা অমুক পুগদৌবিবনো? মফম অসিদদি ঐগী অবোইবা মীৎকূপ ওইবা য়াদববা?"

"য়াদে, অপানা যাদে। আদা শা মযামগী মবক্তা খঙলব্রা? তু আদা! য়েংলিবা মযামসে। নঙগী নশাদা শীঙ্গবকপা ঈখেং থক্কদবগী ঙাইদুনা লৈবিবা মী মানবা শা ময়াম অসি লৈবিবসে উবেদনা।

অকিবা ফংলবা খোঞ্জেলদা হৌনা লাউখি থোমাস, "নখোয় লোইনমক চৎলম্লো ঐ জেম্‌সপু পুদুনা লাক্লগে।" ইখৌলাংনা য়েংনবম্বা লৈবম্বা মীশিংদো খূৎলৈ থুনা উ উ উ হায়দুনা চেম্থোক্লখি। মাগী মক্নপ্না মীৎ খানা য়েংদুনা অঙাঙবা

মমীৎ অনীদু শংদোক্তুনা খোঞ্জেল নীক্লা হায়বকখি,

"জেম্স চৎসি মফমদু য়ৌনবা। ঙাইনবন্ননি ময়াম্না।

"থোমাস নঙসু মী নৎত্রবা?"

"নৎত্রে ঙসি ঐ মী নৎত্রবনি। উবেদনা ঐগী হকচাং শীনবা থুংনা চেল্লিবা ঈসে। ঈ থক্লীংবগী যৌবাংবনা ঙাওববা ঐগী থাঙপাক উবেদনা।"

মপান্নোম থাঙ্গৎতুনা খৃৎতুম তাশিন্দুনা মাঙ থানা খোঙকাপ লাওনা লাওনা থাংদুনা চৎলিবদুগী মতুং জেম্স তপ্না তপ্না ইনখি। চীংগী অঙন্বা অমুক কাখৎ, অমুক কৃমথা ফনা শাংনা চৎলক্লি। লোককী থেল মযাদা খোঙলম্বী মচা অমা লৈবা মফমদু য়ৌববদা হায়বকই,

"থোমাস কয়াম কয়াম ব্রাৎলি চৎকদবা?"

পাউখুম ফংদ্রবদা হংদুনা কবি কান্নগনি খল্লমাল্লে। চৎলম্বা খোঙথাংদগী খবা তপথবকই। মদু উবদা শাউবনা নীক্লবা থোমাস নোং খাকপগুম খোঙ্গাং যৈনা লাউবকই,

"খোঙথাং তপথগনু, থীম্বববদি অফবা ওইবোই। কন্না লাউ।"

থোমাস চীংচেপকী লম্বী মচাদুদা চৎলম্বা খোঙথাং চপ লেপ্লদুনা, চীংমাযদুগী নাকলদা পীক্লা লৈবিবা খোঙলম্বী অদুদা মখূৎ থিন্দুনা তপ্না হায়বকই, "সি উবব্রা পীক্লা লৈবিবা লম্বী অসে চুম্না চৎকনু। মসিদগী ওযবোমদা থেক্লগা চৎখো জেম্স গাডী ফংগনি।" ব্রাহৈ অমত্তা মখা তাবা ঙমখিদ্রে থোমাস।

নীক্লবা মখূৎ অদুনা জেম্সকী মখূৎ অদুবু চেৎনা পাযশিল্লদুনা অমুক উবা ফংলবোইদবা মতাগুম জেম্সতা ঈবা চেল্লবা মীৎ অদুনা মুন্না যেংলকই। চিংনবম্বা থম্মোয়গী লৈতাফম খঙদনা তনীক্লম্বা জেম্সকী থম্মোয় অঙকপা ফোঙদোকফম খঙদবা হবাওফম খঙদবা ঈচেল অমনা মশা শীনবা থুংনা চেল্লকখি। তনীক্লবা খোঞ্জেলনা থোমাস মখা তাবকই,

"জেম্স নঙলা ঐবা অমদি হিংবা তাবনি। চৎলো নঙনা নঙগী কাঙলূপ থেমজিল্লুবো। কবিগুম্বা ঐগী অপাবু নঙনা অমুক উনবা থোক্লবা থোমাসনা জেম্সপু অপা য়েংশিন্নবা শিন্নবম্মী হায়য়ু। চৎলো মরূপ, থুনা চৎখ্রো।"

থাজখিদ্রবা ব্রাহৈদু তাবদা তৌফম খঙদনা জেম্স মাগী মরূপকী মখূৎপু চেৎনা পায়শিন্দুনা ঈবা চেল্লবা মমীৎনা য়েংলম্লগা খোঙকাপ লাওনা থাংদোবক্লে। চৎনা চৎনা জেম্স হ্মাংনা মশা পূম্বা লূপ্লে। ব্রাখল অসিমদি তত্তনা খল্লি পাউসে কবিগুম্বা অপাদা তম্বদা ঐবু হান্নগুম মচাদৌনা খনবিবা ঙমখিগদ্রা? মরূপ থোমাসপু নীংশিংলগা জেম্স মমীৎ অনীমক পিনা থূমহৎলকখি।

# মাঙহনবিথ্রবা থাজবা

মমা অনাবীদুগী মনাক্তা কবি কবিনো গ্রেসনা মুকম-মুকম শোল্লি। মখূৎসু লেপ্তে মীৎকূপ অমত্তা। অশোনবী মমাদুগী হোৎনদুনা লোইশিনবা য়াবা লোইশিন খোমজিল্লি। মমাদি মানা হাযবিবদুগী ব্রাহৈ অমতসু পাউখুম ওইনা পীবক্তে। মচানা হাযবিবদু মহাক ইয়া যানীংদে অদুনা তূমিন লৈবনি। ঈনখৎলক্লিবীনি, মীনা লাইনা পাম্নবা মতমনি। যেংলুবা খূদিং মীতাফমনি, হকচাং কযাৎ খূদিংমক পূক্রিং ঈবাং হৌনফমনি। মাতনা মচাবু অঙাং ওইনা খঞ্জকুবতনি। খঙই মচাগী অপাম্বা। মমানা মনীং থুংহনব ঙমদ্রবী, মপা যাওদনা যোক্লকপগী হৌনশা কেথোকপা ফংজদ্রিবী চহীগা মথৌগা চান্নদ্রবী মচানি। নোংমতা মমায়বগা ফমদুনা নুংঙাইথোকপা ফংজদ্রবীনি।

ঙবাংদি মীগী শীং হোল্লুবনি। চীংথক্তগী চীংখাদা লৈবিবা বস থাফম ফাওবা, ছম থন্না থন্না হাপ্পুনা হোল্লুবনি। মীনা অমুক চৎনবা মতমদা অনীবক্তি চৎপা ঙমখিবনি। খবা থুনা চৎলবদি লুপা খবা যাম্না ফংবা ঙম্নি হায়না মপূক্রিংদা খনখিবনি। মদুনা মমা অনাবগী হীদাক লৈবদি কোন্নবা য়াই। অব্রাবা খঙদনা হোনখি। অমুকসু খনখি হযেং ফাওবদংগা হোল্লবদি ফত্রনিদা। অদুদগী পীক্লিবা তূমতক তৌবা মখূৎনা থেক থেক্লুনা পৈশা মশীং পাবকই লুপা কুম্বানিপাল। নোকফেৎ তৌবকই। মমায়দা তাবক্লিবা হুমাংদো মখূৎ অনীনা অমুক্তং নানখি। মোৎলবা খূৎনা নানবদা ঙৌবম্না তঙাং-তঙাংলম্না মমাযদো মচু অমা ওনখি। মপূক্লিংদা হবাওজৈ ঙবাংদি লাইবক ফবা হাযবদুনি ঙসিদংগা বাজাব চৎলুববদি মমাগী হীদাক লৈবসু ইকোন কোন্নবনি। মসিনি মানা নীংজবিবসু। অদুনা অযূক্তগী মমাগী মনাক্তা লেপ্পুনা শিন্নবা য়াবা শিন্নবিবনি। মখাগী চীংখোঙগী মন্দোলদুনা চৎপদা ইনগদৌবিবনি, মথন্তা চৎকদবা নত্তে। মন্দোলদি নুংতিগী পোৎ-চৈ যোনবা চৎলি। চৎমিন্নবদা পুনবা পোৎ পূম্নমক শেম শাবা লোইবে। মাগী অচৌবা ছমদুদা হাপচিনবা য়াবা হাপচিল্লে। চীংমায়দুদগী হেকচবা হৈক্রু, মশানা থাজবা শিং তাম্বোক্লুনা থম্লকপদু য়োল্লুগদৌবিবনি। মন্দোলনা মঙোম্দা হাযবকপদু মমাদা তম্লি, পূন্না থাদোক্লবদি পৈশা য়াম্না শীৎলোই। থাদুনা য়োল্লবদি খবা য়াম্না ফংগনি। মন্দোলগী মনাক্তা থাদুনা য়োল্লুগে তক্লবিবনি। নোংমখক্তনি, অযূক চৎলগা নুংথিল হল্লক্তনি। নোংমতং, নুংথিল অমত্তং মথন্তা লৈবম্লবা হাযনবিবনি।

মমানা ইখুম খুমদবদুদা গ্রেসতু ইনুং নুংঙাইতে। নুংঙাইত্রবসু নুংঙাইতনা নোংমত্তং মথন্তা লৈহৌবগা অনাবা ফবনা হেন্না ফৈ খল্লি। অদুনা য়াম্না চৎনীংই। অমুক্তসু চৎত্রি। তাঞ্জা চাববদি মখাবোমগী মমান্নবী,ো ফূাবৎ অশূম্বী অবাংবা অদুগুম্না অমত্তংসু লৈনীংই। মখূৎনা খঞ্জদুনা লৈনীংই। মশানা লৈজবকপনি হায়দুনা লেন্নজনীংই। ঙসিদি বাজাব শোয়দনা উবনি হায়বসিনি মানা খঞ্জবিবা, মানা পামজবিবা। মপোৎ থন্না যাওববা ছমদো ইবাই লায়না মকোক্তা য়াম্দুনা তপ্লা তপ্লা ইমুংদগী থোক্লকই। মখূৎতসু খাউ অমা য়াল্লি। দাবী কূমথবমদাইদা মমাদা হায়বম্মী—

"ইমা, ফজনা পোথাবম্মু। ঐ হীদাকসু লৈবক্কনি থুনা হল্লক্রবা হোৎনগে। নুমিৎ তাদ্রিঙৈদা য়ৌবক্কনি। সে' উবেদনা লুপা কুম্বানিপালসে। খজিক্তা ঙায়ববনি ৱাৎলিবসে।"

মমানা মুকম মুকম শোল্লম্বদগী গ্রেস তানবা হায়বকই,

"অমুক্তসু কৈথেল চৎত্রিবা নগুনা, লম্মাঙনদুনা তোক্লবনি। নন্দোলগী মনাক্তগী হেন্দোক্কনুকো, গ্রেস!"

"হোয ইমা!"

নোকফেৎ তৌবম্মী গ্রেস অনাবী মমাদা যেংদুনা। আশা কযাগা লোযননা মখূৎতা পায়বিবা লুপাদুদা অমুক্তং যেংলগা মাগী খাউদুদা হাপচিনখি। চৎনা চৎনা ৱাখলসু লেপ্তে, যোল্লুগদবা পোৎ, অমুক্তা উদ্রিবা কৈথেল, অদুদগী মমাগী হীদাক, অবেম্বা পৈশানা মাগী ফূবিৎ অবাংবা। নোকফেৎ তৌজৈ। ঙল্লবা চীংমায়গী পীক্লবা খোঙ লম্বীদুদা মথং মথং কূমথবকই। কবিগুম্বা খোঙফম চাহৌদবা তাঞ্জাদা শাংনা শাংনা চেম্থে। মথন্তা মবূক্তা খল্লম্বদগী মচীন থোক্লা হায়বকই,

"হাইস' তুবমনিদা, তুবদি পোৎশিংসে লোইনা চাইখাইদনা মাঙখিবা ।"

তুবা য়াদে খন্না লূন্নবা ছমদু পুদুনা চেকশিন্না খোঙফম শেন্ন শেন্নদুনা কূমথবকই। নুংতিগী ইবাই লাযনা চৎপগুম ঙসিদি য়াদ্রে। পোৎলূমদো পুদুনা অপীকপা খোঙলম তুংওইনবল্লগা সড়ক য়ৌবক্লে। বস ঙাইফমদুদা মন্দোলনা মাবু ঙাইদুনা লৈবল্লি। কবি কবিনো খবসু হায়বি। গ্রেস কবিসু খুমদে। মমীৎতমক মযেংই। মকোক্তগী ছমদু তপ্লা ফমথদুনা থাবগা ঙাইহাক অৱা পোথাবগুম ফম্মী। মশাসু হূমাংনা পূমলূপ লূপ্লল্লে। ফূবিৎ মচীদু হাইগত্তুনা মমায়দগী হূমাংদো তপ্লা তৈথোকচৈ। অৱা-মৈশা লাংলবদা লোৎতুনা লৈবম্বা ফজবা পূম্বা লোৎপা ঙমদনা মশেক মঙাল ফাওবকপগুম উবি। খল্লি, ঙসিদি বস তোংদুনা কৈথেল চৎলগা পোৎ য়োল্লুগদৌবিবনি। পুক্সিগী অহানবনি। তৌবগীদি পুক্সি অসিদা অহানবা কয়ানি থেংনখিবা, অনৌবা আশা,

অহানবা থেংনবা কবিগুম্বদা অহানবা কায়নবা। মসিনি পুন্সিগী মচৎ। অহানবা ওইববসু সনা কৈথেলগী ফজবা, নীংথিবা মানা অমুক ফাওবা উখিদ্রি, অদুনা গ্রেস চোকথবা নাইদে। বসতুবু লাকখিদ্রেদা। বসতো থুনা লাকহন্নীংই, মতম থেঙথবা পামদে। য়ুমদা মমা মথন্তা লৈহৌই। থুনা চৎতুনা মপোৎ য়োলহৌবা পাম্লকই। ময়ুমদা মমাগী নাক্তা ওন্না হন্নীংই। মন্দোলনা মাগী ব্রাখলদো থুগায়বকই—

"গ্রেস গাড়ী লাক্লেহে হৌগৎলু।"

মন্দোলনা গাডী হেক খাম্বগা বসকী অঙাংদুদা পোৎশিংদো মফম চানা থাংগৎহনখি। মন্দোলনা ভাডাসু অদুম পীখি। পোৎ হাপ্পগী ভাডা অদুমদি মন্দোলনা ওমদুনা ঙাঙবোই চৈবোই তৌদুনা অদুম পীখিদবা মাল্লি। গ্রেস মপূক্লিংদা মথন্তা খল্লি— ভাডাসি ওম্থোক্লা য়াম্না পীনখ্রে। হল্লকপসু অসুম্না য়াম্না লৌগদৌবিবা জাৎলা? ভাডাবু অসুক যাম্না লৌবিবসি কবিগীনো? মাগী ব্রাখলদা বাজাবগী শক্তম কয়াসু শাগৎলকই। তক-তকবা, অনানবা ইম্ফাল শহবগী লম্বী, অমোৎ-অকায় মচেৎ অমত্তা উদবা ফজবা তনানবা লম্বী কযা, অচৌবা অনানবা দুকান কয়াগী ফজববা পোৎনা পবেং পবেং, পোৎফম কযাগী শক্তম, হেক যেংবদা শুমহৎনফম ওইববা বাজাব অদুগা গাডী কযাগী পবেং, মশা নানবা মী কয়া অকবা অনানবা ফিবোল শেৎ চাদুনা লৈবমগদবা। মথন্তা অমুক মশাগী ফি য়েংলকই। ঐগী ফূবিৎ ফিবোলসি মীনা নোক্লগদ্রা? অদুদগী মমাগী হীদাক য়োনফম, মাগী ফূবিৎ অবাংবা য়োনফম। মাবু হীদাক যোনফম খঙগদ্রা? ফূবিৎ যোনফমদি? মানা হেক উবা মফমদা লৈবম্লবদি নুংঙাইপ্রনিদা। কয়া কুইনা চৎলবা খঙদে। বসতো তপ্না লেপখি। মন্দোলনা কৌবকই।

"গ্রেস। যৌবে। পোৎসে থাংথবা খবা য়াওবোলাউ।"

মাগী মঙলান্দো মন্দোলনা থুগায়খি। ফূক হৌগৎতুনা মাগী ছমদো চেৎনা পাযদুনা বসতগী থাংথবকই অদুগা মকোক্তা অমুক থাংগত্তুনা চৎনবা হোৎনবকই। খোঙফম অমত্তসু চুম্না থাংবা ওল্লক্কে, গ্রেস। ওম্থোক্লসু চিনপ্লে, মী অমত্তসু চুম্না চত্তবগুম তৌই। মঙোন্দা থেংলমদবা লৈতে। খল্লকই—কবিনো ইম্ফালগী মীশিংসে, অমত্তা চুম্না চৎপা হৈতবজাৎলা? ঐঙোন্দা থেংদুনা চৎলগা কয়াম নুংঙাইবা জাৎনো? চৎপদা হৈশিংলবা মন্দোলগী মতুং ইন্দুনা চৎপা ওল্লক্কে। হন্না য়েংদুনা মন্দোলনা লাউবকই, "গ্রেস কন্না লাকউনে।"

মন্দোলদি মাগী পোৎশিংদো মফম চাবা য়েংদুনা প্লাষ্টিক ফিদা মথক্তা মথং মথং শন্দোক্তুনা থাখি। মঙোন্দসু প্লাষ্টিক ফিদা অমা পীদুনা হায়বকই,

"সে' মসিদা পোৎশিংদু লোইনা লৌথোক্লগা থম্মু।"

মন্দোলনা হায়বিবদো কয়া খোয়জঙলুদে। ওস্থোক্রা হৈনদে মফমদো। ওস্থোক্রা মোৎশ্রে, নমথীশ্রে। খোঙ থাফম লৈত্রবা অমোৎপনা চীংদুমগুম লৈবিবা, অকৃৎপা মফমদা নঙ-নঙ লাউব্রবা নমথীশ্রবা অমুবা মহী, ফত্তবা ময়াম পৈশিনবদগী থোবক্লিবা মনম, স্বব ফুল্লি, স্বব হোনফম খঙদে, তৃক্কৎচবনা থূক থূক লাউই। আদা চীংদদি নমথীবা মনম অমা ফাওবা নমদে। কয়াদা খেন্নখ্রবা? মমাঙদনা অমুক্তা উখিদ্রবা মমীৎ মমায় খুমজিনবা বিক্সা থৌবা ময়াম অমা। নাতৈ চাখিদ্রবা মখোয়গী য়েংফম চাদনা য়েংলম্বা মীৎয়েং উব্বগা ওস্থোক্রা তৃক্কচৈ মচীন থোক্লকই।

"উম! তৃক্কচৈ মফমসিদি।"

তাঙ্গাসিদা মন্দোলনা লাউবকই,

"লোইদ্রিববা গ্রেস?"

মঙম ইশান শান্দনা গ্রেস ছমদগী পোৎশিংদো মথং মথং থাংথদুনা শন্দোক্লগা থন্বদা ঙায়বি। মঙোন্দা মুন্না য়েংলম্বা নুপা অমনা চঙলক্কুনা পোৎতোন্দা ফমথবকই। হায়বকই,

"নশক্রা ফজবিবা। হৈক্রুসে হাউবমগদবা মাল্লি।"

অমা পায়দুনা মযাদা ফৎ হুঞ্জিন্দুনা প্রোক প্রোক শায়খি। তৃক্কচখ্রবা নমথীখ্রবা মনম মবক্তা চনীং তানা হোনবা ঙমদ্রবা, ফাজিন্দুনা হোনবা অশাংবা স্বব অহোন খৃদিংগী ইপোম নাইববা গ্রেসকী হকচাং কাযাৎ, তঙাং তঙাংলবা পাতক তৌবা চীনবাল কযাবু শীঙ্গুংনা য়েংলুবগা হৈক্রু মহীদু কৃৎ লাউনা থব্রায তানা য়োৎখি। গ্রেস কবিসু হাযখিদে, মমীৎ অনীদুনতা মযেংখি। নুপাদুনা মখা তাবকই,

"কৌতাদা কয়ানো? য়াম্না তাঙব্রা?"

"লুপা মঙা।"

"এহ! য়াম্না হোঙইনা। কবিগীনো নশক অদুক ফজবগা হৈক্রু যোন্দুনা লৈবিদি?"

ওস্থোক্রা হৈনখিদ্রবা ব্রাহেদো গ্রেস তাদুনা লৈঙমখিদে। মসিদা চৎখ্রবদি ফবনি খল্লকই। মানা চানীংবা মখে চাংশ্রসনু। মানা লৈবিবা লৈবিদবা কবিসু পাল্লক্তে। মপৃক্লিংদা তত্তনা খল্লকই—মসিবা ইম্ফাল শহব? সনা কৈথেল হায়বদো? অসুক মোৎপা, অসুক নমথীবা, অসুক চাওখত্তবা, মীসু মোৎপা, মফমসু মোৎপা অসুক তৃক্কচবা? মানা বসতা লাকপদা মপৃক্লিংদা শাগৎচখিবা ইম্ফাল শহবগী ফজবা দৃশ্য, অমুক্তা উখিদ্রবা মফমগী দুকান অক-অহেন, তক-তকবা শহবগী লম্বী সডক অদুবু কদায়দনো? অসুক মোৎপা, অসুক তৃক্কচবদি অমুক্তা উখিদ্রি। অমবোমদনা মাগী হৈক্রু চাকবদগী মশা

তেকখৎপগুম, হেন্না হেন্না চানীং থক্লীংবগী অবাম খৌবাংবনা মশা শীনবা থুংনা অশাবা ঈ চেনখৎলক্লবা নুপাদুনা হৈক্রুদো মপোৎকুম খূয়া অমা অমুক লৌদুনা মতুংদা লেপ্লিবা নুপাদুদা পীখি অদুগা পীগুমদু হাইফেৎ ঈন্দুনা নোকখি। গ্রেস তশেংনা শাউনীংই, মচীন খোক্লা হায়বকই,

"য়োল্লিবনি, লৈবগা চাওনা। পৈশা য়াওদ্রগা নিবগা চাও।"

উশিত্তবগী নুংশাস্বব অমা য়াওনা নোকখিবম্বা নুপাদো য়াম্না তৌজনীংনা ফূবিৎখাউদগী লুপা ১০০ চৎপী অমা শৎতোক্লুনা হায়বকই,

"সে! লৌবোসে।"

মখূৎনা পৈশাদু পীবি। মমীৎনা গ্রেসকী ঙৌবম্বদগী শাউনীংবনা ঙাওশিল্লক্লবা মমাযদা, অদুদগী হূমাংনা ফূবিৎকা হকচাংগা নপশিন্নহনখ্রবা মফমশিং থিদুনা মিহৌবগা লোয়ননা কবাম্না নুপাদুনা য়েংলি। গ্রেসনা হায়বকই,

"মদু ঐনা কবিগী লৌগনি? নঙ তূক্কচৈ।"

মন্দোলনা ঙসাইমখৈ মাগী মপোৎ শেমজিনবা হোৎনবদা গ্রেসপু হন্না য়েংবা ঙমখিদে। খবা শবক শিবকপদুদদি ঙাঙনবিবদো তাবকই। মখোয়গী মবোলদা কবিনো খবা হায়খি। হৈক্রুদো কৌতাদা ওন্দুনা পীখো। মন্দোলনা তাকপা নুপী অমদগী অচোযবা লৌকচো হায়বিমাল্লে। গ্রেস নুপাদুনা পীবিবা চামা চৎপীদো তাপ লাকপোই লৌবোই পাযদুনা চৎখি। নুপাদুনা গ্রেসকী তুংযানগী ফজবা কোন্নপ শেৎপা চীংগী ফিজোলগী মকমদা পূক্লিং মবাং হৌনবা হকচাংগী নীংথিবা শকফম ওন্থোক্লা কবাম্না, অসুম্না ফজবা নুপী অমুক্তা উখিদ্রিবগুম মীৎ কৃপ্তনা য়েংদুনা লৈবম্বদগী মন্দোলগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা চিবোল তৌনখি। মন্দোলনা খোঞ্জেল থোক্লা নোক্লুনা লাউনা হায়বকই,

"নঙসু মঙোন্দা ঙাওব্রা? চৎথোকউহে, নশক্তু য়েংনীংদে। নঙনা ঙন্নগা মতুং ইল্লুচোদনা।"

য়াম্না খঙনা চান্নবক্লবা, কুইনা লোয়নবক্লবগুম হায়খিবা ৱাহৈদুদা নুপাদো থৌনা অমা লাকপগুম তৌখি। থৌনা লৈনা হায়খি,

"হয়েং তুংদা কৈসু হায়বোইকো অন্টি। ঐসু ঐনা ঙম্বা মফমদা মতেং পাংগে হাযবিদনা। অশেংবা অমা হাযবো।"

তাঞ্জাদুদা খঙহৌদনা লাকখিবা ট্রাফিক পুলিসকী অথীবা অতৎপা গাডীদগী লাউবকপা খোঞ্জেল তাবদা নে-তানা ঙসাইমখৈ মপোৎ শীৎনবা য়োল্লম্বী পোৎয়োনবীশিংদো লৈতেংগুম নান্না য়োল্লদ্বা পোৎশিং প্লাস্টিক ফিদাগা কোন্ননা শৎ শৎ

*কোনশিন্নখি। গাড়ীদগী ফন ফন চোংথবক্লিবা ট্রাফিককী মীওইশিংদুনা অফংবা অফংবা পোৎ নমলৌ লৌদুনা গাড়ীদা ফৎ ফৎ হুনগৎখি। লম্বীদা যোল্লম্বা পোৎ খুদিংমক গাড়ীদুদা* য়াওবি। কবিগুম্বদা পোৎযোনবীশিংসু মাগী মাগী য়োল্লিবশিংদুগী অমমম্ ট্রাফিককী মীওইশিংদা মশানা খঙনা পীখি। য়েন্দেম য়োনবী অমত্তংদি শাউনীংলুবমাল্লে য়েন্দেম মপুনদো তশেংনা মুন্নখি। অদুবু লোইশিলহৌদ্রবা গ্রেসকী মপোৎতুমদি প্লাষ্টিক ফিদাদুগা কোন্ননা গাড়ীদা অদুম লংখৎখিবদা পূমচাই চাইনা তাবি। মন্দোলসু মপোৎ শেন্নবদা য়েংবিবা কাউকব্বমাল্লে। গাড়ী মনুংদগী অহৌবা খোঞ্জেলনা লেপ্তুনা লাউবি—'লম্বীগী মতাইদা পোৎ থাদুনা য়োল্লিবশিং নশা নশানা খঙনা লৌথোকউ নৎত্রবদি মুল্লগনি। মসি নুংতিগী হায়নবগী কান্নবা লৈতে। নপোৎ নপোৎ লৌথোকউ।" গ্রেস মাগী মফমদা হল্লকই। মন্দোলসু লৈবমদে, মপোৎসু লৈবমদে। ঙসাই ফমহৌবা মীশিংসু অমত্তা লৈবমদবা উবদা পাখৎলি। হৌজিক্তা লৈহৌবনি, মফমসিদনি মাগী মপোৎ থাদুনা থল্লম্বদু। লৈদুনা মন্দোলবু খিবকই। মমীৎতা ঈবা চেল্লকই। খবা লাপ্তুক্লা মন্দোলনা পোৎশিংদু অমুক থানবা কন্না হোৎনবিবদু উবকই। মন্দোলগী মনাক্তা তপ্পা চঙলকই। মশা পূম্বা পোৎলূম পুবদগী হেন্না চোকথবকই। পূক্লিং তনীক তনীক্লকই। মন্দোলনা মাগী মপোৎতো পুবিবল্লবদি ওহ্মোক্লা ফখ্রনিদা। ইচিং চিংনবকই। কবিনো অসুম্না হেক হেক তৌবা জাৎলা ইম্ফাল বাজাব হায়বদো, খল্লকই। মানা চৎলিবা লম্বীদুদা হৈক্রু মবী মবী তাবি। ট্রাফিক গাড়ীগী অহোবা মখুলদগী তাহৌবা হৈক্রুশিংদুদা মুন্না যেংই গ্রেস। মন্দোলগী মনাক্তা পোলি পোলি চঙশিল্লকই। মন্দোলদি কবিসু নাচুংদনা নোক্তুনা থব্বায তানা নুপাদুগা ব্রাবী শানদুনা লৈবি। মখোযগী মনাক্তা মাগী পোৎ লৈতবা উবদা স্বায লাউই। নিংদোল চোংলকই, মমায ঙাংশং ঙাংশিল্লকই। মমীৎ অনীদা ঈবা চেল্লকই। তপ্পা কৌবকই—

"ইন্দোল!"

মন্দোলনা গ্রেসতা যেংলদুনা নে তাববা ব্রাহৈনা হায়বকই,

"নঙ ব্রাকনু! লুপা ফংগনি।"

গ্রেস তুং হন্না যেংলুবদা ঙসাইগী হৈনখিদ্রবা নুপাদুনা মঙোন্দা ওহ্মোক্লা হৈনখিদ্রবা, ওহ্মোক্লা তূক্কচপ্রবা কবাম্বা মীৎয়েংনা খৌবাংনা যেংদুনা লৈবম্মী।

# অওনবা শক্তম

লম্পাক্তা তিল্লিবা মীদু ফনা যান্নে। অমা লাক অনী লাক, শুবে লৈকায় মী লৈতবগী পূংখোল তাবদা হবাওজবা থকপা পামজবা, ৱাবেম ঙাঙগনবা, চীনদম ঙাঙবা খূৎতি য়াওদবা, মৈ চূখৎলকপদা থবক অমা লৈহৌই, য়াদা তৌবিনি হায়গনবা, ফৈনা তাবম্বদা হন্না যেংলোইদবা, হুমাই অমুক্তং হুন্নল্লগা চৎখিগদবা, হীদাকপু ৱাত্তনা পীবিববদি মোংফম শঙউ হাযবসু শঙজবগে হায়বা পূল্লপ তিল্লবে।

যজ্ঞগী মৈ থাফমদুদা শীংগী শীংখল তবেৎ, চূক তব্দক, চন্দৱাগী ৱা মবি যুংদুনা থাকল খন্দুনা শেম শাবদি লোইবে। অশিবদি যৌবক্তি। মৈফম মচা অমা হৌবিবদুগী মনাক্তা ইকোয় কোযনা ফমদুনা অঙাংবা খাঙনবি। কদোমদগীনো অশিবগী পাউ ফংবদা ঐগী মীগী থিগন্দবা খবা চঙলকই মনম মহা ইচেন চেন্না ফল্লিবা মফমদুদা মবোল মবী ইফাই ফাইনা ঙাঙন-শক্লবিবদু মবী ইবৈ লৈনদবা ৱাফম শৎ হৌদোবকই। অমনা হাযবকই,

"সংস্কাব তৌবা যাও হাযববদি ইনে ইবেল্লেদগী খবা শোৎলুবোদনা।"

লৈবম্না মযামদু মঙোন্দা মুন্না য়েংলকই। মমীৎ মনা খবা শিংবা অমা অনী ফূক হৌগৎখি। ঙাঙলম্বদু নাকলদা খবা থৈদেক্লগা হান্না যাওবকপা প্লাষ্টিক মযোম অমা ফূবিৎখাউদগী পুথোবকই। মখূৎ নাম্না থাঙ্গত্তুনা মনীংদু ময়ানা চীকথৎলগা ফূ লাউনা কামথোকখি। চূপ্পা যাবা মাগী খবা চূপহৌবগা মমীৎ উইশিন্দুনা কূৎ লাউনা য়োৎশিল্লগা অমুক্তং স্বব শাংনা কান্নগা অমদা অমুক লানখি। প্লাষ্টিক মযোমদু মচীন্না চিংলুবদগী জ্ঞান তাবা হৌনবকই। মশাগী অবানবা অশোয়বা খঙজদ্রসু মীগী অচুম অবান থিবা হৌবকই। শাগৈ পুবান ফাক্লদুনা অশিবা ইমুংগী ৱাবী হৌনবকই অমা অনীনা ফাগি ওইনা ঙাঙনবম্বদগী অওইবা ওইনা তানবকখি। খঙজবা খবদা বাশি হাপ্পবকই লৈথেৎ তৌনবকই।

" ন্দক শিবিবসিনা তা মোধুগী কবি মবী থোক্লজাৎনো" মাগী মপা শিখিবদু
৮২ প্রনী ফাবমখিবোই, যামপ্রেদা মাগী মপাসে।"

জ্ঞান তাবা শাদুনা মবোল শেংফাত্তনা তনওক ওক্লুনা অমনা খুন্নকই,

"হান্না শীখিবদুনা অযোকপা তা মোধুগা চাক্কোনবা।"

পাউখুম য়াওবা ৱাহৈনা অমুক নমহং হংজিল্লকই,

"হন্দক্কীসিনা অপোকপা মপা ওই তাবে অদুদি?"

"অপোকপা, পোক্তবা কর্ম্মধাবী ওইবদি লৈকায় পোৎপাং চৈবাংদি মানা ফংলনিদনা।"

"অদুদি মানা পোৎপাং ফংনবা ঐখোয়না অশিবা পোৎলোইবা থোবকপা তাবেনে।"

"জ্ঞান তাখো ঙাইখো, মবৈ তৌনখিনু। কর্ম্মধাবীগী নামাদা শোৎপা য়াবা খবা মাবিনবগা শোৎলুবো চৎলু। অঙাং হাযদু নঙ থোক্কে।"

"ঙম্মোই, ঙম্মোই অশিবা ফাওবা য়ৌবক্ত্রি। হান্নগী ফাওবা কোক্ত্রিদুদা। যূম্নুনা পৈশা পীনীংলোই। অঙম্বনা অদুম চৎলগা হোৎনকবো।"

"অদু ওইবগনা মপাসি মথন্তা পোৎলোইবো হায় তাবেদনা। সিদবু থক্কে হায়দনা পোৎলোইবা যাওবি নৎত্রা? ঐখোয়বু মীবেল্লা? মপা অয়োকপা, মপা অপোকপা, মপা তবামুক লৈবসু ঐখোয়বু পোৎলোইবা যাওবিযু মৈ থাদুনা লোইশিনবিয়ু হায়বদি থকপা তাবা, থকপগী খবচ মপুনা তৌবা তাবা।"

মখোয মশেল খোন ৱাংখৎনবকই, খোনচোপ য়াওনবকই। অমনা হায়বা অমনা তানবক্তে। হান্না অঈংবা ফাওদনবা পায়নবল্লবা ঙাক্তনি। লৈকাযদুদা মোধু অযোকপনি, মপা লৈখিদবদু অযোকপা, পোক্তবা মপানি খঙলমদবা মীশক ফাওবা ময়েক শেংনা খঙনবকই। পাবী পুবী পুবান ফাক্লবকই। হৌবকফম পোকফম খোযবী লিনশাং তাফম ফাওবা পুথোক্লবকই। অমনা মখা অমুক তাবকই,

"আ! খুঙ্গংগী চাযাম পোকপা মপাদুনা চাযাম পোক্লগা যোকহল্লেদনা। সম্পত্তি ফংহৌনবা। নুংশিনদনা যোকহনবগা নত্তে খঙলব্রা? থাকপা যোকপা ঙল্লক্তদনা ।"

লৈতে লায়বৈ হায়দুনা মবূকখোক্কী মচাবু কনানা পীথোক্লীংবগে, মশাগী ঈ য়াওদবা মীদা য়োকহন্নীংগে? মীওইবগী মিনুংশি হাযবসিতনা পূম্নমক থাদোকপা ঙম্বনি। ঙাঙন-শক্লবিবা কাওলূপসিদদি মিনুংশিগী ৱাহৈ মচেৎ অমত্তা য়াওনদে। তাবদা তুজুংলবা ৱাহৈশিংদু হায়বদা মশাদা নুংঙাইতবা মচেৎ অমা ফাওবা পোক্লদে। পেন্না পেন্না হাযনীংবদু হায়নৈ। অয়োকপা মপাদুনা মোধুবু ষষ্ঠি পূজা ফাওবা মযূমদা তৌজদুনা চাউনবা য়োকচবক্তুনা মী ওইনবা শেমজবকপনি। হিংলিঙৈদা মোধুবু অয়োকপা মচানি হায়বকপদা ওনশিন্দুনা খৎনবদা শিবমদাই ফাওবদা কৌনখিদবা লৈকায় মী ফাওবা য়াওবিবনি। মসিদগী মযূম ইস্কোল থাদোক্লম্নগা হোংগৎলক্তুনা লৈকাযসিদা লৈববনি। চাকোন্নবা অপোকপা মপাদুনা লৈখিদ্রবদা, ফীভম চাদ্রবা অপোকপা মপাদুবু পুবক্তুনা

ময়ূমসিদা থল্লকখিবনি। অপোকপা মপানা মোধুদা মপাগী প্রেম মপূং ফানা পীবা ঙমখিদ্রবসু, শোল্লক নাবক্লবদুদদি পোকমিন্নবা মচীন মনাওশিংদা হায়জদুনা সেবা মতেক খবদং ফংজগে হায়দুনা পুবকখিবনি। অহল ওইবক্লবা মপাঙ্গল য়াওবক্তবা মতাংদা য়েংলিবা মচীন মনাওশিংগী মীৎয়েং সেবাগী মনিল নাইবকপদা মোধু খাওবা ঙমদে, মানা মীগী মচা ওইনা লৈববসু। মীতোপ ওইনা লৈকবনা অদুক কন্না হায়জবসু ঙমদে। লাপ্না য়েংবসু যেংবা, নক্লা মনাক্তা থমজবগা মপাবু খজিক্তা ওইববসু শোল্লকপসিদা সেবা ফংজগে খুকল্লগা হাযজদুনা থল্লকখিবনি। মচীন্দা তৌনু হায়জববসু অশোনবা মপাবু সেবা তৌবগী থৌ অমদি ককথবনি খনবদা মচীন মনাওশিংদু হাইফেৎতি মপূক্লিংদা হবাওনখি। মখোয়বু চাউনবা যোকপি থাকপিবকপা মপাদু শোল্লক নাবক্লবদুদদি মহী মচুম থোক্লবা কান্নদ্রবা শুমদোকশ্রবা চুবাগুম্বনি খন্নবা মচাশিংদুগী মওংদু নুংঙাইতদুনা মোধুতনা মপাগী সেবাদু থম্মোয় শেংনা তৌজনীংবদগী মাগী ময়ূমদা পুবকখিবনি। ফীভম চাদ্রবা মচীন-মনাও ময়ামদুনা মপাবু নুংশিদ্রবসু অশেংবা মপাগী ঈদি য়াওবিবনিনা মোধুনদি নুংশিজে। হন্দক মশা কযা নুংঙাইবক্তবদগী হোস্পিটালদা পুখৎতুনা লাযেংলকপনি। অথেঙবদা "মী লৈত্রে, মী লৈত্রে" লাউনয়কপদগী থোক্লবকপনি। লম্পাক্তা পূল্লিবশিংদু তৃমিন তৃমিন অমা হৌগৎ অনী হৌগৎ ইনে ইবেল্লেদগী থক্রকব্বদগী নিশা হাইগৎনবকই, ফাজিন পুনশিনবিনবা লৈতবগুম হায়নীংবদা হায়নদুনা মখা শমথবকই,

"তা মোধু মমাদু মশক ফমজবমগনি অদুনা মপা যাল্লিবনি।"

অমনা অমুক—

"মপা অতৈসু লৈবম্বা য়াবি।"

মখা তাবকপদুদা অহল খবা ওইব্দুনা হায়বকই,

"ঙাইখোদা ইনাওশা, পংঙাঙ ঙাওনবা হায়বদুনি শিবা হায়বসি লোইববনি। যজ্ঞসিদা লোইশিনখিসি; লৈকায় অমা লৈববদি অশি অনাদা মতেং পাংনবা হৌনবনি।"

"অশি অনানি হায়দনা লৈকাযসিদা নোংমতং মাগী ময়ূমদা লেকপদা শিবনি হাযদুনা পোৎলোইনি হায়বসু লৈকায়না যাগদ্রা? ঐখোয় ময়াম পোৎলোইবা থোক্লকদ্রা? মানা পাল্লব্রা লৈকাযসিবো?"

" হায়নে, লৈকায় অমা লৈবগী নিয়ম চৎনবী লৈতবদৌনা, কৈনো লৈকায় শীলূপ (শীং-য়েল) লৈবগী অর্থ কবিনো?"

খাম্মু লাকউবা যাবা নত্তে হীদাক ঙাওবগা তানবকপা জ্ঞান লৌশিং মবক্তুদা অখাম্বা মীদু যেক্লবনি। লৈকায় চৎনবী থুগায়দুনা শেল খবা পায়বগা মানা তৌবা হেক্তা

পংয়া য়াব্রা হোংগৎলকপা মানা। য়াওফম থোকই য়াওফম থোক্তে ব্রা-ব্রা হেক্তা লাউনবকই। মোধু মপা শিক্সে মপা অপোকপা ওইগেবা ওইবোইবা লৈকায় মী অমত্তা পোৎলোইবা য়াওগুমসি য়াওবা য়াদে শৎ অমনা হায়বকপদা পূপ্লাং হেক্তা লাগুই। য়াওগুমসি যূম যূমদা চগুলসি হায়নবকই।

তাঞ্জাদুদা মোধু মপাগী অশিবা হকচাংদু অঙৌবা ফি অমনা কূপ্লদুনা হোস্পিটালদগী পুথবকই। যূমদা পুশিনবা তৌহৈদে লম্পাক্তা সুম লোইশিন্নবা তৌবসি হায়দুনা মোধুসু কূমথবকই। ময়াম পূপ্লপ উবদা মপূক্লিংদা হাইফেৎ হবাওবা পোকখি। মীওইবদি পূকচেল চাউনবনি অব্রা অনাদা মতেং পাংনবনি। ওহ্লোক্লা মিনুংশি চাউখ্রবা লৈকায ইচীন-ইনাওনি খঞ্জবদা নৌদুনা লৈবম্বা থম্মোযদো মহী চেল্লকই।

মে'খু উবদা এহ! অশিবা যৌবক্লে। গুইখো হাযদুনা খামজিন্নবকই। লৈবম্বা মীশিংদু অমা চৎখি অনী চৎখি ইতাক তাকশিল্লকই। কৈনো গুইহাক খঞ্জানবিগুদা মোধু ব্রাহে অমত্তসু হায়বা নংহৌদে। মপূক্লিংদা চিংনবদি অসুম অসুম হেনগৎলকই। ব্রাখল মফাং মফাং খল্লকই, মাবু লৈকাযদা কবি অবানবা যাওখ্রবগে? শিবগী পাউ তাবদা অওম্বনা গুম্না, গুমদবনা হুমাই অমুক্তং পাযদুনা হুন্নগা হন্নবসু যাওখি। গুসিসিবু কৈদৌববা জাৎনো খনখি। মাবু হেক পোকপিবা মাগী ঈনা হকচাংগী লূ-তোং শাবিবম্বা মপামক্কী সংস্কাবগীদমক থোবক্লম্বা লৈকাযগী নহাশিংনা অমমমৃতা চৎখিবদু উবদা মোধু মমীৎ মনা চপ যুংখৎলকই। মপূক্লিং খংনুং নুংশিবা হেল্লকই। মপাগী অবোইবা যাতাফম ওইগদৌবিবা শেম শাদুনা মওং ইকায কাযদনা লৈবিবা সংস্কাবগী শীং অদুদা মুন্না মীৎ কূপ্তনা যেংলি। লম্পাক মচীদা মযাম ফমদুনা মৈ থাবম্বদগী লোথবক্লবা মৈতালদুগী মনাক্তা কনানো অমদি হীপ্লম্বদগী তপ্না হৌগৎলকই। তপ্না তপ্না মী খবা লৈবিবদু মনাক্তা চগুশিল্লকই। মবৈ ইথা থানা, ব্রাখলনা তৌফম খগুদ্রবা মোধুদা ওনশিন্দুনা মখোল শেন্নগা হাযবকই,

"তা মোধু পোৎলোইবা লোইশিনখ্রবো? মী লোইনা কানখ্রববা? ইনে ইবেল্লৈদগী সংস্কাব যাওবা খবনা শোৎলগা তৌনখ্রবনি তা মোধুগী দায়নিকো । ঐসু কাবগে যূমদা ওইনা ইকজকবগে" হাযবম্নগা তপ্না তপ্না চৎখি। পূক্লিং ইনৌতা নৌববা তৌফম খগুদ্রবা মোধু সংস্কাবগী শেমদুনা থল্লিবা শীংদুদা মীৎ কূপ্তনা যেংদুনা লৈ।

# ঈচেলসিদা

"তম্ফা, কদায় লৈবিনো? কৈদৌগে ব্রাবীদু কোন্না অমুক তৌবো ইবেম্মা নঙমা মফম মতম অমত্তা হেক খঙদবা হায়দুনি।"

ব্রাহে অমা ফাওবা পাউখুম পীবক্তে। চঙলক্লগা ইনাক্তা পোল্লি পোল্লি কবি হাযবিবনো হংবগুম চপ লেপ্লে। মমীৎ অনীদুতনি ঐঙোন্দা য়েংলিবা। ইশৌ খবা লাংগনবী নুপী ওইবদি কবিনো ব্রাহে খবদি "নচাগীও নঙগীও ঙমজদ্রে, খবা খবসু মতৌনসি" হায়না ইথক্তা হৈথবক্লমগদবনি। অদুমক্তি নত্তে ঐগী নুপীসি। ইথন্তা শাউনীংদুনা ঙাঙজবা নত্তনা, অতোপ্পগী খোঞ্জেল অমতা তাদে। অতাবা অমনদি ঐসি ইথন্তা ঙাঙবগী থাক অদু যৌবক্লববা হায়না ফাওবা খল্লমগদবা জাৎনি। মাগী ঈং-তপ্পা মওংসিদনি ঐনা মনাক্তা শীৎ নান্দনা লৈবগা মানা হাযবদা হীক্তোকপা ঙমদ্রিবা। অফবদবু ওইববসু, ফত্তবদবু ওইববসু মাগীদমক শিবগে হায়না লৈবিবসিসু।

"কনাগনো অমুক ব্রাবী শানদুনা লৈবিদুনা, কয়া লুবা ব্রাবীনো? সিদা লৈবা খোঙ্গ্রাওদু থিবা খঙদে অমুক্তা লৌথোক্লম্মু।"

খোঙউপ মোজাদু উপশিন উপশিন্না হায়খিবনি। নুংশা শাবসিদা মচু খবা ঈংবদু শেৎনীংদুনা থিকবনি। থিফম খঙদ্রবদুদদি উপায় অমা তৌদুনা ফংনীংলকপনি। অসুক কুইবা য়ূমসিদা লৈবক্তুনা ইথন্তা লেপচঙল্লবনি, য়ূম অমগী মপূনি খন্দুনা ইপা ইমানা পুবিবম্বা ভাবদু ঐনা ইচাশিংগী ওইনা অমুক পুববনি খন্দুনা পোঙনা চাউনা লৈবকপদু অপীকপা পোৎসু নত্তবা খোঙ্গ্রাও অমফাও থিবা খঙলক্তবদুদদি ইশাগী নাপলদু নুংশাদা লেন্না তুম্বগুম মাঙখি। খঙদে থিবিনবা লৈবে হায়দুনা খল্লুবদগীবা নৎত্রগা হায়বদা হীক্তোক্তে হাযদুনা তৌবিবা ইথন্তা ব্রানীংলক্তবা নুংঙাইবা পাম্লকপদগীবা তৌবিসি খল্লুবদা হাইফেৎসু মঙলাক্লদৌই। মাদি ফীভম ইকায় কায়দনা তপ্না হায়বকই,

"এহ! অদুদি ঐনা নহাল ইতাদা পীথোকখ্রে হায়খ্রদুবু। পীথোকখ্রবা পোৎতুবু কদায় লৈবমদোইনো? অদুনা হেন্না ঙকব্রে।"

"হৈমা শেৎনবিবা তুবসু কুইদ্রিবা খোঙ্গ্রাওদুবু কৈদৌনা পীথোকইবা! নঙসিদি নফি শেৎলিবদু ফাও পীযু হায়বদি পীথোকখিদৌবি।"

ইতন তম্বকপগুম তৌখি। উপশিল্লম্বা মোজাদু লৌথোক্তনা ফমুংদা শাংনা

অমুক্তং তিংথোক্তুনা হীপথকই। ইমুন মুন্থববা হকচাংসি মোনগা কোক্কা শম্নবদুদদি উইকম উইকম ফনবু নুংঙাইখি। তূমথখিবা খঙহৌদে। মীৎকৃপ খবদি মীনা ঙাঙবা শকপা তাদনা লৈখিমানে। অশাওবা নুংঙাইতবা অমত্তা ফাওদনা। ইশা নোমদুনা হৌদোবকখি।

"কৈনো থবক চৎলবোই হায়বিবো? হৌগৎলো থেঙঙে, থবক চৎলোই হাযবগদি খঙদ্রে।"

"চৎনি।"

হাযবন্নগা অমুক নমশিন্দুনা তূমথনবা হোৎনকই। মপান্দা অমুক থোকখিদুনা ব্রাবী শানবগী মখোলদি তাবি। ইমুং মনুংগী লৈত-লাযবগী অমনা পংঙাঙদা ঙাঙই অমনা উম উম হায়বগী মখোলতমক তায়। চাকখূমদা অমুক চঙখিবগী মখোল তায, উইকম উইকম হংলুই,

"কন্নানো মপান্দা ব্রাবী শানবিদুবো?"

মা মথব্রায যাওনা তাদবদি মাল্লি। খুমনীংনা খুন্নকপদি নত্তে।

"ইতানি, হৌগৎলো থেঙঙে।"

মখা তাবমদে। ঈশিং গ্লাসলা কৈনোমা পায়দুনা থোকখি। ইতা লাকই হাযবা তাবদা মিহুলসি কাঙলকই। ফনা নমথগে হোৎনবনি ঙমদে। ইফ ফবিবা শেৎনবদা ঙাযবিবা খোঙ্গ্রাওদু কবুক্লা শাবা চাকউপতুগা ওন্নহৌই হাযবা তাবদুদা শাউনীংখিবদু অমুক হৌবকই। পঙই পঙই হাযনবম্বদু কদায়নো ওঙ্খোক্লা শিংখ্রবা জাৎনি। ঙাইহাক্কী মী ফানবা ব্রাঙাঙ, লৈত-লাযব ব্রাবী শাদুনা লায়না মীশুম্বা ঙম্বনি খল্লুবদা থুনা চৎহন্নীংখি নৎত্রদি মা কৈনোমদি শোযদনা পীথোকখ্রনি খন্দুনা উইকম উইকম হৌগৎকে হোৎনবিঙৈ তপ্পা ইনাক্তা চঙলক্তুনা হকচাং থেংনা ফম্লে। কবিনো অমদি হাযবক্লনি খঙলবনি। তাঙ্গা চাবিঙৈ উইকম উইকম তৌবিবা মীৎতু পাঙথোক্তনা মখূৎতু পাযশিল্লুই। মফম মতম চাবা চাদবা নীংশিংলুদে। খূৎসি ঈঙ্খোক্তুনা—

"কৈনো, নুংথিলনি কাউবমাল্লে মীৎ উইশিন্দুনতা লৈবদুদা। মীৎতু অমুক্তা পাঙবিয়ো ব্রা অমত্তা হাযগে।'

ব্রাদি ঙাঙদনা মীৎতমক পাঙথোক্তুনা য়েংলুই। মখূৎতু ইখূৎসিনা পাইশিন্দুনা লৈবম্মী। ফমুংদা লৈবিবা ফৃবিৎতু মখূৎ ওয়না চিংশিল্লগা—

"ব্রা অমত্তা হাযগে?"

"ঙহাক্তা চঙশিল্লকউ।"

"ঙাইখোদা মপান্দা মী লৈ।"

"চৎত্রিবো?"

"চৎত্রি।

পায়শিল্লন্বা খূৎতু খংথা থাদোক্লুই। খোল কল্লপ্পা হায়কই,

"অং অং ঙসিনা কবি অমুক পীথোক্কে হায়বিবা? নহাননা ইফ ফবিবা খোঙ্গ্রাও অহনবা অমা পীথোকখ্রে। ঙসিনা ফূবিৎতু পীথোকখো ইবেন্মা। নোং নীনি লৈবগা শেৎলিবা নফিদু পীথোকউ থুমোক অমা লৌহৌবগা মদুদা ফম্লগা হেক লৈয়ু।"

"মীনা ঙাঙবদি হেক তাদে। ফি নত্তে পীয়ু হায়বিসি ফূবিৎ অমনবা অমত্তা পীয়ু হায়বিনে।"

"লৈতে, নঙনা খঙলিদুনি। থা অমদা অনীবক লাক্লগা অমনবা অমনবা কদায় মন্দোইনো তানীংদে, ফূবিৎপু থা অমদা মনব্রা?"

কুইনা ফম্লমদ্রে। হৌগৎলগা তূমিন থোকখ্রে। কবিনো অমদি পূক্লিংদা ফাওখি। খোঙ্গ্রাও পীখিবা নুমিৎতো মাদি ব্রাবী মযাম অমা তৌজবনি। মতাদুগী নুপাদু কবিসু তৌবা ঙমদ্রে ইমুং মাঙ্গোল খবা থোকপা নত্তনা। চীংদা লাম্মৈ চাকপগুম শন্দোবকখিবা কাঙলূপ অনীগী ঈবাংদা শোকখিবদগী শোম্থখিবনি হায়জবনি। ঐ কয়া থব্রায় যাওনা তাখিদে মাগী ব্রাবীদু। অচীকপা অহীং ইবান্নীতা লৈবদুদা তানীংলূদবনি, মাগী ব্রাবীদু মখা তাহনখিদবনি।

মপান্দা ব্রাবী শাবিবদু ময়েক শেংনা তাকদ্রবসু, থব্রায় তানা নোকপগী মখোলদুমদি নাকোংসিদা হূৎতুনা চঙলকই। খোঞ্জেলদুনা কাউথোকখ্রবা মীশক অমগী খোঞ্জেল নৌহৌনা নীংশিংহল্লকপগুম তৌই।

মাগী খোঞ্জেলদুনা ঐবু ফমুংদগী চিংখৎপগুম তৌই। তপ্না তপ্না মাঙ্গোলদা থোবকখি। ঐবু উবদা খজিক ইকায়বগুম ঙাঙলম শক্লম্লবদু লেপখিবগুম তৌই। ঐনদি মাগী মীনোক্তুগী খোঞ্জেলদু তানীংলি। মশক্তুদি লাকশিনবা ঙমদে। হংলুই—

"ইচলদি কবি লমদগীনো?"

"তমেংলোং।"

মফমদু পল্লকপদগী মাবু অমুক্কা হেন্না খঙনীংবা হেঞ্জিল্লকপগুম তৌই।

"তমেংলোংগী কদায়ব্রাই মফমনো? বাজাবদগী কয়াম চঙশিল্লি?"

"বাজাবগী অব্রাংগী লৈবক্তুদা লৈবূং অমা লৈবদুদগী, মদুগী মখাদা লৈবা গেটতো।"

"এহ! অদুদি জোঙ্গনগীনি। মদুদা নঙবু লৈব্রনে? নঙবু মা খঙব্রা?"

"কবিগী খঙদনি মাদি।"

মখোল থোক্লা নোক্লকই। খোঞ্জেলদু তাবগা নীংশিংলম্বদু ময়েক শেংলকখি।

অদুগা নোকপদা উবিবা চাং মান্নবা লৈবিবা য়াতোন অদুগা নোকপদা বাশি লৈখ্রবা মমীৎ অনীদু উবগা মতম অমদা থেংনখিবা মাবু শোযদনা ওইবমগদ্রা চিংনবকই। মাবু মতম অমগী 'খৃষ্টিনা' দুবা কবিগুম্বা হংলুবগা ওইবমদ্রবদি ঐবু চোপ্লদ্রা? ঐবু হংবনা ফবিব্রা? কবিগুম্বা হংহৌদনা চৎখিবা তাবদি পৃক্লিংদা নুংঙাইতবা অমদি শোয়দনা লৈহৌবনি। হংদদি হংলগে খন হংলুই,

"নঙবু পোলো বাজাবগী খৃষ্টিনাবা?"

"এহ! ঐগী মিংদি কবম খঙববা?"

"নঙ ঐবুদি খঙবা ঙমদ্রা?"

"ঙমদে "

ঐ ঙাইহাক তৃমিন লৈখি। কবম্নদি নীংশিংবা ঙম্মি অসুক কুইখ্রবা অকাওবনা নোংমা নোংমগী লৈবোল চনখ্রবগুম লৈখ্রবা হৌখ্রবা পুন্সিগী তাঙ্কক অমদা থেংনখিবা পীকখ্রবা থৌদোক্কুবু কনানা নীংশিংদুনা লৈগনি। অকাওবগী ঈচেলদা তাউথদুনা হৌব্রবা থৌদোকপু, পুন্সি ঈচেলগী কল্লবা ঈবৈদা তাউথবিবা পুন্সিনা কনানা কবিবু তৌবিবা কদায়দা লৈবিবা হংনখিদ্রবা খৃষ্টিনা কবম্না নীংশিংগনি? ঐগী ঐগী হিংনবা লানফমদা লাম্থেংনবগী চৈনাখোলনা নীংশিংলুবা ঙম্নদে। অদুননি নীংশিংদ্রিবা। নঙবু শোযদ্রববা হংনীংখি। নোকমিন্নদুনা লৈবম্বা মাযথোঙদুদা তাবিবা অব্রাবা মাযোক্লবগী মমি, খঙলে পুন্সিনা পীবকপা চৈনা কযাগী মমি খৃষ্টিনাগী মায়থোঙদা তাবিবনি।

ঐ খুলদুদা তোয়না চৎখি। মফমদুগী খুঞ্জাশিংগা তোৎন-তিন্নখি। কযাদি নুংশিনখিবা অচম্বা থম্মোয়গী অশেংবা শক্তমশিংদু তান্নবা শহবগী লাপ্লা লৈববা মীওইশিংদুগী থম্মোযদা তৌশিন্নবা অমকপা পৃকচেল যাওদনা তিন্নখি অচম্বা মদ্দপকী মবী অমনা পুনশিনখি। জোঙ্গনগা নকশিন্না তিন্নখি। অচৎ খৃদিং মাগীদা থুংফমনি। য়ুমথংনবদা লৈবী খৃষ্টিনাবু কৌদুনা ঐগী সেবা তৌহনগনি। চানবা থক্লবা ইবাং লাঙনা। নিংথম থাগী অঙৌবা লৈচীলনো শীনথুংনা কৃপশিনখ্রবা মীশক মীমায খঙদ্রবা মতম, মৈচাক ফনা চাক্লিবা মৈদুগী অকোযবদা ইতৎ তত্তনা পূন্না লৈমিন্নবদা ঐনা ফাগি ওইনা জোঙ্গনদা হায়খিবনি, নঙদি নবায়বক ফবেহে।

"জোঙ্গন ঐঙোন্দা খৃষ্টিনাসি পীবোবা।"

"এহ! এহ! মানা পীবসু ঐনা য়াপিবোই। ঐদি মৈতৈ নুপা পাম্বিদে। সিদা সুম লৈবিনি।"

অদুদগী পূন্না অহৌবা খোঞ্জেলদা নোকমিন্নখিবদো নীংশিংলকখি। ব্রাহৈ অমনা ঐবু মীকপ থোকহনখি, "নঙবু নঙবু "

ঐ ঙাইহাক লকক তৌকবগা খংহায় হায়কই,

"ঐ নখোয়গী খুলগী ওজা মনিনি। জোজনগী মন্দপ নীংশিংলিব্রা?"

"এহ্! নঙবু ওজা মনি শোয়দ্রব্রা?"

"মানি, ওজা মনিনি। মাদি কমদৌবি? নঙনা সিদা কবম হায়না লাক্লিবা? নচানুপী অকিমদি লৈশা ফাবল্লগনি। মাবু লুহোংগ্ৰববা? নখোয় কদায়দা লৈবিগে? তমেংলোংদা অদুম লৈবিব্রা?"

ঐগী ব্রাহং ময়ামদুদা মহাক তৃমিন লৈখি। ব্রাহৈ অমফাওবা হাযবকখিদে। মঙাল যাওনা ঈংনা থোক্লম্বা থাজগী মায়থোঙদা খঙহৌদনা লৈচীলনা কৃপশিল্লক্তুনা মঙাল থোকহন্দবগুম মোমোন্নবম্বা মাযথোঙদু খঙহৌদনা ইমক মকশিনখি। মমায়দু নোম্বখিবদগী অমুক্তসু যেংলকখিদ্রে। মমীৎ অনীমক পিবাংনা থৃম্মংখি। ইশা ইথন্তা চিংনজবকখি ঐগী ব্রাহৈদা কবি অশোযবা যাওখিবা, কবি অবানবা হাযখিবা।

"কবি তৌবে খৃষ্টিনা তৃমিন লৈবদি, অকিমবু কবি তৌব্রবগে?"

"ওজা অকিমদি    "

"মা লুহোংগ্ৰে নংত্রা    মদুদা নঙনা নপি তাবিবা    মদুদি নিঙোল ওইবীশিংগী হৌনশানি।"

"ওজা অকিম লুহোংবা ওইবগা ঐনা পি তাদুনা কবিগী কপ্পুনি।"

"অদুদি    অদুদি অকিম.  "

"মা মপৃগী নাক্তা    "

"কবি অকিম    বো    ? কমদৌনা কযাম কুইববা? কবি ওইনা?"

মহাক তৃমিন লৈখি। মীৎকী পিবু খামজিন্দুনা। ফাজিনবা ঙমদ্রবা পিবু মনীং তমহন, তনীক্লবা খোঙ্গেলদা হায়বকই—

"চীংদা লাম্মৈ চাক্লকপগুম শন্দোবক্লিবা কাঙলূপ অনীগী ঈবাং অফং অফংবা থেংন থেংনবা কযাবু তাঙ্গোয় ওলহনবা। তাঙ্গোয়না অতিয়াদা শীন থুংবা, মালেমদনা মীগী ঈনা চীংলৈবাক্কা মচু অমত্তা ওইবা মতমদুদা, মাগী হকচাংসু লৈবাক লৈশা ওনখি ওজা।"

"খৃষ্টিনা কবম হায়না    ?"

"মায়কৈ থুংনা শন্দোবকখিবা অকিবা ফংলবা থৌদোক্তু থোকপা নুমিৎতুদা মাসু মতাশিংগা থোকখি। থুনা লাক্কনি হায়বল্লগা মা লাকখিদবনি। মাগী থব্রায় য়াওবা হকচাংদুদি পুক্নিগী ওইনা অদুম লাকখিদে। নুমিৎ অদু পূম্নমক পংচেন্দা চেন্নে। অমত্তসু ভাব তানা ব্রা ঙাঙনবা ফংনদে। থব্রায় হিংনবা হোৎনখি। অকিমগী অপানসু য়াম্না

থিখিবনি। অকিমগী খোঙ্গুল লীবিনবা মতেং পাংবিনবা কনাসু লৈখিদে। নুমিৎতি অসুম হৌখি, ফংবদি লৈতে। নোংমা খূৎলায় পায়বা মখোয খবা লাকপা উবদা অকিমগী অপানা কপ্পা হায়জখি—

"ইচাশা নখোয় ঐগী ইচানুপীবু মপা ঐঙোন্দা শিন্নবিয়ু" মশক মতৌ ফীভম লোইনা হাযখি খদাংদা শমত্রু থুংবীনি। নখোযন তৌবা থবক খূদিংদা মপূনা চানবিসনু। অচেৎপা থাজবা ব্রা পীবম্মী শোয়দনা শীন্নগনি। কবিসু তৌবল্লোই মফম অমদা লৈবমগনি। শোযদনা পুবক্কনি। মখোয়না পীবম্বা থাজবদো কুইনা ঙাইখি। চাবা থকপা খঙদনা মতম চুপ্পদা কপ্পা লৈখি। অকিমগী অপাদি ইচা অকিমগী ব্রাখলনা লায়না ওইনা ঙসিসু অদুম লৈবি ওজা।

"ব্রাখলগী লায়না ওইদুনা লৈবিবকো। অকিমগী পাউদি কবিসু তাখ্রিদ্রববা? হাযযু খৃষ্টিনা।"

"ওজা কুইববগী তুংদা মমীৎ মনা শিংবা ফজবা অবাংবা ফিজেৎ শেৎপা মখোয খবা লাকখি। লৈতাফম খঙদ্রবা মানা থাজনা হংখি, ঐগী ইচা অকিম থেংনববা পুবক্লব্রা? ফোটো অমা পুথোবক্তুনা হংলকই, 'মসি নখোযগী নচানুপীবা?' ফোটোদু উবদা অঙাওবগুম হবাওনা ফূক হৌগৎতুনা মচানুপীবু কৌদুনা কপখি। মখোয ব্রা মখা তাবমদনা ইম্ফালগী বিম্স হোস্পিটালদা লাকউ হাযবল্লগা থুনা চৎখি। ঐখোয অনী বিম্সতা লাকখি। ইখোঙ অনী অসি হেক থাংবা ঙল্লিবা ফাওবা মাবু মফমদুদা থিখি। ফংখিদবনি সুকফং ফংখিদবনি। ইচাগী মশক উবা ফংখিদে। নীংবা কাযনা ইখুল তম্না হন্নবা থোকপগী লম্বীদা মাগী মখোঙদো ওস্ত্রোক্রা থাংনীংদনা থাংখি। ব্রাখলনা লূমথববা মাগী মখোঙদু নীংবা কাযবগী চৈনানা নমথদুনা মঙম শান্দনা থোবকখিবনি। মতমদুদা মশক খঙদবা নহা অমনা ঐখোযনীবু মনীং ইথং থংবা শঙদুদা চৎনবা হাযবমখি। ঐগী মুন্না য়েংবা মীৎযেংদা মাগী মখোঙদো থাংলম্বদগী চপ লেপখি। ঐগী ইখূৎ অনীবু চেৎনা পাযশিন্দুনা মফমদু য়ৌনবা চৎপদা ব্রাহৈ অমত্তা হাযনখিদে। লাঙতক্লবম্বা মাগী পূক্লিংদা অহোংবা মশক অমা লাকখি। অশিবা হকচাং থম্ফম শঙদুদা ফিনা কূপ্তুনা লৈবিবশিংদু তনীক তনীক্লবা খূৎতুনা অমগী মথংদা অমা হাইদোক্তুনা মমাযতমক যেংখি। ঐগী ইচা অকিম ওইবমদবদুদা মমীৎতু লৈদুনা ঐঙোন্দা য়েংলকখি। মাগী মওংদুদা ঐগী খোঙসি থাংবা থোক্তনা উযুংগুম লেপ্তুনা লৈখি। পূক্লিংদদি তত্তনা মপূ মাবু শোঞ্জখি ঐগী ইচাবু মফমসিদা ফংহনবিগনু। মীকূপতুদা মাগী ব্রাহৈ অমনা ঐনা নীংজবদু থুগাযখি।

"অমত্তা ঙায়বে ।"

"য়েংলুবনু চৎসি মফমসিদা ঐ ইচাবু ফংনীংদে। লৈনীংবা মফমদা লৈজবসনু।"

"ঐদি ইচাবু উনীংই।"

"ঐদি মফমসিদা উনীংদে, চৎসি।"

মহাক ঐগী ৱাহৈগী পাউখুম পীবকখিদে। মমীৎতমক য়েংলকখি। অবোইৎবদা লৈবিবদুগী মন্যাক্তা তপ্না তপ্না চঙশিনখি। তপ্না নীক নীক লাউনববা মখূৎতুনা অঙৌবা ফিদুবু পাযনীংদনা পাযখি তপ্না হাংদোক্লীংদনা হাংদোকখি। চপ লেপখি মুন্না যেংখি ফি পাযবম্না মখূৎতু তপ্না থাদোকখি। মহাক তূমিন স্বব হোন্দবগুম লেপখি। মাগী মওংদুদা চিংনবনা লৈতাহন্দ্রবা ঐসু খোঙসি তপ্না থাংজিন্দুনা চঙশিল্লুই। ঐ সুকথা থাজখিদে অশিবদু ঐগী ইচা 'অকিম'নি হায়বা। পূক্লিংনসু যানীংখিদে মবমসু লৈতে ঐগী অকিমনা মফমদুদা লৈবম্বদু। অশিবদুদা শমব্রুদুমত্তং যাওবমদ্রবদি ঐ মাবু ইচা নত্তে হাযবমগনি। তৌফম খঙদ্রনা ঐন্না পাখংপনা ফি অদু খংহাই হাইদোক্লুই। মাগী ফূবিৎতো লোইনা শেগাযবল্লে। ইকাযনা কূর্পশিন্দুনা থমজবা মাগী হকচাংদো ইহাং হাংদোক্লল্লে। শেৎলিবা ফিদুসু মওং তানা অমত্তা লৈবমদ্রে, ইশে শেগাযবল্লে। ওজা ইচা অকিমবু থেংনবদো যাম্না থেঙব্রমাল্লে।

মাঙ্গোলদা মী অমত্তা লৈতবগুম তৌখি। নুংশিৎ ফাওবা শীৎতবগুম তৌবম্মী। খৃষ্টিনাগী মমীৎ অনীদু পিনা চোৎলি। ঐগী নুপীসু মানা কপ্পদু উবদা ফিজি পাযদুনা তৈথোকখি। খৃষ্টিনাগী মখোল হৌদনা নুংহীক্লবা খোঞ্জেল মবক্তুদা মপোৎতু যোমশিল্লদুনা তপ্না যেংলকপা মীৎযেং, পিনা চোৎলবা ঐগী মীৎকা অমুক্তং মীৎচান্নখি। মীৎযেংদুনা হংবগুম তৌখি মীনা কবিগী অসুক মীনুংশি যাওনদ্রিবনো মীনা মীবু কবিগী হাৎনবিবনো? মীৎচান্নবম্না মীৎতো তপ্না লৈথোকখি।

# ঙাঙলৈনবা ঈথক ইপোম

অপীকপা হিদু হোল্লম্বদগী নৌদু থাঙ্গৎতুনা হিনুংদুদা তৃমিন ফমদুনা লৈখি তোন্দোম্বী। মপান নাইদবা ঈপাক্কি কাউথোকখি। শংবান্নবা ঈপাক্কুদা তাম্না তাম্না লৈবিবা ফৃমথক্তা শাবিবা খাঙপোকশিংদু উকবগা হৌখিবা পুন্সিগা য়েৎশিন্নদুনা লৈস্ত্রবা থৌদোকশিং অদুনা হন্না হন্না থম্মোয়দা নিংঙাই তৌহল্লকই। মপান নাইদনা শন্দোক্লিবা শংবান্নবা ঈপাক অদুগা ঙমখৈ নাইদ্রবা অশংবা অতিয়াগা অমত্তা ওইনা লৈবিবদু মীৎ কৃপ্তুনা যেংলকই। অদুবু কদায শম্লফমদি? শম্লখিদে, অমত্তা শম্লদে। মপাম্থোংদা অমত্তা ওইনা উজবতনি।

তোন্দোম্বীগী পুন্সিসু অহৌবগা অবোইবগা শম্লহনবা ঙমদে। শক্তিনা পূনশিনগনি খল্লিবা মখোযগী থম্মোযগা, লৈজবা খবদনা পেঞ্জবা খুঙ্গংগী অচম্বা পুন্সিগসু শম্লহনবা ঙমদে। মিনুংশিগী ঈবীক অমত্তসু খীকপা ঙমদ্রবা থম্মোয়গা মিনুংশিনা থল্লবা মীচমগী থম্মোয়গসু নকশিন্নবা ঙমদে। মপাম্থোংদা উবিবা শক্তমদুনা অমত্তা ওইনা শম্লহনবগুম উবিবা ঙমখৈ লৈতবা অতিয়াবু পনখৈ নাইদ্রবা শংবান্নবা ঈপাক্না অমত্তনি খল্লিবা থম্মোযবু তোন্দোম্বী তত্তনা ৱাবৌই।

নুমিদাংৱাইগী নোংজাবীগী ঙাঙ্গান্নবা মচুনা ঈযাযদা তাবকপদা অঙাংবা মচু ওনখিদুনা পৃক্লিংবু শুমহৎপদি মীকৃপ খবদগীনি। অদুগা নুমিৎ অদুদা শংবান্নবা ঈপাক্না ইপোম ঈহৌবকপা খৃদিংগী হৌবকখিবা অঙাংবা মচুগী ঈথকশিং অদুবুদি তোন্দোম্বীগী মীৎমাঙদগী মীৎকৃপ অমত্তসু মাঙহনখিবদি ঙমখিদে। থম্মোয়দা লাকশিনবা ঙমদনা ঈহৌবকখিবা ঈথকপু লাকশিন্দুনা ইপোম নাইহন্দবা কুইববনি। মাযকৈ অদোমদা চঙদুনা হিদু হোম্লুদ্রবনি। লৈত-লায়ববনা চপশিল্লক্কুনা পুন্সি লোইবনি খল্লসু মাযকৈ অসোমদা হি হোন্দুনা ঙা ফাবদদি চৎস্ত্রবোই খনস্ত্রবনি। ঙসিনা কমদৌনা মাযকৈ সোমদা হিদু হোঞ্জিল্লুবিবা? ঈয়ায়দুদা লম্মাঙনববা মীশক্কুম তৃমিন হিযাযদুদা ফন্নি। নুংশিৎনা হুম্বা মায়কৈদা হিদু মনীং তম্না চৎলি। হিদোন্দুনা ফৃমদুদা থেংলুববদা মীকপ থোক্লকপগুম তপ্না ফৃমথক্তা কাখৎলকই। ঈশিং ইপোমশিংদুনা ফৃমদিদুদা যৈবদা অমুক হন্দোবক্কুনা ইপোম মথং মথং লাকপগুম তোন্দোম্বীগী থম্মোয় তোর্ব্বানদা নীংশিংবগী ইপোমশিং অদুনা হঞ্জিন হঞ্জিন য়ৈবকপদা মাগী থম্মোযদা চৈনা ফাওবকই। ইতাক তাক্লবা মী লৈবম্মী হায়বগী খৃদম মচেৎ অমত্তসু লৈত্রবা মফমদুগা য়েৎশিন্নদুনা

লৈত্রবা তোম্দোম্বীগী পুক্তি ঙসিদি অমুক অমত্তা ওইবকই। ফূমদিথক্তা মখোঙ মখূৎ ইফা ফাজিল্লকই তূমদনা মঙলাক্লবকই ।

"কৈনো ফৈজ্রূপ শূপলিনি তৌবিসিবু মথেক অনী শুবে। ঈংবসিদা খূকউ য়ূম শাবসিদি হীপমিন্নবা ঐদি নুংঙাইবো"

যাওন্‌-শাওন্‌বদা মশাদু লৈতাফম খঙদে। য়াওনবদা ৱাচেৎকী কাংথক্তু মখোল তোযনা থোকই। ঙাঙল্লিবদু ইতা তাদবগুম তোমচৌ হাযবকই, "তোম্দোম্বী বেবীদু অমত্তগা লৈত্রবা?"

"মতেক অমদি লৈখিবনি। মপূমদি লৈত্রেদা।"

"থকসিবা ঈংগা ঈংলে।"

বেবিদু প্রেক প্রেক লাউনা অমুক্তং শাংনা মখোল থোক্লা চিংলগা মৈখূদু শাংনা কামথোকই। মৈ মূৎলবা বেবিদু ফম্মাঙদা থাধখি। তপ্লা হায়বকই তোম্দোম্বী—

"হয়েংদি মখোয় লাক্লনি, হায়বপ্পা নুমিৎ শুবে, চৎলো হায়ববনি।"

"কৈদৌনা চত্তোইবা? মখোযনা চৎলো হায়বগা হেক্তা চৎকদ্রা? শিদৌ থৱায়নি। হিংলিবসিসু শিবগা চপ মান্নববনি। তৌনীংবতা তৌববা, ঙাঙনীংবতা ঙাঙলবা মতমসিদা মখোযনা লৈহৈত্রা, ঐনা শিত্রা য়েংন' তাবেদনা।"

"ইমাইপেম্মা ! মাঙলে মাঙলে। মান্নবিকনু, লৈজহৌসনু, মচোম্পাক নাইদবা মচাশিংদুগা ওনশিন্নবিকনু।"

"মহাপাপীশিংদো! মখোয়না ঙম্মী হায়দনা তৌবিসি। যেংঙুনে, ঐখোযনা অদুক লৈতনা ৱানা হোৎনবিঙৈ মতমদুদদি কবি ৱাৎলি, কবি মতেং পাংঙুগেদি নোংমফাও হংখিদে। অদুগা হৌজিক্তা মীয়ামগীনি, লৈবাক্কীনি, নঙবু যানীংত্রা হাযবা?"

"যানীংদে হাযদুনা কনানা কবি হায়বা ঙল্লিবগে? অদুদনি ঐনা মান্নবিকনু হাযজবিসে।"

"তোম্দোম্বী ঐখোযসি হিংদবনা ফববা জাৎনি।"

তোম্দোম্বী ৱা মখা অমুক তাবকখিদ্রে। তূমিন লৈপ্রে। চাবা চাদবা থিদনা ওষ্তোক্লা ৱানা লোক্তাক্কী ফূম মথক্তা শাজবা শঙনি। শক্দা উনতনা কূপ্লবা মশাদুনা অৱাবা ফাওদনা আশা কয়াগা লোয়ননা শাজখিবনি। নোংজু নুংশা মায়োক্লদুনা পাক্ল' লোক্তাক ঈপাক্তুদা পীক্লবা হিদুদা পোৎ-চৈ হোন-হোন্দুনা হোৎনজখিবনি। নুংশিৎনা হুমদুনা পুবা ঙমদনবা লৈবদদি য়ানবা হায়দুনা শাজখিবনি অদুগা ঙসিনা অকেম্পাৎতা লাকপা মখোযনা ঙম্মী হায়দুনা লৈশিন্নবা হোৎনবা—মসিবু মীওইবগী ধর্মবা? তোম্দোম্বী সুকয়া য়ানীংদে, য়ানীংদে হায়দুনা চীন থোক্লা হেক হায়কবদা কবি তৌবক্কনি। অকিবা

পোকপনা কুইনা পুন্সিবা, কিদবনা ওসি হয়েং খওদবা। মসিদনি চীন থোক্লা হায়নবা ওমদ্রিবা, মপাম্ছোংদা মিনুংশি পোকপা মালহন্নবিবসিসু। শক্তিনা পুনশিনখ্রবনি ইখোঙ ইখূৎ, ইচীনসু অকিবনা মেনশিনখ্রবনি। মীগী মমলসু শিবগা লেপ্পনি। মতমসিগী মীশিংসে থম্মোয় পান্দ্রবগুম তৌবে। শক্তিনা মীওইবগী থম্মোয়বু খূদুম চনবদগীদি অশেংবা থম্মোয়দগী থোবকপা ঋাহৈনা অমত্তা ওইহনবা ওন্মী হায়বসি কাউথোক্লবগুম তৌবে। ওাইহাক্কী অনীংবা অপাম্বা তৌনবনা অমনা অমবু থাজনদ্রবনি। তূমিন তূমিন লৈবম্বদগী তোন্দোম্বী খাওবা ওন্নক্তে মচীন থোক্লা হায়বকই,

"ঐখোয়না ঋানা-নংনা লৈবিওদদি কনামত্তনসু নখোয় ঋাব্রা হংবিখিদে। ইপাঙ্গল অবৈবা পুথোক্লুনা খাওপোক মচা অমা ঈপাক্তা শাজবা সিফাও নমদুনা লৌনবা হোৎনবি।"

"কনাদনো নওনা হায়বিবদুবো নওবু অমুক তূমথবব্রা?"

"তূমদেদা, তূম্বা যাদে। অদুক ঋানা শাজবগা চৎলো হায়বগা হেক্তা চৎলদ্রা খল্লিবা।"

"চৎব্রগনা কবি? চৎলগনা কদায়দা?"

তোন্দোম্বী অমুকসু তূমিন লৈখ্রি। মপুবোইবনা মতেক মতেক হায়বকপা ঋাহৈ খূদিংগী মাগী থম্মোয়সু লৈতাফম খওহন্দে। হিবানগা ঈমায়গা মান্নবপ তৌবা লোক্তাক ঈয়ায়দুদা, শূ-নোম্বদা হীকথববা পাম্বোমদুনা হিমায় চুম্বতদা কয়াদা ঋাজখিবা, অকোয়বগী ফূমদি ককপদতা চোকথববা হকচাংদগী শীন্থবকপা হূমাং মবীক্কা লোক্তাক্কী ঈশিং ঈবীকশিংগা অমত্তা ওইদুনা ফূমথক্তা শাজবা খাওপোকনি। পীক্লবা হিনাউদুদা ঋা-নুং খবা হোন, থৌবীনা কাবন লাক, পয়ানা খবা পুন, ঋানা শাজখিবদো তোন্দোম্বী নীংশিংলকই

"তোন্দোম্বী ওসিদি উচূক য়ৈবন্লে। লেওদি লেওলবোই। নুংশিৎনা হুম্বদা চৎলবোই। পেম্মা, মসিমত্তং লোইশিল্লবদি মীগীদা তাং লৈবিসিমদি কোক্লনি। ইয়ূম অমদি লেওদনা লৈবনি। হিংবদি হিংলনিহে। হয়েংদি মথক কূপ্পবা অকংবা কম্বোং মনা খবসি হোন্নবা তৌসি।"

নোকফেৎ তৌই তোমচৌ মখা অমুকসু তাবকই, "তোন্দোম্বী লোক্তাক লৈমা ইমাসি লৈবমদ্রবদি লায়ববা ঐখোয়সি হিংলল্লোই। ইমা লৈবগী লায়ববা ঐখোয়সে খবদা ওইববসু অঋাবা কোক্লিবনি।"

তোমচৌ মশা মথন্তনা পুন্সিবু মায়থীহনবদি পামখিদে। পুন্সিদি পুনীংবা মায়কৈদা ইশানা হিমায় চুমদুনা পুগদবনি। মায়থীবা মায়পাকপা হায়বদুনা ইশানা হোৎনজবগী

মহৈনি। হোৎনবদি পুন্সিদা থাদোক্কে খনখিদবনি। তোমচৌ হোৎনখি পুন্সিবু শীংনবদুনা হিংনবা লানফমদা লানঙম্নবা, হোৎনজমল ফংনবা। অকংবা কম্বোং মনাশিংদুনা কৃপশিন খাজিঞ্জদুনা লৈবকখি। ফূমথক্তা শাবা খাঙপোক্তুদা লৈবকপা মীৎকৃপতুদদি লায়বজববসু পুন্সিগী অশেংবা শক্তমদুদি উবা ফংখি। থম্মোযদা তৃমদুনা লৈরুববা ঈহুল কয়া ঈহৌবকখি। নিংথমথাগী ঈংলবা অযূক শংবান্নবা লোক্তাক ঈপাক্তা অঙৌবা লৈচীলনা থানা কৃপশিন, মীশক মীশা উবা ফংদ্রবা মতম, থম্মোযবু লাঙতক্লহন্দুনা শব্লকখিবা খুল্লং ঈশৈ, ফাবকপা ঙাদুগা হবাওনা মানা হল্লকখিবা মীৎকৃপ, কল্লক মিহৌ পোকখিদ্রবা থম্মোযদুনা মতম চাবা চাদবা যেংদনা সুব চানা শব্লককখিবা খুল্লং ঈশৈ তোন্দোম্বীগী থম্মোযনা কাউবা ঙমদে। নীংশিংলকই

"হাইমা শক্লিবদুবু কবি ঈশৈনো ফীভম মতাসিগা অতাবা মীনা তাবগা নোক্লবনি খনবিদ্রবো?"

"পেম্মা, মোন্দা নুংঙাইদনা ঈশৈ শকফাওবা য়াদ্রবো? ঈশৈ শকচববু কবি মথৌ লৈদনা। শক্লি হাযনীংবমখৈ হাযজসনু পেন্না শক্কে 'শাবী ইনেম্মচা পাম্মুবী নঙবু তাববা লেমলৈ ঙাবু তাল্লুবা "

"হাইমা যাবে যাবে পেঞ্জবে, তোকপিবো।"

থব্রায তানা নোকখিবদো ঙসিদা ওইববোই নীংলকই। থব্রায তানা নোকমিন্নখিবা মীৎকৃপ অদুদি অকি-তুজুংবা মচেৎ অমত্তসু পূক্লিংদা ফাওখিদবনি। থম্মোযদা অপেনবগী অপেনবা ঙাক্তনি। নুংঙাই মীৎকৃপ কয়াগা তূং-কোইনা লৈবা যাবনি খল্লকপা মতমদুদনি থাজখিদ্রবা মীৎকৃপতু লাকখিবসু। অপীকপা চীন অচৌবা ব্রাঙাঙশিংদো তাবা ঙমখিদে। মখূৎনা ব্রানা শাজখিবা ফূমদিগী শঙদুদগী হিমায় লৈথোকপা মীৎকৃপতুদদি মখোযদা ঈবোন্নুংদা লূপখ্রসনু খনখিবনি। অব্রাবা মশক খঙদনা হোৎনজকবদু ঙসিদি হিযাযদুদা অব্রাবতনা শদৌ থোংলকই। হিযাযদুদা ব্রা মচেৎ অমত্তা ঙাঙদনা তৃমিন তৃমিন ফমখি। মপা মমাগুম্বা মখোযদা ব্যবহাব হাযবদু মচেৎ অমত্তা যাওদনা শক্তিগী মতেংনা ঙাঙ শকখিবা। মসিবু কবম্বা মখলগী নীংতম্বনো মখোযনা পাল্লিবা? কবম্বা অচুম্বা লম্বীনো চৎনীংলিবা? কম্বা-কবেংনবা মতৌশিংদু তোন্দোম্বী যাম্মা শাউনীংখি।

তোন্দোম্বী খংহায হায়বকখি,

"মখোযদু কাযনবদা মমা মপাশিংদু কপ্পমগদ্রা?"

"কনাগী মবমদনো নঙনা ঙাঙলিবদু হা ? লৈবিসি ঈযাযনি কাউব্রা, নমশিল্লুবা হাযহৈবা হাযহৈদবা।"

অশাওবনা লাকহৎলবা মপুবোইবগী ব্রাঙাঙ তাবগা তোম্দোম্বী কপ্লীংলকই, থম্মোয় পুবা ঙন্নক্তে। তপ্লা অমুক হায়বকই,

“শৃমিন নোমিন্নববদি হুমাংমল খঙমিন্নগদবনি। মখৃত্তা শক্তি পায়বনিনা শূপ্পগী মতোনদু যৌনবা কাখৎনবা হোৎনবদা ইবেংবান্দা থোংগৎলিবা ঐখোযদি খোঙসে ফৃক্কৎপা ঙমহন্দ্রবনি।”

তোমচৌ ব্রা মচেৎ অমত্তসু খুন্নক্তে। থাশিবমদাইগী অমম্বা মবক্কুদা ঈযাযদুদা হিদু হোল্লিব্রা হোন্দ্রববা হায়বসু খঙদে। অদুম তপ্লা তপ্লা হিদু চৎলি হিবমদুদা। খঙহৌদনা তোর্বানদু যৌবকই হিদোনদু তাপ পায়দুনা খংচিং চিংখিবগুম তৌই। মশা শাগল লাক্কুনা চিংখি মপুবোইববু। হিদু ফ্রে-ফ্রে হাইদুনা খাঙখি। তোম্দোম্বী ইঙক ঙকই। মপুবোইবদা ফৃবগী মখোল তাবকই।

“কদায লৈহৌই হাযযু, কবি থিন্দোক থিঞ্জিন তৌবিনো? নোংমৈবা, চানবা পোৎ সপ্লায তৌবিবা, কদাযদনো তাকউ চৎলু।”

মপুবোইবনা ব্রা মচেৎ অমত্তসু খুম্বা তাখিদে। ‘অযো’ হাযবা মপুবোইবগী খোঞ্জেল্লক্তা ফৃবগী মখোল নত্তনা কবিসু তাখিদে। তোম্দোম্বীনা ‘মাবু ফৃবিনু, ঐখোয লাঞ্জদবনি’ হাযকবদা লাউবকখিবা ব্রাহৈদো তোম্দোম্বী তাবা ঙমখিদে।

“অহল ওইবফাও পৈশা কযাম পাম্মী হা । চৎলু মফম তাকউ নৎত্রদি কাপখাযগদবনি খঙলব্রা?”

থাশিবমদাইগী অমম্বা মবক্কুদা মপুবোইববু নমদুনা পুবিখি মশাগী হিদুদা। অবাংবা ফিজোনবা মখোয মযাম অমসু মবী মবী হি হোন্দুনা চৎনখি। তোম্দোম্বী থম্মোয শোক্লা কপহৌই।

অব্রাবা অমগী মথংদা অব্রাবা অমা থেংনদুনতা লাক্লবা নুংঙাইবা মশক খঙজদ্রবা পুক্সি, খুঙ্গংগী অব্রা চৈথেংতনা তাশিন্দুনা শাবক্লবা মম্থ-খুইথবক্লবা হকচাংদুদা ফংলমগদবা চৈনা কযাদু নীংশিংলুবদা তোম্দোম্বী খাঙফম তৌফম খঙলক্তে।

নোংঙাল্লকপদা লোক্তাক্তা মী অমত্তা চঙবা যাহনখিদে। মী অমত্তা চৎথোক চৎশিন তৌহনখিদে। ঈযাযদা কৃমদুনা ঙাখিজবিবা কযাগী লম্বী থৎচিনবিখি। মাযকৈ পৃম্বা অকনবা খৃৎলায় পাযবশিংনা পৃম্মু মুনা কোযশিন্দুনা থমখি। নাকল অনীমক্লা হাযদোকপা হায়দোক্তবা অনীগী পান্দমফম তোমচৌদা ওইখি। মখোয মীওইবগী থম্মোয মশক খঙদে, খঙনবসু হোৎনদে। তোম্দোম্বী থম্মোয ব্রাবৌবতনা থল্লকই। ফোঙদোকফম খঙদবা অব্রাবতনা অঙাওবীগুম ফৃক ফৃক হৌগৎলি। মপুবোইবগীদমক কনাদা কবি হাযকনি। মতমদি অসুম হৌজিনখি।

অকনবা, অকিবা ৱাহৈ কয়াগা লোয়ননা পুবিখিবা মপুবোইবগী থৱায় য়াওবা হকচাং অমুক হন্না উবা ফংখিদ্রে। অমম্বা অহীংদুদা মপুবোইবগী পুক্নিংসু লোইশিনবিখি। পুক্নিংগী হিংনবা লম্বীদা মকম থূপ্লা মাগী মথাদা হিংজগে খল্লুবা ফূমদিগী খাঙপোক অদুদগী তাম্নোকপিবক্রুবা, মখোয়দুবু ঈয়ায়দা লূপশ্রসনু খনশ্রবা, মখোয়গী মবমগীদমক মপুবোইবদু চৎখি, পুক্নিংগী ওইনা চৎখি। লান্না লম্বী চিংখি মফমদু য়ৌনবা চৎপা ঙমহনখিদে। মখোয় অনীবু মিনুংশি য়াওদনা তাম্নোকপিবক্রুবা মখোয়গীদমক মাগী মপুবোইবগী থৱাযগা শিন্নখি। মখোয়নদি লায়ববা মীচমগীদমক্ কবি তৌবিশ্রবগে?

নুমিদাংৱাইবমগী ঙাঙ্গ্রান্নবা নোংজাবীনা মায়কৈ শীনবা থুংনা শন্দোবক্লি। শংবান্নবা লোক্তাক্কী লাইজসু অঙাংবা মচু ওন্দুনা অকিবা শক্তম লৌবক্লি। মপুবোইবগী মশাদগী শীম্নবকপা ঈতনা মচু শঙলবা লৌখাও ফূবিৎ, শেৎলিবা খূদৈদুমক্তংগা নীংঙাইদনা মশামক্কী হিনাউদুদা মীকপ থোক্তুনা হীপ্লি। মতম পূম্বদা চৈশৃগুম লোযনবক্রুবা নৌদুসু মশামক্কী ঈতনা মচু শঙবগুম তাদুনা লৈবি। তোন্দোম্বী মীৎ কূপ্তুনা য়েংলি। অশেংবা মপুবোইবগী শক্তম মীৎমাঙদা লৈনা লৈনা মশক লাকশিনবা ঙম্লক্তে। মওল মওল খল্লকই। অচুম অবান মশক খঙদ্রবা কাঙলূপ অনীগী মবক্তা মীচমদা অশিবনা খূদোল ওইনা পীবিবা মখোয়দা হংনীংলকই, “মাগী মবাল কবিনো?”

তূম্বা চাবা খঙদনা ৱানা শাজখিবা ফূমথক্কী খাঙপোক উৎকী মপৈ ওইনা থম্বিবম্মী। লোক্তাক্কী ঈশিংগা মশাদগী শীম্নবকপা হূমাংগা অমত্তা ঈতিন্নহন্দুনা শাজখিবা খাঙপোক্তুনা মবম ওই মশাদগী শীম্নবকপা অঙাংবা ঈগা লোক্তাক্কী লাইজগা অমত্তা ওইনা অমুক ঈতিন্নহনবিবি। মসিবু লৈত-লায়ব থিজকম্বা মখোয়গী মবাললা নৎত্রগা শক্তিন্না পাঙ্গল উৎথোক্রবিবা মখোয়গী মবালনা?

তোন্দোম্বী মচী লেঙদনা ফূমথক্তুদা ফম্লি। নুমিৎসু অসুম অসুম চীংযা তম্না লৈথবক্লি। শংবান্নববা লোক্তাক্কী লাইজসু ঙাঙলৈনবা ঈথক ইপোম ঈহৌবক্লি। অদুঙৈ নুংশিনা শকখিবা মপুবোইবগী খুল্লং ঈশৈগী খোঞ্জেল তপ্পা তাবক্লি। ঙাঙলৈনবা ঈথক্কী ইপোমদুদা মীৎ কূপ্তুনা তোন্দোম্বী য়েংলি।

# লোম্হোক্তবগী ৱাকৎ

ঐগা মাগা জাৎ মান্নদ্রবসু থম্মোয় শেংনদি নুংশিনৈ। লোল ফাওনদ্রবসু হায়নীংলিবা পান্লিবদুদি অদুম খঙনৈ। মসিদনি মাগা ঐগা থাদোক্লবা ঙমদ্রিবসু। ওম্হোক্লা নুংশিনসু হায়নবী অউবা কয়ানা ঐখোয় অনীগী ইতৌ উবগা। লোল তিন্নদ্রবসু জাৎ মান্নগেবা মান্নবোইবা থম্মোয়নবু শেংনববদি পূম্নমক অবোন অথূপ থম্নদে মাগী অৱাবদা ঐগী শক্কক যাওই, মাগী নুংঙাইবদা ইশামক্কী নুংঙাইবনি খনবা ঙম্লিবনি। মাগা ঐগগী মবীসু অসুম নকশিন্নবকই। কুইনা লোযনবকপগী হৌনবা ঐগী অপান্বা মাগী অপান্বা হাইফেৎতং যেংবদা খঙনবা ঙম্লকই। নুংশিবগী অচেৎপা লীপুন অমনা অসুম অসুম চেৎনা পুনশিল্লকই। কবিগুন্বদা অশোযবা অবানবা অমগী নুমিৎ কয়ানিসু শাউনবা যাওই। মদুনা ঐখোয অনীবু লাপথোকহনবদি ঙমদে। অমুক নকশিন্নবকপদা ইকোক ইক ফাক শেত্তুনা কদাযদা কবি শোকখি নাখিবা যাওগে যেংবদু ঙাই। ইফি ইবোল অমত্তা খাক্তনা। অদুদগী তূমিন অমুক ফমখিনি, ঙাঙন-শক্লবা যাদবা তমথীববা অমা ওইনা। যাম্লদি ৱাখি মাগা লোযনবা মাগা তিন্নবা মাগী অপান্বা ঐগী অপান্বা, অপান্বা কযা অমদি শাউনববসু শাউনা অদুম পী। অযেৎপা অপনবা লৈনদে। চৎখ্রো হাযদুনা লাক্তনা ইল্লবসু লোম্হোক্তবা মচান্দুনা লৈজবা শাথীবা শুকপ পুথোক্তুনা হিগত্তুনা ফৎ চৎখিনি। কৌবদা তাশিন্নদনা শাউনা অমুক হন্দা হল্লক্লবোইদবা মওংদা চৎখিনি। কুইবদি নত্তে মাগী অশাওবদু। নোং হেক ঙানবগা অমুক নেমখিনি।

অমুক ইনাক্তা অপান্বা কয়াগী ৱাকৎকা লোযননা মাগী থম্মোযদা লৈবিবদু মচীন থোক্লা হাযবা ঙমদ্রবসু ইনাক্তা শুক শুক নৈবমগদবনি। ঐনা তপ্না হাযগনি,

“চৎলো ঐ থবক যাম্না লৈবি। মীনা উবগা নোক্লবনি নঙসে ওম্হোক্লা নুংঙাইখিদ্রে। ঐ হোবেল মতম চানা লাক্কে।”

ৱাহৈ অমতা হায়দনা ফিনা পায়দুনা যাল্লম্বা মখূৎ মচাদু তপ্না থাদোকখিনি। পায়বিবা বেগতু ফাক শেত্তুনা যেংলমনি ইফি-ইবোলসে খৎচিং চিংলমনি। অদুদগী মচীনদু শুগৎলন্নগা অমুক চৎখিনি। ওম্হোকপনি খন্দুনা ইথন্তা থম্মোযনুংদা নোক্পীংব অমদি পোকই—কবিনো মাগা ঐগা লৈনবিবা মবীসিবো? কবিগুন্বমা ঐগা ৱা ঙাঙনবা যাবন্নবা ঙাঙনদুনা ফোঙদোক্লবমগনি। ৱা ঙাঙনদ্রবসু মা ঐগী থম্মোযদা মবী অমনদি

চেৎনা পুনশিন্দুনা লৈখি। থম্মোয় মশক্তি খঙনববনি।

ঐ লাকখি মাগা উনবা মফমদুদা, ফনা হৌনসু কৌখি 'মাইমু'বু। মা ইতা তাদবগুম মচী ফাওবা লেঙদে। মা ফন্নিবা মফমদুদা মথল্লায় নুংঙাইতনা চিন্তা তৌদুনা মচী অমদা লেঙদনা লৈবম্বসু য়াওই। অদুগা নোংমসু ঐ হেক লাকপা উবদা মাবু কৌবগী থোইনা কান্নবা লৈতবগুম মথন্তা লাক্কনি। ঐনা পায়বিবা বেগতু মখূৎ মচাদুনা তাপ মুনখিনি। অয়াওবা অচাপোৎতু অপীকপা মখূৎ মচাদুনা লৌগনি। য়াওবিবা পোৎশিংদু মঙোন্দা মমল য়াওদবগুম খন্দোক্লুনা ঈপ্লোক্লুনা থল্লমগনি। কবিগুম্বদা ঐনা পীবা পোৎতু মখূৎতুনা হ্বাওনা লৌবগা কৌবগা তাদনা অদুম চেনখিনি। অচৌবা ময়াদুনা খজিক্তং হিগৎলল্লগা নোক্লমগনি। নোংমা ফাদোক চানবা য়াওবক্তবা নুমিত্তনা ফিজি পায়খিবদগী থাদোকউ য়াবোই। যান্দুনা ফমফম ফাওবা ইন্নবক্কনি। অদুগা অচৌবা ময়াদু হিগত্তুনা অথীবা মমায়দুনা শাউনা য়েংলল্লগা চৎখিনি। তাঙ্গা চাহৌদবা নুমিত্তনা ইখূত্তা পায়বিবা বেগতু পুদুনা চেনখিনি। ঐনা তপ্পা মতুং ইন্দুনা হায়কই,

"মাইমু চেনখিনু, পুখিনু হায়বা। বেগতু পুবকউ। চে-চাং অকবা য়াম্না য়াওবিনি।"

জ্ঞান যাম্না তাববা মীগুম হন্না যেংলল্লগা অমুক চৎখিনি। মাগী লৌফম খঙদবা মবোলদুনা কবি হাযবিনো হায়বা খঙদবা মখৈ ঙংলদুনা শাউনা য়েংলক্কনি। অদুদগী চপ লেপখিনি, মখূত্তা পায়বিবা বেগতু লংবোই থম্বোই তৌবম্নগা মমাযদু লৈথোক্লুনা চৎখিনি। হৌবিবা উপালশিংদুদা হৈশিংনা কাখৎকনি। ওম্বোক্লা হৈপ্রবনি উ কাবদদি। উবী ব্ৰাবী মযামদুদা অমদগী অমদা চোংদুনা শান্নগনি। ঐতনা পাখৎচগনি। হাযকনি,

"মাইমু যাবেদা চাবা তৃম্নবা কান্নদবদা।"

নোংমা কোলেজদা ক্লাস নংলবোই খন্দুনা হোবে হোবে লাকখি। ঈশিং টেঙ্কি মচীনদুগী অকোযবদা মীসু ফনা য়াম্না তিল্লম্মী। মী অমত্তনা কবিনো কনানো হংনদে। কৃম্মৈ যেংনদুনা জা-জা নোক্লম্মী। থম্মোয়নদি খল্লি—কবিনো কবি তৌববা জাৎনো? অদুগা কবিগী মথল্লায় তানা নোক্লুনা কৃম্মৈগুম য়েংলিবা। মাইমুনা চেন-চোংদুনা তৌবিবদু উবদা কবিনো অমদি থোক্লম্ননি খঙখি। মাগী অপীকপা মচাদু ঈশিংদা তাবম্ননি। শাউনীংবা অমদি পোকখি মিনুংশি য়াওনবক্তবা মীওইবগী লোনচৎসি উকবগা। ঐ চঙশিন্দুনা যেংখি। মীবক খায় খায়দুনা চঙশিল্লকপদা উখি—মাইমু অচৌবা ঈশিং টেঙ্কি মপানদুদা কোযচেন চেন্দুনা লৈবম্মী। উপায় লৈতনা লাউ খোংদুনা মনাক্তা মী অমত্তা চঙবা ঙম্নদবা মখৈ মাগী অশাও শক্তমদুদনা মনাক্তা মী অমা ফাওবা নকশিনবা ঙম্নদে। নুংতিগী অচাপোৎ পীদুনা মচাগী মাগী চানবা পীবিবা থম্মোয় মশক

খঙনবিবা ঐ ফাওবা উবদা অশাওবা শক্তম উৎলকই। ঐনা মাগী মতেং পাংগে খন্দুনা মাবু তপ্পা থেন্নুই।

"মাইমু নঙ ঙাইহাক্তা তৃমিন্না লৈয়ুবা। ঐ ফনবা লোইনা শীনগে। য়েংঙু নঙগী নতৌসিদা মী অমত্তনা নতেং পাংনীংলসু পাংবা ঙমদ্রিবসি। নঙসি ওম্লোক্না পঙপ্রে। নচাসি মথক্তা কাখৎপা ঙম্লোইদৌবে খঙলব্রা?

শাউনা য়েংলকই। হাযবকপগুম তৌই।

"মতেংগা পাংবিবনু। গতি লৈজদবা ঐখোয়দি মীগী লমন শিংবা অমুক ঙমজবোই।" মানা মাগী নুপীবু লাউ-খোংদুনা কৌবি। মাগী নুপী নত্তনা কনাবু থাজবা ঙম্নক্তে। ঐখোযদি ঐগী নুপী ফাওবা অকব্বা ৱা তান্নবদা য়াওহন্দে নুপী মব্রা লৌদে। নুপী অঙাং ৱানি কান্নদে খল্লি। মাদি লাউ খোংদুনা মাগী নুপী মখূৎ মশা যাওনা কৌদুনা চিংশিল্লি। চেম্লোক চেনশিন তৌ, জু-জা কৈনো খঙদে ঙাঙনখি। মাইমুনা মাগী নুপীগী মখূৎতু যান্দুনা লৈবগা অপীকপা মাগী মচাদু মমাগী মখূৎ নাম্মা চপ্পগা চিংখৎলকই। ঙসাইমখৈ কূম্মৈ য়েংদুনা লৈবম্না মীযামদু মতৌদু উবদা অমুক্কসু হৌনা হৌনা নোক্লকই। মিনুংশি মচেৎ অমত্তা যাওদনা। মাইমুদি মশাদু নে হেক তাজৈ মমানা মচাদু পুখৎলকপদা। কয়া নুংশিনা য়েংজবিবা।

অথীবা শকফমদুনা মচাবু য়েংলগা শোনখিবগুম তৌখি—ইমাইপেম্মা ইচা শিবমগনিদা! উবববা লৈবিবা মীযামসে মতেং লৌকবগা যাবপোৎ নত্তে খঙলব্রা?

কূম্মৈ য়েংলম্না নহা অমনা হৌনা লাউনা ঙংদুনা লাউবকই,

"হেবা, যোংতাৎ হেক তৌবদনা শিসু শিবোইদবা মচাসিবু। কোয়লাউগা হেক লাউবদনা থোক হেক হাত্তোক্লগা চাথোক্কদৌনি। মদুদা খঙদৌনি। ঙসাইদগী মানা কোযলাউ হেক লাউ লৈবিসি হাৎতোক্লগা ফদৌনি। হাত্তোকসিবা?"

মাইমু ৱাহৈদু তাবদা মচাদুবু চেৎনা কোনশিঞ্জে। মাইমুনা মচা অপীকপদু কন্নবা হোৎনবদা মীগী মতেং পামখিদে। মা মীবু থাজবা ঙমদে। কবিগুম্না মতেং অমত্তং হেক লৌকবদা কবিনো অমদি শোয়দনা হাযবক্কনি। মতেং পাংবিবগী মকমদা মিনুংশি লৈবা শাদুনা তিংথোবক্কদবা খূৎতু মা কিজৈ। মচা ঈশিংদগী কনবিববনি হাযদুনা অমুক মচাবু পুদুনা চৎথ্রবদি মচাবু অমুক উবা ফংদ্রদি মা কবি ওইগনি? অদুনা মীতোপকী মতেং লৌনীংলমদবসু যাই। কবিগুম্না মচাবু নুংশি ঙম্মী হায়দুনা নমদুনা পমদুনা পুবিখ্রবদি। হৌজিক্তি মীওইবসি মিনুংশি মচেৎ অমা ফাওবা য়াওনদবগুম তৌববনি। অঙম অঙম্না শেত্তুনা চানবগী মওংদা লৈববনি। মতমসিদি পৈশা সনা খবগীদমক নুংশিববা মীনম শোবি চঙদ্রিবা অঙাংফাওবা নমদুনা হাত্তুনা ঈ ফাওবা থকপা ঙম্নববনি।

তুং হন্না য়েংবদা মাগী কনাসু লৈজদবা মাইমুনদি কবিগী চিংনদবা ঙমগনি। তৌবিমলগী লমন থৌবক্লবদি কবিনা শিংগনি? অদুনা মা মীগী মতেং পান্নমদবসু য়াই। কবিগুম্বা মচাবু হাত্তোকপিদুনা চাথোকপিব্রবদি। মাইমু মচাদুবু পুদুনা চেনচৎ চৎখি। লৈবিবা ময়ামদু হন্না য়েংলমদনা মফমদু থাদোক্লম্মী। ইপাদা পাখৎচৈ। মতমসিগী নহাবোলশিংদদি চাবা য়াবনা কদায়নো য়াদবনা কদায়নো খঙনদ্রবনি। খবা লৈবদি ঙসিগী মীবোলশিংসে মচা-মশূ ফাওবা য়েংবদা মশক ফজে পূপ পূপ লাউই চাথোক্লসি হায়বকপসু যাবি। মসিদনি মাইমুনা মচাবু চেৎনা কোনশিঞ্জদুনা চেনচৎ চৎখিবা। হৌজিকিত শা-উচেক হায়বা লৈত্রে, চাবা য়াবা ঙাক্তনি। মসিমক্তনা মাইমুনা মচাবু পুদুনা চেনখ্রিবদু। কয়াদা নুংশিখ্রবা থীখ্রবা শকফম মওং তাদ্রবা মাগী শাবানদুনসু মচাবুদি কয়াদা লুনা নীংজবিবা কয়া নুংশিজবিবা। থম্মোয়বু পাল্লবদি নুংশিবা হায়বসি হেক্তমক পোক্লবনি। ওম্থোক্লা নুংশিননবা লৈখ্রে মখোয় ইমুং। অপীকপা ইমুংগী নুংঙাইবা হায়বদুবা খলহল্লি। খবা চৎথোকখ্রগা মচী অমদা মাইমুনা মচা অপীকপদু কয়াদা নুংশিনা মথাদা কোন্দুনা মমাঙদা মাগী নুপীগী শমদুবু ফাক্লগা নুংশিনা হীক কাইদুনা লৈবদু উবগা পূক্লিংসি কয়াদা নুংশিকখা। মাগী মওংদু উকবগা পূক্লিংবু ফাজিন্দুনা ঙাইহাক তূমিন লেপ্তুনা য়েংলুই মীদা নত্তে শা ফাওবা নুংশিবদি খঙনৈ। মীওইবদি নুংশিবগী মবীসে কোমথবক্রে। যূম পান্দুনা লৈমিন্নবিবা নুপা নুপীগী মবী ফাওবা কদায়নো হংনবক্লবনি। থম্মোযগী মবীদগী শেলনা হেন্না লূম্না লৌনবক্লবনি। শেলবু ফংগনি হায়ববদি তৌবা ঙমদনা লৈনদ্রে।

লৈবম্বা মীশিং অদু মথং মথং কূইম্মে য়েংনবম্বদগী চঙনখিবনা ঐ ইথক্তা লেপ্তুনা লৈবল্লে। ঐদি মাইমুগী ইমুংগী মবমদা খল্লুবদা নুংশিবনা থূমহৎখিবনা মী চৎনখিবা ফাওবা খঙহৌদ্রবনি। খূত্তা পায়বিবা বেগতু ফাক্তুনা অচাপোৎ পেকেট অমা য়াওবদু পায়দুনা মাইমুবু কৌকই,

"মাইমু, লাউ, সে উববা লৌববো।"

মা হাইফেৎ হাইফেৎ য়েংলকখি। মী অতৈবু থাজদ্রবসু ঐবু থাজবদি মাঙদ্রি অদুনা মা লাকখি। হীক কাইবম্বা মখূৎতু হাইফেৎ লেপ্পী। মথাদগী মচাবু খজীক ঈম্থোক্লগা ঐগী নাক্তা চেল্লকখি। পেকেটতু হবাওনা লৌবগা ময়াদু হিগৎলম্লগা অমুক মাগী মচাগী মনাক্তা চেনখি। ঐগী পূক্লিংদা হাইফেৎ নোক্লীংলুই কয়াদা নুংশিবিবনো তৌবিসি। মাগী মচা মাগী নুপীবু কয়াদা লুনা নুংশিনা তৌবিবা। নুংশিবনা পূম্নমকপু জয় তৌবা ঙম্মী। নুংশিবগী লীপুননা পূম্নমকপু পুনশিনবা ঙম্মী। অদুবু অহোংবা অওনবতনা থল্লবা মীওইবগী সমাজদদি নুংশিবগী লীপুন অসুম অসুম কোমথবক্লি। মসিমক্লনি মীওইবনা নোংমা নোংমগী অমনা অমবু থাজনবক্ত্রিবা অমনা অমবু

হাৎন-শুনবক্লিবা।

কালেন ছুটি কানবকপনি। মতম খবা উনকদ্রবসু মৰূপ-মপাঙ লোইনা উনকববগনি খন পূক্লিং নুংঙাইনা লাকপনি। ঐগী মাইমু শকথীবসু উনকগনি খন্দুনা মাগীনি হায়দুনা অচাপোৎ অমসু লৈদুনা বেগতা হাপ্পকপনি। ফমথবদা ঙায়বি কোলেজ চৌকিদাবনা তন্নকপা পাউদু তাবদা মাগা ঐগা উনফম মফমদু তান্না চেনচৎ চত্তুনা লাকখি। মা লেঙদনা মফমদুদা লৈবম্মী। মাগী লৈবল্লিবা মওংদুদা ঐ মাবু পাক হেক কৌকৃবা ঙমদে। নহালমখৈ ওইববদি ঐ লাকপগী শমিন খজিক ফংবদা মানা হান্না চঙশিল্লক্তুনা ফাক শেত্তুনা হংলক্কদবনি নহাল মখৈ কদায় চৎলুবে। মাগী মতৌদুদা ঐ তুমিন লেপখি। মতৌদু উবদা মীৎতা পি ঈবা চেনখি। হায়ফম খঙদনা মাবু কৌখি,

"মাইমু।"

মখূৎ অনীনা মকোক্তু পায়বগা মখূ অনী কাবক্তা থমদুনা নুংঙাইতনা ফল্লি। কৌবদু তাদবগুম তৌই। অমুকসু কৌকই,

"মাইমু।"

মহাক মকোক্তুনা তপ্না হাইগৎলকই। হাইফেত্তং যেংলকই।

"মাইমু, ঐসু নঙগী পাউ তাবে।"

ঐ মখা তাবা ঙমখিদে। মাগী থম্মোযদা ফাওবিবা মৈচাক্তো ঐগী থম্মোযদসু ফাওবকই। মাগী মচা মাগী নুপীনা হল্লক্ত্রবদা মাগী থম্মোয়দা ফাওবমগদবা অৱাবা মৈচাক্তো ঐ খঙখি। মাগী নুপী মচা হল্লকখিদবা নুমিত্তগী মাগী ফমফমদুদা ফমদুনা লৈবকপা ওইবমাল্লে মায়মু মশাদু ইচোক চোকথনা উবি। কবিগুম্বা মানা মীবোল তানা ঙাঙনবা যাবা ওইবল্লবদি মচীন্দগী কবিগুম্বা খবদি শোয়দনা হায়বক্কনি।

"নঙ ঐঙোন্দা কৌবক্কনু। ঐ মীওইববু তূক্কৎচৈ। নখোয়দি থম্মোয পাল্লবসু মিনুংশি খঙদবা মীওইবনি। নখোয়না ঙম্মী হাযদুনা ঐগী নুপী ঐগী ইচাবু ফাদুনা পুবিখিবনি।"

অমুক্তং মুন্না য়েংলকখি। মচীন্দু হিগত্তুনা ঙাঙলকপগুম তৌখি।

"ঐগী থম্মোযদা ফাওবিবা কাযনবগী অৱাবসি ফাওবল্লবদি নখোয়না ঐগী নুপী অঙাংবু ফাবল্লোই।

ঐনা তপ্না কৌকই,

"মাইমু।"

মুন্না য়েংলকই। মখা তানা হংলকপগুম তাখি,

"মখোয়বু হিংলমখিদ্রা? ঐবু মখোয় উনবা ফংখিদ্রা?"

"মাইমু লাকও সি লৌববো।"

অচাপোৎতু পুথোক্তুনা মাবু লাক্লবা হায়খি। ঙাঙলবা মমীৎ অনীদুতা ময়েংলকই। মখূৎ অনীনা মকোক্তু পায়দুনা মখূউ অনী কাবক্তা অমুক থমদুনা তূমিন লৈখি। মানা ঐবু থাজদ্রে। ঐখোয় মীওইববু তূক্কৎচনা খনখ্রে। মীওইবদগী হেন্না তমথীবা জীব অমা লৈত্রে হায়না খনখ্রে। মানা মীওইববু থাজবা ঙমদ্রে। নুংশিনা লৈনবম্বা থম্মোয় অনীগী মবীদা কবিনো পল অমনা থিংখিবগুম তৌখি। মানা ঐবু হন্না ফাওবা য়েংলকখিদ্রে। ঐবুসু তূক্কৎচনা খনখ্রে অদুননি ঐনা কৌবদা হন্না ফাওবা য়েংলক্তনা লাক্লিবদু। ঐ তশেংনা শা অমগী মমাঙদা ইকায়বা নংলে।

ইনক নকপা কোলেজগী মনাক্তা লৈবা চৌকিদাবগী যূমদা লৈবা মমা হনুবীদুনা খোঞ্জেল হৌনা লাউবদু তাবকই,

"কৈনো কৈনো সিদগী মঊনসিবু, অবোথোই নঙবুনে? তৌহৈদে থাদোকখো হাযবগা মহা চন্দাল নখোয়সে মিনুংশি মচেৎ অমত্তা ফাওবা হেক লৈতেদা। মচাদু কাযনবদা মমা মপানা তৌবমগদবদু?"

"কৈনো নহালনা লোইখ্রবা পোৎতুবু মঊনদু ফৌবিনে টুপী তুদোইনে।"

"হবে কৃষ্ণ হবে কৃষ্ণ মহাপাপী নখোয়বুনে? নপা নমানা কযাম পীজদ্রবা জাৎনোনে? হবে কৃষ্ণ হবে কৃষ্ণ মী ফাওবা চাবক্কদৌবি নখোযসি। মিনুংশি মচেৎ অমত্তা ফাওবা পক্লবকো।"

মশূ-মবেন লাউনবদু তাবদা ইখূত্তা পাযবম্বা অচাপোৎতু লৈবাক্তা তাখিবা খঙহৌদে। মাইমু মমায থাঙ্গত্তুনা মুন্না ঐঙোন্দা খানা যেংলকই।

# থম্মোয়গী কুরুক্ষেত্র

"য়াদে, য়াদে হায়বিবসিনিকো ইবোয়াই। ইতৈমনা হায়বিসিনি, ভাব তাউ, ভাব তাদবা খবা অমা য়াওববসু অতাবা অমদি য়াও কৈদৌগে নওবু অদুম হীপচিন্দুনা লৈবনু।"

"ইতৈমা, ঐ সুকওম হেক ওন্নোই হায়বিবসিনি।"

ইবোয়াইনা থম্মোয় শোক্লা হায়বকপদু তাবদা মতৈমা ইবেতোম্বীদো খবদি মপুক্লিং ৱাবৌবা পোকখি। মাদি মনাওনুপাদো তশেংনা মচাগুম নুংশি। পীশক পীক্লিঙৈদগী মমা শক্তুনা য়োকচবকপনি। লায়ব-নংলবা ময়াম্বা অমদি মতৈমনা মাবু মী ওইনবা হোৎনজবকপনি। মীওইবা হায়বসে মপাল মবা তানা, মশা মথন্তা হেক লেপ্পা ওম্লকপদা শেম্বি শাবিবকপবু কাউথোকপসিমদি মহৌশানা পীবকপা খূদোলনি। ইবোয়াইদি কবিসু থোইনা লুনা খম্নুদ্রে মাগী নুপীগী মওংসিদা অদুননি মানা অসুক লায়না হায়বক্লিবসু। নুপী নহা থিবগা মচা-মশু, নুপীগী খনবা হায়বসিমদি ময়েক্লি। মতৈমা ইবেতোম্বীসু খওই মশানা শেমজবকপা পাম্বীনি হায়দুনসু হেক ফৃক্তুনা মনাক্তা অপাম্বা মফমদা থাকবদি চৎনবী নত্তে। অদুনা মনাওনুপাবু থেমদুনা মনাওনুপীদো কৌকচো, কৌশিনবিকচো সিনি ইবোয়াইদা ঙাওলিবসিসু। মতৈমনা ঙাওলিবা ময়ামদু তাদুনা তৃমিন লৈবদু উবদা মখা তাবকখি—

"ইবোয়াই নহাক চৎলোই হায়বিব্রা? ইবুংঙো থীদুনতা লৈববা নতৈমগী লাইবক্তা অমুবা মায়হীং অমুক কাহনগে খল্লিব্রা? ইতৈমনা হায়বা য়াউনে। নও হয়েংমক চৎকদবনি। ইনাওনুপীদো কৌকগদবনি।"

ৱাহৈসিমদি ইবোতোম্বা খাওবা ওমখিদে। মসিগীদমক্তনি মানা মাগী নুপীবু ৱাবৌবিবসু। কবিগীনো মাগী নুপীনা খনফম থোক্তবা ৱাখল ময়াম অমনা মশাবু মৈবী ওইহঞ্জদুনা মৈশা লাংহঞ্জবিবা। মশানা খজিক্তা ওইববসু খন্নবা ওমজদ্রিবা? মশাগী ওইজবা তানবদা পেম্মোকচবগী ৱাহৈ মচেৎ অমত্তা মচীন্দগী হায়জবা ওমদ্রিবা? মসিমদি মাগী মশাদা হঞ্জিন হঞ্জিন খনখিবনি। ফলদি কৈদৌনুংদসু ফংবা ওমখিদে। মসিদা কবম্বা থম্মোয়না পেম্মোক্লা ঈংনা লৈবা ওমগদৌরিবা? মমা শক্লবী ৱাদুতা লাক্লবী মতৈমবু হেক থাদোকপা হায়বসিমদি হকচাংদা মিহুল লৈবিমখৈদি ওমনি থাজদে। তৌফম খওদনা লৈতাফম খওদ্রবা থম্মোয়বু ফাজিন্দুনা হৌন-খওদ্রবী মাগী নুপীগী কা

হেনবা মবমচৎপু নিন্দা তৌবদি অসুম অসুম হেনগৎলকই। থম্মোযদা মৈবী থোক্তনা চাক্লিবা মৈবীদুদি অসুম অসুম হেনগৎলকই। নাকল অমদনা মবায়বক থীববী মাগীদমক ৱাজদুনতা লাক্লবী লুপ্লাবী মতৌমা অদুগা নাকল অমদনা থম্মোয় পান্দবীগুম উবিবী মীগী নুপী। তৌফম খণ্ডদে। হীপ্লি হায়বতনি লৈতাবদি নত্তে। পেন্দবদি অসুম অসুম হেনগৎলকই। তত্তনা তাবকই মশানা ৱাবকপা ঙমদ্রবী মাগী নুপীগী খোঞ্জেলদু.

"চঙঙুনু, চঙঙুনু হায়বদি যাদেদো। চঙনীংমল্লে খঙলব্রা? নপচ-তাংজদুনা মপুক্সি লেনগনি খল্লিবা মখোযদগী খবা থাপতোকসি হায়বসিদং য়াবদি নহাললা শাস্তি লৈনা হিংবা ঙমদৌনি।"

ৱাহৈশিং অসি হাযদনবা হঞ্জিন হঞ্জিন লোন্না কযা ফোংনা কয়াসু ইবোযাইনা মাগী নুপীদা হাযববনি।

হাযগে যাওনা হাযবকপা থম্মোযদগী ফোঙদোলকপা ৱাহৈসিদনি, থম্মোয অনী হেক হেক চিংখাযনবিবসিসু। ফনা হায়দুনসু ইবোযাইনা মতৌমবু হেক কাউথোকপা হাযবসিমদি ওইথোক্তবনি। তত্তনা মাগী নুপীদা থোৎনা নৌনা, থেমজিনবা মওংদা কযা শাউনা কযা অমসু য়েংদুনা হাযখিবনি।

"অঙাংনা চঙববু কৈদৌই হাযবগে। ইতৈমহোযদা চঙদনা কনাদা চঙলুনি। ঐখোযনা ফনা হাযবসু অঙাংদি যাবোইনে। থীনা তৌবা মফমদা অঙাংনা লৈবিযু যাবা নত্তেনে।"

"হো ইবুংঙো মতৌমা নীংবা লক্সন। মীনা থীনা হাযববসু থম্মোয চাউবনিনা ইফদা ফনি। ঐখোয়দিনে চাক চখোম অমা চাবিবনিনা মীনা খীত্তং ঙাঙবদা আ যৌনা হেক্তা উই খঙবিববা?"

"নঙগী আ যৌনা হেঞ্জিন্না উবদুদনি নত্তবা খল্লিবা মযামদু। অঙাংদু ফূদুনা তাল্লকপদি নত্তেদনা।'

"তাল্লকপা নৎত্রবসু অদু থুগাইবে, অদা লৈবমদ্রে, মাঙইসু খঙদে মাঙদেসু খঙদে। ঐখোযদিনে মীপাল তাংনা নিবগা হিংগদৌ শকক হিংজবোই।"

"মসি ৱাঙাঙ শাঙাঙ জাৎ অমা তৌইনে। মথক মখা যেংদা শাবদনা। ফূনীংলসু ফূসনু, শিনবা ফূবদি নত্তেদনা। নঙনা ঙাঙলিদুগা কবি মবী লৈনৈ?"

শূপ্নতগী অঙাংগী ৱাহৈদনি ঙাঙন-শক্লবিবদু। কদোমদগী লামশিল্লক্লিবনো খঙহৌদে। মনীং মমাঙ থত্তুনা মাগী নুপীনা লাউবকখি।

"হো ইবুংঙো, নঙসু লৈনীংলদি মনাক্তা কূল্লগা হেক লৈজকচো। নথৱায় নমি ফাওবা ফাজিন্দুনা শুমত্রবনি শুমত্রবা।"

"কবি নঙনা অদুগুম্বা হেক হায়বা য়াব্রা? ইতৈমদি লাইগুম লাংকদবনি খঙলব্রা? নঙনা হায়বিবদু ইতৈমনা তাবগা কবি খনখিনি।"

থৌদোকসে নোংমত্তা নণ্ডে। ঙসিনা অঙাংগী, হয়েংনা পোৎ অমগী। ইবোয়াই ৱাখল নে তাদে, পোত্থাফম খঙদে। পূক্নিং চবাঙনৈ। অমুকসু খল্লি—কবিগীনো নুপীশিংসে অদুক পেম্বোকপা ঙমদ্রিবা? ওম্বোক্লা পীক্লা যাওবকপ্তবা থম্মোয় হায়বদুনি। নুপীগী থম্মোয় নুপীনা খঙদ্রিবসিনা কবিগীনো? নুপীনা নুপীবু নুংশিদ্রিবা ? মিনুংশি চাউই হায়নবা নুপীগী থম্মোয়দুদি কদায়? থম্মোয় পান্দবগুম উবিবা নুপীশিং অসিনা কবম্বনো? তত্তনা খল্লি ইবোয়াই অদুবু পাউখুমদি লৈতে।

ইবোয়াই নোংমসু তাবা ঙমদবা ৱাহৈ কয়ামসু মাগী নুপীগী মচীন্দগী তাবদা মসিবু নুপীনা নুপীদা হায়হৈবা ৱাহৈবা হায়নফাওবা খনখিবনি। নোংমা মতৈমনা মবাল পূম্বা মকোক্তা থোনগত্তুনা পুঙমদনা চৎখিবদু ইবোয়াই মমীৎতা উবকই।

"ইবোয়াই নচানুপীসে মশা য়াম্না ঙমদেনে। নঙবু দোক্টবদবা কৈনো অমত্তদি যেংহনসিবা ইবুংঙো।"

"ইবেম্মবু কবি ওইনা ঙমদবনো? ঐনা ঙবাং মন্দোমচা ইবেম্মা উদে হংবদদি কদায়দনো চৎখি হায়বগুম ।"

ইবোযাইগী ৱাহৈদুদা মতৈমগী শকফম খংহোং হোংখি। থম্মোযদা পেন্দবগী, ৱাবৌবগী মমি অমদি তাখি। মতৈমদা তাপ্লিবা পেন্দবগী চৈনাখোলদুদি কনানা পীবক্লিবনো হাযবসি ইবোয়াইদি খঙই। ৱাবৌবনা থনখি মাগী নুপীবু। মবম চাদনা মীনমখিবা ওইদবা অদুনা মঙোম্দা কবি কান্নবিবা, কবিবু ফংলিবা? মচীন-মৌপ্পা, ইমুং মনুংগী নুংশিবগী ঈচেলবু থৈদোকহন্দুনা, ঈচেল হোংহন্নবা হোৎনবিবা মাগী নুপীগী পূকচেল ঙকখি, পূমঙক ঙকখি। খনখি মসিমসু নুপীগী গুণ হায়বদুবা? যোকচবী, চানবী হৈবী, অৱা-অনা খাঙবা হৈবী মপুবোইবা নীংবী প্রকৃতিগা চাংদম্নবিবী নুপীগী গুণ ময়ামসিগী মনুংদা মাগী হকচাং তন্থায় ওইবিবী নুপীগী তোঙানবা গুণ ময়ামসিসু হাপচিনবা তাবিব্রা—ৱাখলসিমদি, ইবোয়াইনা লোইবা খম্বা নাইদনা য়েৎশিন্দুনা লৈবি।

হীপ্লা হীপ্লা ইবোয়াই মোনদো পিনা পূমচোৎ চোৎলে। মবাযবক থীদুনা মপা-মমা নৌনা কায়নদুনা মতৈমনা মাবু মী ওইনা শেন্নকখিবা, মাবু মীবক তিনবা ঙম্নবা হোৎনবদা, চবা নাম্মতা চাখিবা, মতৈমনা পোকচবা ইচানুপীবু মাগী ঈবেমখাক্লা শাবকপা মচন্নুপীমক্লি খঞবনি। ঙসিনা কবিগী অসুক লাপথোক্নহল্লক্লিবা। হেক ফোঙদোক্লুবদা থোক্লক্কদবা কুরুক্ষেত্রগী লাঞ্জাও মাসু খঙই। নাকল অমদনা মাগী নুপী অদুগা নাকল অমদনা মশামক। তোয়না থোক্কদবা লাঞ্জাও অদু থোক্তনবা অবোনবা সন্ধি অমদি থম্নখিবনি

মাগী নুপীগা। মীমাঙ থোক্লা লাম্লেংনবা পামদে। মসিনা মাবু মায়থীববা লাম্নীনি হায়না খনগদ্রা? হায়বদি হায়খি—

"ইতৈমসি ঐগীদমক ব্রাজবক্লবীনি। নহাক্লা লান্না খল্লিবদু চুমদবনি। ঐনা তৌবিবসি ইতৈমনা তৌবিবকপগী লমন মচেৎ অমা ফাওবা শিংবা ঙমদ্রি। ঐ ইতৈমবু য়েংদবদি ঙম্লোই। নঙগী অবানবা ব্রাখলদো থাদোকউ।"

ব্রাফমসিদনি থম্মোয় অনীগী কুরুক্ষেত্রদা লাম্লেংনখিবা। মসিদনি মাগী নুপীনা মাবু থাদোক্লুনা চৎখিবা। মযূম-মকৈ পাল্লবদি খুদিংমক মশাগী অধিকাব ওইগদবনি। পূন্নমক নুপীগী অধিকাব পীদুনা শিন্নবা ঙমদ্রবদি ইয়া যাদবগুম্বা ব্রাখলসিনা মাঙওইনখিবনা মাগী নুপীনসু তত্তনা হায—

"মযূম-মকৈ পাল্লবদি ঐগী ঐগীনা লুই। ঙল্লগনা খাইবা। তলবকী পৈশা খাইদবা যাদে হায়বা ব্রা লৈতে। মখোয়সু মখোযগী থোকপা ঈশ্খায়না ঐখোযনী।"

ব্রাফমসে অবাযবদি নত্তে। নুংশিবগী ঈমায চোন্না চৌল্লবা মপান নাইদ্রবা ঈপাকসিবু পাথোকপা য়াদে চনবা চন্দবা মাগী থম্মোয়দতা চেলহনবা তাই। মসিনা মাগী নুপীগী ব্রাখল। ইবোযাইগী থম্মোযদা চেল্লিবা মিনুংশিগী ঈচেলদো পীক্লবা খোং অমদগী হৌবকপনি মদুবু হেক কাউথোকপদি মমা মশক খঙদবনি খল্লি অদুনা হাযখি—

"ফবে নঙনা তৌনীংবতা তৌবো। ঐগীদি অবোইবা ব্রা পীববনি। ঐগী ইশাদা মিহুল লৈবিমখৈদি ইতৈমবু থাদোক্লোই।"

কান্নববোই খঙলবা মাগী নুপীনা অপাম্বা অনীংবদা শৌগৎপিগদবা থম্মোয়না ফৈনা থৎতুনা লৈশ্রবদা, ঙাঙহৈদবা তাহৈদবা ময়াম অমা অবৎপা লৈতনা ইঙাগী নোংজুগুম লেপ্তুনা অখাক-অবাওগা লোয়ননা হৈথবল্লগা চৎখিবনি। ইবোযাইগী থম্মোযগী কাখলদা লৈবিবা নুংশিবদো অব্দম-অয়াং ওল্লি। মাগী নুপীগী থম্মোয় খল্লুবগা চৎনবী কযাবু কৈসু লৈতবগুম খল্লকই। ঙাইহাক্কী ঈতিন্নকবা ঈচেল মচা মচানি খল্লকই। তত্তনা মনাকোংদা তাবকই—

"ইতৈমনা হাযবা য়াউনে, চৎলু শখিতোম্বীবু লৌবিকচো . ইতৈমবু অমুক অমুবা কালি তৈশিল্লনু ইবোয়াই। ইতৈমগী ব্রা সিমতা ইল্লু।"

ফূক হৌগৎলি ইবোয়াই। থম্মোয়দা লৈবিবা নুংশিবা, মিনুংশিগী অব্দম-অয়াংগী খল পায়দুনা ওল্লকই।

# হল্লকখিদ্রবা

পুন্সিগী অবোইবা মীৎকৃপ পুদুনা চৎলগদবা মতম নকশিল্লক্লবসিদা থম্মোযসিনা হেক হেক নিংঙাই তৌদুনা ইথস্তা লৈতাফম খঙহনদ্রিবসিবু কবিগীনো? হিংলি ঐসু অবোইবা পুন্সিগী মীৎকৃপতুবু ঙাইদুনা খূববা ফক্লাং মবিগী কানুংসিদা। নীংশিংলি হৌখিবা পুন্সিগী থৌদোক কয়া অৱাবা, নুংঙাইবা, থম্মোয়গা পূক্লিংগা চয়েৎনবিবা কযাগী মবক্তা তাখিবা নুংশি শক্তম। ফোঙদোকফম খঙখিদ্রবা থম্মোযগী চৈনা। থিংঙমদ্রবা মতমগী ঈচেল্লক্তা 'নীংশিংবা' হায়বসিমতুং লৈবমদ্রবদি পুন্সিদা অৱা চৈথেংসে পীবা ঙল্লমগদ্রা?

পুন্সিসে ঙসিদি ইথস্তা ঙায়বে, কবিগুম্বদা ইথস্তা হেক হেক নাইতোম তাদুনা অৱা পোৎলূম্না হেল্লকপগুম তৌবি। পোৎলূম কয়াসে থাংথদুনা তয়াং তয়াং লৈবদু পাল্লকই। অদুবু নীংশিংবা মাতনা থম্মোয়বু কয়াদি ৱাহল্লিবা? পুন্সিগী অঙনবা শকক্তা অমত্তা ৱাত্তনা ইনাক্তা পূনফম ওইদুনা লৈবম্না কযা ঙসিদি মশা মশানা পল্লেপফম অমমম্দা লেপ্লদুনা পুন্সিবু মমল লৈনখ্রবা ঙাক্তনি। ইচীন-ইনাও, মরূপ-মপাঙ মথং মথং অসুম চৎখি, অসুম থাপ্লখি। অদুদগীদি অকাউবা, অকাউবগী লৈবোন্নুংদা অমমম্ অসুম লূপশিনখি। মসিনি পুন্সি, ঐগী পুন্সি।

নিংথমথাগী উবি-ৱাউবিবা নুমিৎসে ঐ তশেংনা হৈনদে। হৈনখিদ্রবা অসিগুম্না নুমিৎ অসিদা মাবু থেংনখি, মাবু কায়নখি, অদুগা নুমিৎ অসিনা মাবু অমুক নীংশিংহল্লি। মসিবু ঐগী থম্মোয়গী অশোনবনি হেক্তা হায়বগদ্রা? নত্তে, থম্মোযগী অশোনবদি নত্তে। মীওইবনি থম্মোয় পানবা, নুংশিবা মশক খঙলিবা থম্মোয়। নুংশিববু ইথস্তা খঙববা? মীপূম খূদিংমক্কী থম্মোয়দা নুংশিবা ফাওই। নুংশিববু নীংশিংলক্লিবা থম্মোয়বু অশোনবনি হায়বদি ঐ য়ানীংদে। পীথোকপদা মযেং তাদবা থম্মোয়গী নুংশিববু পীখিবা থম্মোয়দুনা নুংশিজখিবা মাবু নীংশিংলকপদা কবিগী অশোনবনি হায়গনি। অসুক কুইবসে থম্মোয়বু ফাজিন্দুনা থল্লকপনি। কবিগুম্না শেন্নহৌদবা মীৎকৃপতা নীংশিংবনা থম্মোয়বু কয়াদা তমথীবগী মশক ওইহল্লিবা। নীংশিংদুনা অদুম থমগে খনবা ৱাবী কয়া কাউদ্রে অদুবু খল্লবোই খল্লবা ৱাখলসিমদি ঙসিসু পূমথা থাদোকপদি ঙমদ্রি। নীংশিংলি ঙসিসু ঐনা মাবু, কবিগুম্না লৈবম্না থোক্লবদি নীংশিংলমগনি মানসু ঐবু।

ঐ নীংশিংলি, হৈনখিদ্রবা অসিগুম্বা নিংথমথাগী উবি-ৱাউবিবা নুমিৎ অমদা মাবু থাজদনা থেংনখিবনি। অদুদগীদি ঐখোয়নী অসুম্মক নকশিন্নখি। থম্মোয় অনীদা লৈবিবা ৱাখলগী মমিদি ময়েক অসুম অসুম শেংবা হেল্লকখি। কবিগুম্বা নোংমতং ইনাক্তা লাক্তবা মীৎকৃপতা ইশা ইথন্তদা হংফম থোক্তবা ৱাহং অমদি তত্তনা হেক হেক হংলকপগুম তৌখি—"কবি তৌববনো ঙসিদি লাক্ত্রে।" কবিগুম্বা চীনবান লান্না হায়খিবসু য়াওখি—"ফৈ লাক্তসনু মা লাক্তগা ঐঙোন্দা কবি মাঙজবনো?" ৱাবৌফম থোক্তবা ৱাবৌবনা ইশা শীনবা থুংনা ৱাবৌবগী ঈচেল চেনখৎলক্তুনা ইশা পূম্বা হুমাংনা লূপখিবসু য়াওখি। অমুকসু ইথন্তা খনখি—"মাবু ঐগী কনানো মাগা ঐগা কবি মবীবু লৈনবগে?" অদুবু থাজবদি ইথা থাদোকপা ঙমখিদে। মা শোযদনা লাকখিনি। ইফমদা ৱাহৈ অমত্তা ওইববসু হাযবখিনি। মসিমদি ঐগী থাজবা ওইদুনা লৈবি।

কবিগুম্বদা চীক্লবা, ৱাহৈ অমা ফাওবা যোঙদোকফম লৈত্রবা মীৎকৃপ অদুদা তত্তনা তানীংলকই মাগী পেন্দবা থম্মোয়গী ৱাকৎ। অদুগা নোংমনা মাগী পুন্সিদা থেংনবিবা অৱাবা পোত্থাফম খণ্ডবা থম্মোয়গী পাউদম, ৱাকৎ কয়া পুবদুনা তত্তনা লাকখিবনি। অৱাবা পেন্দবা কয়াদুবু ঐঙোন্দা পাউদমজবগা মানা পেঞ্জখিবদো। ৱাকৎ ময়াম অমা পুবদুনা লাকখি ইফমদা লীখি ৱাবীশিংদু। নীংশিংলি ঙসিসু—

"থাজৱা, ঐগী পুন্সিসে পোত্থাফম মচেৎ অমা ফাওবা লৈতে, ঐগী পুন্সিবু মাগী থম্মোযনা পোত্থাফম মচেৎ অমা ফাওবা পীবা ঙমদে।"

"মদো অদোমগী অশোনবনি। অদোম্না মাগী পূক্লিংগী অপাম্বা খণ্ডদনা তৌবা ওইবমগনি। মাগী থম্মোয়বু মশক খণ্ডনবা অমুক্তং হোৎনবিয়ু।"

"ফনা হোৎনবে। থম্মোয় অনী নকশিনবা ঙমদে।"

"মদুসু মাগী অপাম্বদি ওইবমগনি নীংদে।"

"ঐবু কবি তৌ হায়বনো?"

"মাবু অমুক্তং নুংশিবা মীৎয়েংনা য়েংবিয়ু। অদোমগী থম্মোয়দা লৈবিবা নুংশিবগী মফমদুদা মহাকপু থম্বিয়ু।"

অপনবা অমা ফাওবা য়াওদনা মাগী থম্মোয়গী পেন্দবা ময়াম অদুবু ইফমদা তন্নগা মাগী থম্মোয়গী অপেনবা ওইখিবা মদুদনি মাবু ঐনা নুংশিকবিবা। মসিনা কবম্বা থম্মোয়সিগী অপেনবনো? অদুগা থাজখিদ্রবা মীকূপ অমদনা অপেনবা মীনোক অমনা ইনাক্তা থৱায তানা নোক্লগনি। অদুগা কবিগুম্বা তাঞ্জা অমদনা অৱাবতনা লাকহৎলবা শকফম, পুঙমদ্রবা খাঙঙমদ্রবা চৈনাগা লোয়ননা ঐঙোন্দা চৈনা কয়া হাপচিল্লন্নগা অমংবা নোংনা অতিয়া কৃপশিল্লম্বগুম ঐবু কৃপশিল্লন্নগা ৱা মচেৎ অমত্তা ঙাঙলমদনা

অদুম্মক চৎখিগনি। খণ্ডবদি অদুম খণ্ডখি মাগী থম্মোয়দা ফাওবিবা পোত্থাফম খণ্ডদবা থম্মোয়গী অৱাবা। অৱাবা পোৎলূম পূবতদা চোকথববা মাগী পুন্সি পোত্থাফম খণ্ডদ্ৰবা থম্মোয়, অশেংবা থম্মোয়গী পুন্সি ফংবা ঙমদ্রবা মীবায়বিববা পুন্সি। ঐ ৱাখি মাগীদমক, ঐ খনখি মাগী পুন্সিগীদমক, ওম্থোক্লা পাম্মুজখি মাগী অৱাৎপা মচেৎ অমত্তা লৈত্ৰবা পুন্সি অদুগীদমক। ওম্থোক্লা কল্লকচখি মাগী অচম্বা থম্মোয়। অদুবু নুংশিজবা, কল্লকচবা ওইদুনসু ঐনা মনাক্তা নকশিন্না চঙশিঞ্জবদি পুন্সিদা ওইথোকখিদবনি। মবোল থোক্তবা থম্মোয়গী অপাম্বা অনীংবদি লোম্থোক্তবা থম্মোয়নসু অদুম্মক খণ্ডখি, অদুম্মক ফাওনখিবনি।

নিংথমথাগী উবি-ৱাউবিবা নুমিৎ অসে হেক লাকপগা থাজখিদ্রবা চীং-লেম্নবা মাযথোংদা অৱাবগী পোৎলূম পুদুনা ইনাক্তা লাকখিগদ্রা হাযদুনা হেক হেক ঐগী থম্মোযবু তনীকহল্লি। পুন্সিগী অৱা-নুংঙাই, অপেনবা, পেন্দবা কয়াগী পাউদম মথং মথং তম্লখিবা, অদুদগী নিংঙাই চাউবা অঙাংগুম গতি লৈত্ৰবা মীৎযেংনা ঐঙোন্দগী মিনুংশি পূক্লিংবু লাকশিন্নবা ৱাহৈ অমখক, থম্মোয়বু থেমজিনবিনবগী তনীক তনীক্লবা মাগী লৈতাফম লৈত্ৰবা, পোত্থাফম খণ্ডদ্ৰবা থম্মোয়বু ফাজিনবিদুনা হাযবা শৃপ্নতগী অচম্বা ৱাহৈদুতনি ঐনা হায়খিবা। অচম্বা ৱাহৈদুতনি মানা তাবা পামখিবসু। মমল যাওদ্রবা ৱাহৈ অদুতনি মানা পামজখিবা। ৱাহৈদুবুদি মফমদা ওম্থোক্লা মমল যামখি মাগী থম্মোয়না ওম্থোক্লা পামজনা তাখিবনি অদুগা তত্তনা হাযখিবনি—

"ঐ অদোম্বু থাজে, লুনা নীংজে অদুগা নুংশিনা ব্যবহাব তৌজে। অদোম্বু ঐগী থম্মোযগী অৱাংবা মফমদা থমজে।"

"অদোম্মা ঐবু ওম্থোক্লা ৱাংনা থাংগৎপিবে। মদুগী মতীক চাবদি নৎচদে।"

অদুদগী অপেনবা মীনোক্পা লোয়ননা থৱায় তানা নোক্কখি। ঐ খণ্ডই মাগী পুন্সিদা অৱাৎপা অমফাওবা লৈতে। অদুবু কবিনো পুন্সিদা খ্বাইদগী চাউবা থম্মোযগী পোত্থাফম অমদি মহাক ফংদবগুম ভৌখি। ঐ ৱাখি, ইশাগী পোৎলূম পুনা পুনা মাগীদমক ৱাখি, মাগীদমক খনখি। মবোল থোক্তবা থম্মোয় অনীগী মবক্তা কবিনো শকউদবা মবী অমনদি চেৎনা পুনশিনখিবনি। চীনবান লান্না ফোঙদোকখিদ্রবসু মাগী পূক্লিং ঐ খণ্ডখি। ঐ মসিসু খণ্ডই—"মহাক্লা ঐবু নুংশি, ঐনসু মাবু নুংশিখি।"

অদুবু নুংশিবসিনা মাগী পূম্নমক ওইখ্রববা ঐগী লৈজবা পূম্বা মফমদা শিন্নবা ঙমখ্রববা? ৱাহং অসিনি ঐগী ইফমদা ইথন্তা হংজবিবা। মাবু নীংশিংলকপা মীৎকৃপ অসিদা ঙসিসু হংলি ৱাহংসি, হংখিনি মাবু নীংশিংলকপা মীৎকৃপ খুদিং। নোংমতসু ঐ তাখিদে মাগী চীনবানদগী 'ঐ নঙবু নুংশি'। ঐসু ৱাহৈ সিমদি হায়খিদে। ফৈ ৱাহৈশিংসে

তাখিদবনা হেন্না ফৈ, ব্রাহৈসে ঐ ফোঙদোকখিদবনা হেন্না ফৈ। কবিগুম্না থম্মোয়গী অপাম্বনা লাকহৎতুনা অনীংবদু ফোঙদোক্লম্লবদি ঐগী থম্মোয়গী অপাম্বা মবক্তা ঐগী পুন্সিনা ঈংনা পোখাফম খঙনা, পুন্সিগী মহাও খঙনা লৈবমগদ্রা? মসিগীদমক্তদি ফোঙদোকন্দবা থম্মোয়না চৈনা খাঙনা খাঙনা তশেংনা অপেনবা পোকচৈ। মসি নৎত্রা ঐগী থম্মোয়না পামজখিবদু? থম্মোয় অনীগী নক্লবা মবীনা অসুম হেঞ্জিল্লক্লিবা মখৈ কবিগুম্না শকউদবা পল অমনদি থম্মোয় অনীগী মবক্তা খাজিল্লকপা হেঞ্জিল্লকখিবগুম তৌখি। মসিনা ঐগী পুন্সিদা হেন্না অপেনবা পোকখিবনি। লানথোকপা ওমখিদ্রবা পলদুগী ব্রাংমদগী চীন থোক্লা কবিগুম্বদা হায়বকখি—

"ঐগী পুন্সিদা নঙবু থেংনবিবসি থেংনবমদ্রবদি পুন্সিগী মহাও খঙলম্লোই।"

"ঐনা কবি তৌখ্রদনা?"

"ঐসু খঙদে, অদুবু ওম্লোক্লা মমল যামখ্রবা মশক উদবা মহাও অমদি পুন্সিদা ফংহল্লি। পুন্সিবু অমুক অনৌবা মযোল চোংহল্লি। নঙসে কয়াদা থৌজাল হৈখ্রবনো?"

"ঐবু অদুক ব্রাংনা মতম পৃম্বা অদুম্না থাঙ্গৎপিবা মতীক চাজদে।"

"কবিগীনো নশাগী ওইজবা অমতা যাওদনা কথোকপতনা শব্দক ওইবিবদুনা?"

"কদায ঐদি কথোকখিবা অমত্তসু লৈতে। কথোকই হায়বদি ঐ নীংশিংবা অমা ফাওবা ঙমদে।"

"মদুনা নঙগী ব্রাখলনি। হায়য়ু, নহাক ইফমদগী অপাম্বা অমা ফাওবা লৈত্রা?"

"লৈ।"

"অদুদি হায়য়ুদনা।"

"অপাম্বা অমদি লৈ। মদু পীবা ঙমগদ্রা? শোয়দনা ঙমগনিকো?"

"হাযদা হায়য়ু।"

"মতাং চাবা অমদা হায়বগে।"

অদুদগী থম্মোয়গী অপেনবা মীনোক অমগা লোয়ননা ময়াই কাববা শামুগুম্না তপ্না তপ্না অপেনবা অমগা লোয়ননা অমুক হনখিগনি। মোমোন্নবা মায়থোঙগা লোয়ননা অমুক হায়বমগনি—

"ঐ চৎলে অহীং অসি অমুক নোংঙানবা ঙাইবা। থম্মোয়দা ফংলিবা অপেনবসিগুম পীনহৈবা থম্মোয় অমত্তং ইনাক্তা লৈজবম্নবদি কয়া নুংঙাইজবা পুন্সি ওইবমগবা?"

মাগী ব্রাহৈ খৃদিংগী অর্থদি ওম্লোক্লা য়ামখবে। ব্রাহৈ খৃদিংগী অর্থ ঐসু খঙখি।

থম্মোয়বু ফাজিন্দুনা মনাক্তগী লাপথোক্লবা হোৎনজবা নত্তনা কবিদি তৌকনি। কবিগুম্বদা নুংশি ঈথক্লা হেনগৎলক, লাকশিনবা ঙমদ্রবা পূক্লিংগী অপাম্বনা লাকহৎতুনা মনাক্তা ঈতিনফম ওইকবা থোক্লবদি য়েংউ থম্মোয় অমগী অৱা-মৈশা, মদুগী চৈনা ইমীৎসিনা যেংবা ঙম্লমগদ্রা? পীথোকপদা মযেং তাদবা নুংশিবদা কৎথোকপতনা ইশব্বক ওইখিবনি। মদুনা ঐবু নুংশিবদা মীবায়বা তাহনখিবনি। নোংমা—

"হায়বোদনা নঙগী থম্মোয়গী অপাম্বা?"

"মদু শোয়দনা পীবা ঙমগনিকো?"

"নঙগী থম্মোযগী অপেনবা অমত্তংদি ঐসু তৌবা য়াইনা।"

"অদোমগী নাক্তা নক্লা লৈবিবী মাগী নাক্তা অসুম্না লৈতানা লৈবদো য়েংজনীংই।"

মীৎকূপ অমদি পূমচীক চীকখি, তূমিন তূমিন লৈনখি। মখা অমুক তাখিবনি—

"অদোম ৱাফমসিমদি যাবিগনিদনা? অদোম্না ঐবু থাজবিবিবা ঐবু ইকাযখুম্নবিববদি হাযজবিবসে য়াবিগনি। অদোমগী থম্মোযদা লৈবিবা নুংশিবদো নক্লা লৈবিবী অৱা-নুংঙাই শব্বক য়াবিবী মাগী মফমদা শিনবিয়ু। ঙম্বিগনিদনা?"

"মদুতবা নঙগী থম্মোয়না পাম্লিবা?"

"অদোম্না মাবু নুংশিনা খনবিদুনা ইনাক্তা অমুক্তং পুবিবকপা মীৎকূপ অদুদা ঐগী পুন্সিসু মহে যাম্লে খঞ্জগে। কবিগী মাবু অদুক নক্লা লৈবগা অসুক লাপ্পা খনবিবিবনো? মাসু থম্মোয় পানবীনি, থম্মোয় অমগী অৱাবদি থম্মোয় অমনসু খঙফম থোকপনি।"

"অদুদি নঙদি ঐগী থম্মোয়বু মশক খঙলব্রা?"

"খঙই। ঐ খঙই মদু ওইথোকপা য়াবোইদবা ৱাখলনি। ফবে অদোম ঐগা শকখঙনদ্রিবী মাবু অমুক্তং শকখঙনহল্লুদনা।"

"নহাক ঙমগদ্রা?"

"কবিগী ঙমদনি। মদুমত্তংদি ঐগী নীংবা থুংহনবিয়ু। অমনা অদোমগী হাঙলিবা মফমদো মহাক্লা মেনশিনহনবিয়ু।"

"মদুনা লোইবব্রা হায়গদবা?"

"হোয়, মসিমত্তংদি থুংহনবিয়ু।"

"মদুবা নঙগী থম্মোয়না পাম্লিবদু।"

"মানি মসিমত্তনি ঐনা পামজবা। ঐবু লুনা খনবিবা ঐবু নুংশিবিবিবা মহাক্কীদমক য়াইফনবা খঞ্জবসিনা ঐগী থম্মোয়গী অপেনবা ওইজগে।"

"নশাগী ওইজবা অমত্তা য়াওদবা বাফমদুদা কান্নবিবসি কবিনো?

"ঐবু থাজবিবা ঐবু নুংশিনা খনবিবা মীশক অমগী য়াইফনবা খঞ্জবদা কান্নবা কান্নদবা হাযবা অমমুক লৈখিগদ্রা?"

"মদুনা নঙগী থম্মোযদা অপেনবা ওইগদবা লৈববদি ঐ হোৎনগে।"

"নত্তে হোৎনগে হাযবিগনু অপাম্বদু থুংহনগনি অদুমতা হায়বিয়ু।"

"ফবে নহাক্কী অপাম্বদু পীববনি।"

নুমিত্তু মহাক চংখি, ইফমদা থাজবদু পীবম্লগা, লূম্না থাংবা মাগী খোঙথাংলক্তা নীংঙমদনা থাজবগী মীৎযেং অমত্তং ইফমদা যেংলম্লগা তূমিন চংখি। ঐ নীংশিংলি নুমিত্তু

ঐ কপখি, যাম্না কপখি থম্মোযবু ফাজবা ঙমদবমখৈ। অদুবু, ইদোম কপচবা নত্তনা কবিদি তৌকনি। থম্মোযবু মীনমদুনা নুংশিববু মীবাযবগুম উহনখিবা মদুগী মতীক চাবা দন্দিদি কপচবা নত্তনা কবিদি ওইগনি। মীনমখি ইশানা ইশাগী থম্মোয়বু। ঐগী থম্মোযনা থম্মোযবু মীনমজখিবনি। ঐ তত্তনদি মফমদগী তাখি—

"ঐ নঙবু থাজে। য়াম্না নক্লবা মীশক্তি খঞ্জে। নঙবু ঐগী থম্মোযগী অরাংবা মফমদা থমজে। অদুগা নুংশিজৈ।"

অদুবু নুপা থোক্লা মাগী মচীন্দগী 'ঐ নঙবু নুংশিজৈ' হায়বসিমত্তংদি ঐ তাবা ফংখিদমাল্লে। ফৈ রাহৈসিমক ফোঙদোক্লমদবা রাহৈসিমক ইফমদা ফোঙদোক্লম্লবদি মনাক্তা ঐবু চিংশিল্লিবা শক্তি অসি শব্দক চামা হেল্লম্বা যাই। ফৈ, রাহৈসিমক ঐ ফোঙদোকখিদবা মসিমক ওইবম্দ্রবদি মৈগাক অমগী মথক্তা মৈচাক অমা শোয়দনা ওইবমগনি।

নোংমসু উবি-রাউবিবা নুমিৎ অমদা ইনাক্তা লাকখি। শোম্বববা চোকথববা হকচাংবু পুডমদনা হাপ্লদনা ইশক্ক ওইবক্লবা মতম হোস্পিটলগী ফমুং ময়াদা লেপ্লখি। নোক্লীংদনা হাইফেৎ নোক্লগা তপ্না হাযবকখি —

"ঙসিদি নঙগী অপাম্বদো থুংহল্লবনি।"

ঐ থাজবা ঙমখিদে। অদুবু মনাক্তা শকখঙনদ্রিবী মাসু লেপ্তুনা লৈবম্বদা কযাদা পেঞ্জাখিবা। থম্মোযদা হৌবক্লিবা ঈংলবু লাকশিন্না ইনাক্তা চঙশিল্লক্লিবা মঙোন্দা তপ্না হাযখিমাল্লে—

"অদোমসে কয়াদা লাইবক ফত্রবনো?"

"নঙগী অনীংবা নঙগী অপাম্বা অমত্তংদি ঐসু পীগে খন্না লাকপনি। মসি ঐগী থম্মোয়গী নুংশিজবা পামজবা মাগী মফমদা তম্না মহানবা খূদোলনি। ঐ হল্লগে নহাক

নাবা ফবো।"

মহাক চৎখি মতম পৃম্বগী ওইনা। নুমিৎ অদো ঐহাক ইশাবু লাকশিনবা ঙমদনা পেন্না কপখি। থম্মোয়বু থেমজিনবা য়াদবমখৈ। থেমজিনবিনবা কনা য়াওদনা মনীং তম্না। মসিবু ঐগী থম্মোয়না নীংবা থুংবগী শীঙ্বকপা পিবাংলা নৎত্রগা মাগী থম্মোয়বু নুংশিজকবা থম্মোয়না কায়নবগী শীঙ্বকপা পিবাংলা—ঐ মদুমদি হায়বা ঙমখিদে। ইশানা খওজখিদে। ঙসিসু ঐ মসিমদি থাজবি নোংমা অসিগুম্বা নুমিৎসিদা ইনাক্তা শোয়দনা হল্লকখিনি মাগী থম্মোয়গী পাউদম শোয়দনা লীবখিনি।

তাবদি ঐসু তাম্রে মহাক মতম পৃম্বগী ওইনা য়ূম থাদোক্নুনা চৎখিবদগী হল্লকখিদ্রে হায়বদু।

# ঙাইবা

ঙসিদি ৱাকচিং থাগী অনীশুবা নোংমাইজিংনি। নুমিৎ অসিতবু ঙাইদুনা খূৎ থেক্কুনা পাবদা অৱাবা অমা ওইনবিবনি। অপাম্বদু নিবদা পীনহৈবা নবান্দোনা লেপ্লমক হেক্তা পীনৈ-অসিনি হায়নবিবা। মচা ধাবা লৈতবা মীশক্তা অমুক্কা হেন্না থাজনা খ্বাইবাকপা ঈবেল উমংলাইবু থৌনিজবা লাপ্লবা মফম কয়াদগী নুমিৎসিবু নংনবা লাক্লবি। ঐসু পূক্লিংগী থাজবা অমগা লোয়নননা ঐগী নুপীবু পুদুনা লাক্লি। অঙকপনি, পাক্লবা লুববা ববাক ঈপাক ঙসিদি মীনা ফিঙৌ ফৌবি। মীৎ থক্লা ফজববা লূববা ববাক ঈপাক্কী লাইজদা কোবৌগী মশেক্লা যৌবদা অমুক্কা হেন্না পূক্লিং হূনা ফজবি। লোঞ্চ অমদি হিশিংনা পূমনোম নোম্লি। অমুকসু মাযকৈ কয়াদগী লাক্লিবা নিঙোল ওইবী কয়াগী অঙৌবা ফিজেৎ-লৈতেং লৈজবা, কনা শেং চাদুনা চৎলিবা মৈতৈনুপীশিং উকববগা অমুক্কা হেন্না পূক্লিং লাঙতক্লবকই। থাপ্লবা মীবৈবাক অসিদা মশাগী নাৎ, চৎনবী কয়াবু কন্দুনা লৈবিবা ঐগী ঈগী মবীবু উকববগা অমুক্কা হেন্না পূক্লিংদা অপেনবা ফাওবকই।

তশেংনা পূক্লিং হূখি, তক-তনানা শেং-ইন্দুনা মখূত্তা কোম্পাক, পোলাং পাযদুনা হৈ, লৈ, ধূপ পুবদুনা চৎলিবা মীওইশিংনা হবাও মথোয কানা নুংশি ৱাবী শাবদুনা হিংথক্তা ফমদুনা নুংঙাইনা চৎনবি। তোৰ্ব্বান অনীমক মীগী মী ঙাক্তনি, অচৎপা, অয়েংবা কযানা থম্লি। কাছাড লমদমগী মৈতৈশিং, মৈতৈ লৈবাক্কী মীওইশিং পাক্লংগী অপাম্বা কযাবু নিজহৌনবা, অপাম-নুংশি ৱাযথুংজনীংবা, কাযনা মৈশা লাংলবা মীওই কয়া, পুঙ্সিদা অৱা-মৈশা লাংলবা মীওই কয়ানা চীক্ল-চায়নবা ঙমদনা লোঞ্চ অমদি হিদা কূক-কূক ইন্ননা চৎনবি। ঐসু হি অমা ঘাটতা লৈবিবদুগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা তপ্লা হংলুই, "হিসি লাইফমদা চৎকদৌবিব্রা?"

ৱাংমগী তোৰ্ব্বান্দা মফি-মবোল অমত্তা য়াওদনা তোৰ্ব্বান মথক্তগী মখাদা চেম্থদুনা শান্নবিবা অঙাংশিংদুবু মীৎ কূপ্তুনা তূমিন্না যেংলম্বা নুপামচাদু তুং হন্না লৈদুনা যেংলকখি। মমীৎতু য়েংদমক যেংলকই। অমুকসু হায়কই, "নঙ হিসিদা মী অনীদা লাইফম ফাওবা পুদিবা য়াগদ্রা?"

মহাক মীৎকপ থোকপগুম তপ্লা হাযবকই, "ঐ চৎলবোই।"

"ঐখোয় অনীদনি। নঙগী পীফম থোকপদু পীগে। লম লাপ্লা মণিপুবদগী

লাকপনি। গাডী বেবা তৌদুনা খবা থেঙদোকখ্রে।"

মণিপুবদগীনি হায়বদুদা খবা যানীংবগী মতৌ পোকপগুম তৌবি। করিনো মাগী পূক্লিং লাঙতক্লবগুমসু তৌবি।

"মণিপুবদগীনি হায়ব্রা?"

"মানি ইম্ফালদগীনি। ঐখোয় অনীদনি। নবান্দোবু অমুক্তং খুকমজগে খন্দুনা লাকপনি।"

"ঙসাইদগী লাই খুকম্বা লক্ষিপুবগী মী মযাম অমনা চৎসি হাযবদা ঐ চৎলবোই হাযদুনা লৈবম্লবনি। পূক্লিংদদি নবান্দো বাবাদা মণিপুবদগী লাকপা যাত্রিক অমদা থেংনহনবিযু হাযদুনা খুকমজবম্লিবনি। বাবানা চানবিবে।"

মখা অমুক তাবকই, "ফৈ। অনীদা ওইবদি চৎসি ভাবা খবা হেন্না পীবা তাবে। লৌবদি মী অমদা লুপা ৩০ দনি।

মখূত্তা নৌদু পায়দুনা হিকবাক্তা লেপখ্রে। ঐখোয'নীসু হিনুংদা মফম চানা ফম্লে। হিদু তোংনা তোংনা ঈহৌবক্লিবা ববাক্কী ঈথক-ইপোম মবক্তা ঈহৌবক্লিবা ঐগী পূক্লিং ব্রাখল কযাদুবু হৌদোক্তুনা ব্রাবী শাগে হোৎনকই। হংলুই,

"পূং কযামুক্তি চঙগনি লাইফম যৌবদা?"

"হিনিনা পূং মবিমুক্তি চঙনি। ফুলেতোব বাজাবগী ঘাটতগীদি পূং অনীমুক চঙই। লোঞ্চতা চৎলদি পূং অমতমক চঙগনি মবক্তা খামদ্রবদি। লোঞ্চতা চৎত্রি কৈগীনো?"

"সুম হিদা চৎনীংবা, নুংঙাইনা চৎনীংবা।" মখা শমথকই, "নঙদি লাই খুকম্বা চত্তদনা হি হোন্দুনা লৈবিদি কবিগীনো? নমন্নবা মযাম চৎলি-লাঙলিসি যাওনীংদ্রা?"

মা ঐগী ব্রাহংগী পাউখুম পীবকখিদে। মাগী ব্রাখলদা নে তাদবা মতৌ অমদি উবি। চহী অমগী মনুংদা অমুক্তং থোকপা নবান্দো খুকমজনবা থাপ্লবা চীংলৈবাক মণিপুবদগী লাক্লিবা মীয়াম ঈগী মবী কযানা খুন্দা লৈতাদুনা লৈবিবা লক্ষিপুবগী মীয়ামশিংনা অমুক্তং দর্শন তৌনবা লাক্লবিবা লাইফমসিদা চত্তনা মানা হি হোন্দুনা লৈবিবা? কযা যাম্না মাগী নৌবিবা পুক্সিদুনা অব্রা-চৈথেং ফংলবনো খঙনীংলুই।

তপ্লা খুম্লকখি, "চৎনীংই ঐসু, চৎলিবা মযামসিগী মতৌগুম। বাবা, ঐদি থাজবনা পুন্দুনা অসিগুম্বা নুমিৎ অসিদা চৎখিবা হল্লক্কনি হাযবম্বা ইমাবু ঘাটসিদা ঙাইবম্লিবনি।"

তূমিন্না ব্রা অমত্তা ঙাঙদনা লৈকবগা তনহং হংলকই, "বাবাহোয ইম্ফালদগীনি হায়দাই?"

"মানি।"

"অদুদি সনাকোনুংগা নক্লববা?"

"নক্লবে।"

'নক্লবে' হায়বা ব্রাহৈদুদগী মাগী মায়থোঙদো খংহোং হোংলকখি। হান্না লৈবন্বা লাঙতক্লবদুদগী হেনবগুম তৌবকখি। মনাক্তগী লাপ্পা লৈখ্রবা কুইনা মাঙলুববা কবিগুন্বা পোৎশক অমা ফংলবগুম মমায়দু ইবং লংখৎলকই। খংহায় হায়বকই—

"ঐগী ইপাসু ইম্ফালদগীনি হায়না ইমানা হায়বম্মী। ঐ মণিপুব সনা লৈবাক্তা য়াম্না চৎনীংই। ইপাবু যাম্না উননীংই।"

"ইম্ফাল? ইম্ফাল কদায়ব্রাইদগী? য়ূম্নাক শাগেদি?"

ঐগী ব্রাহং অসিদা মাগী মচীন-মবৈ পূম্বা পূমফা ফাজিনবগুম তৌখি। মাগী থম্মোয়দা মপাগী কবিগুন্বা ব্রাবী খবা ফংলনি খল্লন্বা ব্রাখলদো ব্রাহংসিদগী মখা তাবা ঙমদনা মখূৎতা পাযবিবা নৌদুনা ববাক্কী লাইজদুদা নৌহোন তোয়বকই। অবৈবা মপাঙ্গল পুথোক্লুনা ববাক্কী ঈচেলদা হিদু হোনগৎনবা হোৎনবি। হি অমদি লোঞ্চগী মখোল তাবা নত্তনা ব্রাহৈ অমত্তা ঙাঙনদনা তূমিন তূমিন লৈনখি। খঙনীংবা অপান্বা অমগী মমিদি মাগী মাযথোঙদা তাবিবদুনা মযেক অসুম অসুম শেংলকই। ঐগী ব্রাহংদুনা মাগী থম্মোযদা কযা য়াম্না চৈনা পীখিবনো? হংদোক্লববা ব্রাহংদুনা ঐগী থম্মোযদসু নীংঙমদবা পোক্লকখি। মহাক কবিমত্তা খঙদে—মণিপুব সনা লৈবাক্কী ইম্ফাল, সনাকৈথেল অদুদগী সনাকোনুং—মমিংতনি মানা তাবিবদি। কদায়দা লৈবিবা, কয়াম লাপ্পা, কয়াম ফজবা কবি থোক্লিবা কবি ওইবিবা মা অমত্তসু খঙদে, মা অমুক্তসু উখিদ্রি অদুননি মানা হংলক্লিবা ব্রাহংদু। শূপ্পতগী মমিংতনি মানা তাবিবা, মমিংদুতনি মাগী লৈতোন্দা লৈবিবা। মদুননি ব্রাহংদু মানা ইবাই লায়না হংলক্লিবা। হিদু তপ্পা হোল্লগা অমুকসু হংলকখি,

"বাবা মণিপুব, সনা লৈবাকসি য়াম্না ফজববা? সনাকোনুং শ্রীগোবিন্দ যাম্না নীংথিজববা?"

"ফজৈ।"

'ফজৈ' হায়বদি ইচীনসিদা হায়দোকখি অদুবু কবিগুন্বা মানা লমদমসিবু উবন্বা, খঙলন্বা থোক্লবদি সনা লৈবাক ফজৈ হায়বসি য়ানীংলমগদ্রা? য়ানীংলোই মা সুকয়া য়ানীংলোই। নোংমা কাংদনা থোক্লিবা মীহাৎ মীপুন, লম্বী-থোং, মীকপ মীবাওখোল মা সুকয়া য়ানীংলম্লোই। শোযদনা হায়বক্কনি বাবা নহাক মীনন্বা ঙাঙবদা চিংনবা লৈতে। নুপামচাদুগী মুখ্রবা মায়থোঙদুদা নোকফেৎ তৌবগী লৈই অমা চিংলকই।

"ফজৈ হাযবদি ঐসু ইমানা লীবা ব্রাবীশিংদগী তাবদি তাবে। সনা লৈবাক্কী

নীংথিজবা, সনা কোনুংগী শুন্দাংনফম, শ্রীগোবিন্দগী নীংথিজবা কয়া তত্তনা ইমানা লীবিবম্মী। ঐনা চাউবগা ইমাগা লোয়ননা সনা লৈবাক্তা চংকনি। শ্রীগোবিন্দগী দর্শন তৌগনি হায়বম্মী।"

ওাইহাক তূমিন লৈব্কবগা মখা তাবকই,

"বাবা শ্রীগোবিন্দগী লমদম থাদোক্লুনা নবান্দো খুকুম্বা কবিগী লাক্লিবনো? শ্রীগোবিন্দগী মফমদুদি অশেংবা তীর্থনি হাযনা ইমানা তাকপিবম্মী। লমদমদুদা নোংমত্তং ওইববসু খোঙ্গূল তাবা ফংজববদি পোকপগী মহৈ য়াল্লবনি হাযনা হায়বিবম্মী।"

খঙলে মাগী থম্মোযদা মৈতৈ লৈবাকপু কযা য়াম্না নীংজবা কযা য়াম্না শ্রীগোবিন্দবু অরাংব' মফম থাংগৎচদুনা থম্মোয শেংনা ইবাংচবা। ঈগী হৌবকফম ওইবিবা লমদমসিবু নোংমত্তা ওইববসু খোঙদাজবা ফংজববদি হাযদুনা মপূক্লিংদা লাঙতক্লজবিবা। কবিগুম্বা মশামক্কী মখোঙনা লমদমসিদা লেপ্লববদা নৌবিবা মাগী থম্মোযনা লমদমসিবু সনা লৈবাকনি হাযনা খনবা ঙমগদ্রা? খোযবী লিনশাংমক তাবা ফংখিদ্রবসু হৌবকফম ওইবিবা লমদমবু অপোকপী মমাদৌনা খঞ্জবিবা, লূববা ববাক ঈপাক্তা অমোংপা মচেৎ অমত্তসু উদবা অদুগা ইস! ইম্ফাল, নম্বুল মপান্দা পৈদুনা লৈবিবা অমোৎপা মপৈ মপৈ, সনা কৈথেলগী মচী মচীদা পৈদুনা লৈবিবা নমথীববা অপূম-অশা, নোংমৈগী খোঞ্জেল্লক্তা ঙাইহাক লৈতনা হাৎন-শুনবিবা অদুদগী নুপীশিংগী ইজ্জৎ তেমশিংনবা, মীকপ-মীবাও, ব্লাকৎ মীফম্ নোংমা কাংদনা ফল্লিবা, প্রোসেসন, দিমান্দ, মীফা-মীপুন। ঐ অসুম নীংঙল্লক্তে। ঐনা ফজে হাযদুনা নৌবিবা থম্মোযদুদা অচৌবা ইবাল অমা লঙশিনখ্রবনি। মা অমত্তসু খঙদে অদুননি কবিগী মফমদু থাদোক্লুনা নবান্দো খুকুম্না লাক্লিবনো হংলিবা। ঐ খুম্বদমক খুমলুই, "নবান্দোদি নির্বিবদু পীনহৈবনি নঙসু হাযবদাইনে।"

হাযখি অদুবু ইমানদি মৈতৈ লৈবাক্তি সনা লৈবাক্তি গোবিন্দগী লমদমনি হাযবম্মী। ইমানা মৈতৈ লৈবাকপু কযাম নুংশিজবা, ইমানা গোবিন্দবু কযাম নীংজবা, বাবা নঙনা উবল্লবদি খঙলমগনি। অযূক্কী নুমিদাংব্লাইবমগী তত্তনা শোঞ্জবম্মী- 'ইপাপ চেং বনা ইবুংঙো নঙগী দর্শন ফংবা ঙমজদ্রে। ইমীৎসিনা ইবুংঙোগী মূর্ত্তিবু অমুক্তং উহনবিযু। সনা লৈবাক্তা অমুক্তং খোঙদাবা ফংহনবিযু। মসিতনি ইমাগী লাইনীং।"

"ঙাইখো নঙগী বাবান্দ লৈবিব্রা?"

"হা হা হা ." খোঞ্জেল থোক্লা পেন্না নোক্লবগা মখা তাবকই,

"মহাক লৈবম্লগবু মসা ঐনা খৃৎতা নৌ পাযদুনা হি হোন্দনা শেল তান্দুনা সনা লৈবাক চৎনবা হোৎনবমগদ্রা? তু আদা হবাওনা চৎলিবা মযামসিদা ঐসু যাওরম্ .

ঙাইহাক তূমিন লৈবম্লগা মখা তাবকই, "ঐবু পোকপা ইপাদি ঐ পোকপগী

ইম্ফালদা চংখিবদগী অমুক হল্লকখিদ্রে হায়।"

"হল্লকখিদ্রবা?"

অপোকপা মচাবু থাদোক্লম্লগা মবমদমদা হনগ্রবা? নোংমতসু মচাবু য়েংলখিদ্রবা? মসিবু কবম্বা মপাগী থম্মোয়নো? অদুগা ঐনা ইমীংতা ইচা অমত্তং ফংহনবিনবা থাপ্লবা লমদমসিদা লাক্লি। কয়াদা খেন্নগ্রবা? মচাবু মিনুংশিগী ঈবীক অমত্তসু খীকপা ঙমদ্রবা মীওইদুনা লৈবিবা লমদমসিবু মানা কয়াদা লুনা খঙ্ৱবিবা? মৈতৈ লৈবাক্তা অমুক্তং ওইবসু চংচবা ফংনবা হোংনজবিবা মণিপুবগী ৱাবীতবু শাবগা মাগী থম্মোয়না পেঙ্ৱবিবা। ববাক ঈমায়দা হিরাক্লববা মীশক্লুম হিয়ায়দুদা ৱাখলনা লাকহৎলবা মীশক্লুম ঐ তূমিন লৈখি।

মাদি লেপ্পা লৈতে মখা অমুকসু তাবক্লি, "ইমানা চেঙপাক খবা শু, কবোক খবা শা লক্ষিপুব বাজাব, ফুলেতোব বাজাবদা কোকথোংনা পুদুনা য়োল্লগা ঐবু চাউনবা য়োক্লকখি।"

মা ঙাইহাক তূমিন লৈখি। মখূৎকী নৌদুদি লেপ্পা লৈতে। হিসু অদুম হোনগৎলি। ঐগী পূক্লিং ৱাখলসু ববাক ঈচেলদা তাউথবি। ঐগী খঙনীংবা অপাম্বসু অসুম অসুম হেঞ্জিল্লকই। মাগী ৱাখলদা মাগী পূক্লিংদা ফাওবিবা পেন্দবা নুংঙাইতবা, পুন্সিদা থেংনবিবা অৱাবা কয়াশিং অমুকসু খল্লুবি। ইবমদমদা লৈহৌবিবা মাগুম্বা কয়াদি মশাগী হিংনবা লম্বী থিবগী মহুত্তা অমনা অমবু নম নমদুনা লৌনবা হোংনবি। মপাঙ্গলগী হোংনজমলগী হুমাং মবীক অমত্তসু তাহনবা ঙমদ্রি। পীক্লিবা মানদি মখূৎতা নৌ পায়দুনা শেল তান্দুনা মপাঙ্গল মথৌনাতনা হিংনবা হোংনবি। অদুবু অসুম্না হোংনজবিবা মীওইশিংদি শূনা শূনা নোম্না নোম্না পুন্সিগী নুংঙাইবা শব্দক ফংবা ঙমজদ্রি। মৈতৈ লৈবাকপু অমুক্তং য়েংজনীংবগী গোবিন্দগী দর্শন অমুক্তং ফংজনীংবগী ইখৌলাংবনা মশা পূম্বা শীনথুংলি।

"নঙগী ইমাদি? মণিপুবদা. .?"

ৱাহৈদু লোইশিন্দ্রিঙৈ "হল্লকখিদ্রে। ইমাসু অদুম হল্লকখিদ্রে।"

নুপামচাদো তূমিন লৈখি ৱা মচেৎ অমত্তা ঙাঙলকখিদ্রে। ঐ কবিনুংগী হংলুববনো খল্লকখি। কদায় চংখ্রিবা, কনাগা চংখ্রিবা, মমা ওইবীগী থম্মোয়না মচাসিবু থাদোক্লম্লগা কদায়দা চংখ্রিবা। খঙনীংবগী ঈহুলদি অসুম অসুম হেঞ্জিল্লকখি। কয়াদা খেন্নগ্রবা মীওইবগী ৱাখল পূক্লিং।

"নত্তে, ইমাদো মৈতৈ লৈবাক্তা চংখ্রবরা?"

"চত্তে, লমদমদুদা চংখিদুনা মফমদুদা ঐগী ইপাগী ঈগী মবীশিংগী নাক্তা চংখিবা ওইবম্লবদি বাবা ঐনা কবিগী অসুক ৱানা ইতোমতা হি হোন্দুনা লৈক্গনি?"

"অদুদি কদায়দা?"

"ঙসিগী অসিগুম্নবা নবান্দো পূজা নুমিত্তা চেঙপাক কবোক, হৈ-লৈ পুদুনা য়োনবা চৎখিবনি। হল্লকখিদ্রে, ক ুম - ল্লকখিদ্রে।"

"কদাযদা চৎখ্রিবা?'

"খঙদে কদায়দা চৎলিবা, কদায়দা লৈবিবা ঐ খঙদে। ঐবু কবিগী হুন্দোক্লম্লিবা কবিগী হল্লক্ত্রিবা মদুসু ঐ খঙদে।"

হি হোল্লিবা মাসু তোংলিবা ঐখোয়সু ব্রা মচেৎ অমত্তা ঙাঙনদে। শৃপ্নতগী লোঞ্চ থৌবগী অহৌবা মখোল তাবা নত্তনা। লুপা মচু মাল্লবা লুববা ববাক্কী ঈপাক্তুদা মমীৎতু কৃপ্তনা য়েংলি। কবিবু খল্লিবা কবিবু য়েংলিবা। ঐ ব্রা মখা তাবা ঙম্লুদ্রে। মখা হংগে হায়নসু খল্লুদ্রে।

মানা মখা অমুক তাবকই, "ইমানা চৎলমদাইদা ঐবু নীংথিনা লৈবম্নবা হায়বম্মী। মথং থাদা মণিপুবদা ঐগী বাবাগী নাক্তা চৎকনি গোবিন্দগী দর্শন তৌকগনি, সনা লৈবাক্তা শোয়দনা চৎকনি, ইমা হল্লকপা ঙাইবম্মু হায়বম্মী। বাবা নবান্দোগী পূজা নুমিৎ খৃদিং চীংথক্তা কাদুনা হি হোন্দুনা চৎলগা ঐ ইমাবু থিবিবনি। ইমাগা লোযননা সনা লৈবাক্তা চৎকনি। গোবিন্দগী দর্শন তৌকগনি। ঐগী ইপাগী নাক্তা পুন্না লৈকগনি। ঐ, ইমা হল্লকপা ঙাইবিবনি বাবা।"

ববাক ঈপাক্তুদা নুংশিৎ ফাওবা শীত্তবগুম তৌখি। ঙসাইমখৈ ইনাক্তা ফমদুনা ব্রা অমত্তা ঙাঙদনা হিনুংদা ফল্লিবা ঐগী নুপীনা ফিজি পাইদুনা পি তৈথোকখি। তত্তনা ঐগী পৃক্লিংদা হংজখি ঐনা কবিগী হিসিদা নবান্দো খুকুম্বা লাক্লবা। অদুগা মাগী থম্মোযনা ইবমদম মণিপুববু কবিগী অসুক নুংশিজবিবা? হিসু অসুম হোনগৎলি নবান্দো ঙ্গাইবাকপা ঈবেল তম্না।

# মীৎকূপতুদা

নিংথমথাগী লৈচীলনা মাযকৈ পূম্বা পূম্মম মম্বমখৈ কূপশিল্লক্তুনা মীশক মীশা খণ্ডদ্রবা, ঈংবনা চিংশিল্লকপদুদা পেক অমত্তং ব্রাউবি ব্রাউবি পাযকসিবা খল্লম্বদগী তম্বক্তুনা ঙাংনা চাক্লিবা মৈফূ মনাক্তুদা চঙশিন্দুনা ফম্লুবদা ঙাযবি। অয়াকপা খোঞ্জেলমক নৎত্রবসু খোঞ্জেলদু ইতা তানীংনূদে। . ঙ্মে অমদদি তূম্বা চাবা খণ্ডদনা মাগী খোঞ্জেলদুতা তানবা হোৎনবম্বনি। হৌজিক অঙাং অনীগা শুবক্লনসিদদি নকশিন্নবম্বদগী লাপথোক্লীংলকপা মতমসু যাওবক্তবা নত্তে। মখা তার্বাক্লিভৈদা মৈফূ মনাক্তগা হৌগৎলগা চংহৌবনা ফবে খন্দুনা তন্না তন্না হৌগৎলকখি। থা অমদা নুমিৎ খবনি অমদি চাকখূম শেন্নবা ঐগনি। শেন্নহৌদ্রগনা হোটেলদা, নৎত্রগা ইশা চবা হেনবা। হেনবসু কযা যাওখি মাগী "চাক থোংবিববোইদ্রো" হাযদুনা ব্যবহাবনা খুবাযদা যানশিল্লকপা ব্রাহৈসিমত্তংদি হকচাংদা এলবজিক ওই, ওম্বোক্লা তানীংখিদ্রে। যূম হেক পান্দুনা ইথন্তা লেপচনবা হোৎনবিবা চাকখূম তোঙাল্লবা নুপা খূদিংমক্লা থা অমদা নুমিৎ মঙানিদি পূজাবিগী থবক ফংলি।

যূম পান্দ্রিভৈদদি ইযাদা চাবা পূখমদি লাযবদনা চা থকপগী চা কপ অমা যাওবা চাম্লক্তবা ঐসে নুপী হেক থিকব্দগীদি চাক থোংবগী পালী যাওবক্লে। হকচাং শাজেলনি হাযজিন্দুনা কবিগুম্বদা ঈশিং বাল্টিন অনী য়ান্দুনা পূত্রিদগী ঈশিং হোন্দুনা মাগী মতেং খজিক্তং পাংলুবা, কোল-লীব খজিক থাংদোক থাংজিন তৌবা হেক উবদা ঐবু পোকপী ইমানা মচা ঐবু লোন্না লোন্না যেংলগা 'হুম ঐগী ইচাসি মযূম হেক পানবদগী চাক থোংবসু হৈবে। মমা ঐগা চাকখূম পূল্লিভৈদদি নোংমতা ফাওবা চফূ মহী থাংগৎলম্মু যাদবনি। পেল্লে নুংঙাইবে ইমৌ লাকপদগী ইচানুপা পূজাবি কাবে' হাযদুনা তাবসনু মতাগুম ঙাঙলিবদু তাশিন্নখিদবনা কযানি। ঙসিদি ইমাগা চাকখূম পূল্লম্বা কযাদুগী তাইওন্নবদনি। চাকথোং চফূ থাংথবগা যাইশিন্দুনা খাংদা মৈ হৌন, শাববা থাউদুদা মবোযদু হাপচিন্দুনা ওৎপা হোৎনবি।

থোঙদু শাফূ কন্না হাংদোবকই। ব্রা অমা ফাওবা হাযকবা নংদ্রিভৈদা নমহায হাযজিল্লকই, "হে তূমিন লৈয়ু! লম্বীদা কমান্দোগী গাডীনা লোইববনি। ঐ চঙলকই হাযবা যাদে। ঐবু কন্ননবা তৌ।"

থাউ ভৌবগী মখোলদুগা থওইনা তাকদে। মৈথক্তা লৈবিবা খাংদুদা থব্রায পূম্লপ

লূপলি।

ৰাহৈদু অমুক তাবকই, "তূমিন লৈযু নৎত্রবদি ।"

হাইফেত্তং হন্না য়েংলুই। মফি মবোল ইচোৎ চোৎ, ইপা পাখৎনা লেপ্লিবদু উবদা ঐসু ইপা পাখৎনা হংলুই, "হা কবিনো? কৈনো হাযবিদুবো?"

পূমচোৎ চোৎলবা মফিশিংদু শৎ শৎ লৌথোকখি। মমীৎ মনা চপ যুংদুনা হোবে হোবে ফিযান্দা য়ান্দুনা লৈবিবা খূদৈদু তাপ লৌদুনা শৎ-শৎ হোংদোকখি। ঐ মাগী মওংদুদা ফূক হৌগৎলি। ইমুং অমগী নুপা ওইনা লৈবিবা ঐগী ইৰা ইতা তাদনা ঙস্মী হাযবগুম তৌবিসিবু কবিনো, মী উশিৎত্রিবা হায়বদুবা? ঐগী কিনসিনা মমাযদা অমুক্তং থিনগাইববদি মমা উনি। অমুক্তং থিনগাইনীংখি। তৌবিবদু চঙশিন্দুনা খামগুম কবিগুম হাযকই, "যাবদি লম্বী তাকচগে সোমদা সোমদা লাকপিবো।"

"লৈকাযসি কমান্দোনা পূমকোয কোযশিনখ্রবনি। ঐ চৎপা যাববোই। ঐ হান্না কন্নবা তৌ। ঐ নহাবোলনি পৈশা খোমজিল্লুবদগী কমান্দোনা তান্নবকপনি নৎত্রদি ।"

ইনাক্তা পোল্লি পোল্লি মমীৎ-মনা চপ যুংনা লৈবম্বী ঐগী নুপীনা 'কমায তৌনি সিদি লোইনা শিনা তাবে' হাযদুনা অচোৎপা ফিযামদু মচুম ওবো ওবো তাবমখৈ বার্থ কমদা পুশিনখি। ইশাসি অঈংবদুদা হুমাং অনপ্পা কাবকই। তৌনবিবা ঈবাং মতাসিদা নহাবোলনি কাইনা থোঙসু লোল্লি খূৎচাওসিনা অমুক্তং মমাযসিদা থিলহৌবসিবা মানা শিব শি ঐনা শিব শি, মদুতদা পেল্লনি। মখোয়সিগুম্বসে পেল্লবনি। মিনুংশি ঊৎলু লাক্লুবা যাপোৎ নত্তে। নম-নমদুনা খূৎলায অমা পাযবগা ঙস্মী হাযদনা মশানা যানীংইসু খঙদে, যানীংদে হাযসু খঙদে, হা অদুগীনি হা অদাগীনি পেল্লে, খাবে। শিবমদাইদনা কনবিযু, মতেং পাংবিযু। শিবা কিদবা মখোযনা কবিগী শিবমদাইদা হিংনবা লম্বী থিবকইসিবু কবিগীনো? মানা মানা তৌজবা মানা মানা ফংজবনি কবিগী খন্দ্রিবনো? মযূম মকৈদি স্বর্গমুক ৰাংখৎলক্কনি। কবি পার্টিনোদদি অশেংববা শেংদববা খঙলগে খন্দুনা হংলুই, "নঙবু কবি পার্টিনো?"

"মদু খঙলগা কৈদৌগে হাযবনো? ঐ নহাবোলনি। কমান্দোনা তান্নবকপনি।"

"ঙাইখো, ঐসু কমান্দোনি খঙদ্রা?"

"হা কমান্দো?"

ইনাক্তগী ফৎ হাইদোক্লুনা মথক্কী সিডিদুদা চেনখৎখি। তান্নদুনা মখূদাংদু তাপ ফাকই।

কোম্ফোং লান্দুনা গাড়ী মযাম থৌবগী মখোলদি লেপ্তনা তাবি। হূইনা শুমাঙদা

যাক্লা যাক্লা খোংলি। কমান্দোশিংদু চঙলক্তুনা থবক মচা অমতং তৌদুনা ব্লানা হিংলিবসি নহাবোল থল্লম্মী হায়দনা সস্পেন্দ অমুক লৈবা নুপী অঙাংনা কমদৌবা অদুদগী দন্দি মথং মথং । ইশাসি হুমাংনা পূমলূপ লূপ্পগুম তৌখি নিংথমথাসিদা। ঐগী নুপীনা মানা চঙলকপদা ফ্লোবদা মবী মবী তাহৌবিবা ঈশিং লৈখোম লৈনাং তৈববা খোঙ্গলশিংদু ইপা পাখৎনা নুবা পায়দুনা তৈথোক্লবা লাক্লবি। ঐনা ইপা পাখৎনা হাযকই, "নঙ কৈদৌগে হাযবনো? সবেন্দব নৎত্রগা ?"

মা ব্লাহে অমফাওবা হাযবক্তে। মশাদু ইপা পাখৎনা মমীৎ মনা ইথক থকপা নত্তনা কবিসু উবা ফংদে।

"ফাবদি জেলদা, মী লোইনসু ইচেন চেন্ননি। অহল লমন ইমুং মনুং অদুগা পার্টি লোইনা চেন্ননি। অদুনা মফমসি থাদোক্তুনা চেনখ্রো। ফগদবা অমা যেংলো? সবেন্দব তৌহৌসিবা?"

মা ঙাইহাক তূমিন লৈকুবগা খংহাই হাযবকই, "হোয় ঐ হাযবিদু ।"

গাডী মযাম থৌখিবগী মখোলদু ইমুংদা ফজনা তাখি। লৈকাযসি সবকাবগী খূৎলায পাযবশিংনা পূমকোয কোযশিল্লম্লগনি হাযবসি মাসু খঙলম্লনি। মশা হিংনবা খল্লকপা ওইবম্লি। পূক্লিংদা খনবদি খনখি--হুম' মপূকচেলবু লেপচবা ঙমদবা মখোযগুম্বনা মবৈবাক নীংলিবনি কাইনা ।

মখা তাকই, "অদুদি ঐ ফনবা শীনখ্রগে, তূমিন্না ঙাইহাক্তা ফম্মু।"

মোবাইল ফোনগী নম্ববদু পঙনমদা নম্লুই। ইমান্নবা কমান্দোদা লৈমিন্নবদু ফোন পাযখৎলকই। হাযকই, "সি ও সাহেবতা পাউ অমত্তা হায়বিয়ু, নহা অমত্তা সবেন্দব তৌহঞ্জগে। মহাক ঐগীদা লৈবে, মশানা যাববনি হাযবিয়ু হাযকুবদা মব্দপতুনা সি ও সাহেবতু মাগা ব্লাবী শানবি তাবদা ঐ পাখৎপা খবা নেমথবগুম তৌই। ইমুং মনুংদি শোক্লবোই খনবদা পাখত্তুনা মিহুল চেংগুম চেংগানবদু হাইফেৎ নেমথখি। সোমদনা সি ও সাহেবতু লাক্লনি খনবদা মাযদা কাবম্লা হুমাংদু খূৎ অনী থাঙ্গৎতুনা নাম্লোক্লুই। মমাসু ঐঙোন্দা মমীৎ মনা তথক তথক যেংদুনা লৈবম্মী।

"নঙগী লৈফমদি কদাযদনো, অহল লমনদা পাউ হান্না পীহৌসিবা?"

মখা তাবা নংদ্রিঙৈদা থোঙদু দঙ দঙ থীল্লকখি। ঐ স্বায লাউখি। ইকোক্তা হৌবিবা মশীং থীবা য়াববা শমসে চপ চপ যুংখৎলকখি। থৌজিনখিবা গাডী মযামদু লাক্লজাৎলা নৎত্রগা সি ও সাহেবতু লাক্লজাৎলা? সি ওদু ওইবম্লবদি ফখ্রনিদা? নৎত্রবদি ঐগী তুংগী পুন্সিদা কবি থোক্লগদগে? ঐনা ফনা অশেংবা থৌদোক্তু হাযজদুনসু পূম্লমক্পী তাইনফমদি ঐ ওইগদৌবিবনি। কবিগুম্বা পার্টি অনী থেংনববসু

খুদোংথীবা ময়াম থোক্লকদবদু ইমীৎতা মথং মথং উবকই। ইবাল লৈজদবা ঐসে ইবালনা পুবা থাংবা ঙমদবা ওইগদৌবিবনি। পোৎলূমদু থানবা হোৎনবদা পুম্সিসে পোথাফম খণ্ডদনা লোইশিনখিবসু য়াবি। হে.ঙদু অমুকসু দণ্ড দণ্ড দণ্ড থীল্লকখি। ইশাসি থক-থক নীকপা মখৈ থোণ্ডদু যৌনবা চৎপদা কয়াম কুইনা চঙখিবনো খণ্ডদে। নীংদোলদা মিহুল চোংবগী মখোলদি অসুম অসুম হেনগৎলকই। নীক্লবা খূৎসিনা পোবোলদু তপ্না শৎলুই। ইবোযাই লেপ্তুনা লৈবম্মী।

"হাইমা ।"

মখা তাবা নংদ্রিঙৈদা, "তাতোল কৈনো থোঙ হাংঙু হাযবগা অদুক কুইনা তাদ্রিদুবু?"

"হাইমা নঙ ওইবে ইবোয়াই।"

খূদৈ শেত্তুনা ইপা পাখৎনা সিডি মযাদা লেপ্লিবা অমদুদা ইবোযাই মমীৎ কৃপ্তুনা যেংলগা খংপ্রেক খংনা হায়বকই, "হাইমা তা থোইবা নঙ সিদা কৈদৌবল্লিবা?"

ঐসু খংহং হংলুই, "ইবোযাই কনানো মাবো?"

"আ মখা লৈকাযগী তা থোইবনিদা। কোক বেবা লৈবনি অমুক অমুক হৌবনি, কোক লৈখৎপনি। মাবু কৈদৌবল্লিবনো?"

ইবোযাই মমীৎতু থক খত্তুনা হংলকই, "কদোমদগীনো নঙবু হা ?"

ঐ মঙোন্দা চাগদৌবগুম যেংখি। ইবোযাইমনা খৈনি উম্বদু উবদা হান্নগী ফীভমদু খংহোং তোংলগা মাগী মখূৎতু শৎ তিংথোবকই।

"খবা হাপ্লকউ উমগে।"

মীৎসিনা অমুক্তং মৈথক্তা থাংগত্তুনা লৈহৌবা খাংদুদা লৈদুনা যেংলুই। শাউনীংবগা পাখৎপগা ইশাসি নীকই। ঐ কবম্বা কালদা মাগী মনাক্তা চঙশিনখিবনো খণ্ডহৌদে। খূৎসিনা মাগী ফূবিৎকী কোলাবদু পাযদুনা লৈবমখি। খাঙদা থাউ ভৌবগী হাপ্লম্বা মবোযদুনা কাবগী মনমনা স্বব অহোন খূদিংগী ফাওবকই।

# ব্রাখলগী ব্রাংমদা

"থোইনু হন্দক্তি ইনেম্মনা হাযবিবসি যাদবা য়াদবনি। ঙম্মোই হাযবগা যাদেকো। ফত্থবনি হন্দক্কীসিদি। মীনসু পাম্না তৌথ্রবা।"

"কৈনো ইনেম্মা?"

"তৌনুদা নঙমা। নঙগী খনবদা ঐদি চাফম থকফম খঙদ্রবনি।"

"ফজনা চা-থক্তনা নুংঙাইনা পোথানবা হোৎনবা যাদ্রবো?"

"কৈনোনে মসিবু ভাব মেন অমা ইতা তাদ্রিসিবো? নুপীনি হাযবা কাউব্রো নঙবো? নুপীনা মপামদা মোংফম ওইৎবসিবু চৎনববো ইবেম্মা?"

"ইনেম্মনা হেক হোংদোক্লো। ঐদি ঙম্মোই হাযবিসিনি।"

"ঙম্মোই হাযবগা হেক যাববা? চৎনবী হাযবা অমসু লৈ হাযবসি নহাক কাউবেনে? নঙ অঙাং নৎত্রবনি ভাব তাউকো।"

"অঙাং নত্তদনা হাযবিবনে ইনেম্মা। হৌজিকপু লুহোংলগা কৈদৌদোইনো শূপ্পগী মোংফম মচেৎ অমা ফংনববা? ঐগী পোকফমসিদা মোংফম মচেৎ অমত্তং পীবিবা ঙমদ্রদি কদাযদনো অমা চৎলগা শিকবা হাযবদুনি।"

"থীদা অঙাওবীসিদি। নুপী হাযবসিদি মপূবু পান্দ্রবদি পুম্নমক্কী মীৎযেং চঙনফমনিনে। খল্লুকো, খল্লুকো থোইনু।"

ইনেম্মদো কান্নদ্রে খল্লক্লব্রা খঙদে ব্রা মখা তাবমদ্রে। ইমুংদগী তপ্লি তপ্লি মাঙ্গোল্লোমদা থোকখি। ইথন্তা ফমুংদা হীপথখি। লাকঙম ফাঙমদ্রবা থম্মোযদা কবিনো মফম খঙদবা ব্রাখল অমা ঈহৌবকখি। ফাথগে খল্লসু পূক্লিংবু লাকশিনবদি ঙমখিদে। কবিনো খঙদে মখোযনা ঐবু যূমসিদা লৈহন্নীংদ্রিবসিবু। নুপীগা নুপাগা খেন্নবা অসুক যাম্না থল্লিবসিবু। চৎনবীনি নিঙোলনা মপামদা শিহৈদে হেক্তা মহাযবা, মসিগী চৎনবীসিবু হোংদোকপা ইযামক যাদ্রবজাৎলা? নুপানা মপুন্সি চূপ্পা মযুম মকৈ পান্দনা লৈববুদি কবিসু হাযনদবা, নুপীনা মযূম হেক পান্দ্রগনা শোল্লক নাবক্লগা নঙগী হন্না যেংবদা কনাসু লৈবোই হেক মহাযবা। মশা মথন্তা মনীং তম্না হিংজবা ঙল্লবদি মথন্তা হিংজবদা কবি অকাযবা লৈবগে? নীংতম্ববসিবু নুপীদি ইফংমক ফংবা য়াদ্রববা? হাযদা হাযকবগা হযেং শিবমদাইদা নচা-নশূ লৈত্রবদি সেবা তৌবিনবা লৈবোই হেক্তা

মহায়বা। অসুক য়াম্না লৈবিবা ইচীন-ইনাও ময়ামগী ইচাশিংসিদি ঐনা পোকপা নত্তে হায়দুনা হন্না ফাওবা য়েংনববোইদ্রা? অদু ওইবদি ঈগী মবী হায়বদু কদায়নো? নুংশিবা থম্মোয়গী লীপূনদি লৈববোইদ্রা? ইনেম্মদো অমুক ফৎ চঙলকখি। ঐগী ব্রাখল কাযখি।

"কৈদৌবে অমুক উংদনা লৈবদি থবক্কা চৎলবোইদ্রা?"

"চৎলবোই।"

"নশাদু ঙমদ্রববা?"

"ঙম্মী। ছুটি লৌবম্মে। মীটিং অমত্তা য়াওকগে তৌবা।"

"অদুদি হৌগৎলোদনা।"

"ঐনা হীপ্পসিবু যাদ্রবো?"

"যাদে হীপ্পগা অমত্তা। ইনেনা লুহোংলো হাযকবগী তৃমিন লৈবিবো? শুকহায হায়ববোই। নঙনা পাম্বদুতা তৌবো ইমৌসিদি।"

"অদু নহাললনা হায়বা যাদ্রা ইনেম্মা।"

ফূক হৌগত্তুনা ইনেম্মবু চেৎনা কোনশিল্লুবি। খংহায হাযবকই, "থীদা অঙাওবীসিদি।"

"ইনেম্মা।"

"কৈনো?"

"ব্রা অমত্তা হংগে।"

"অমত্তা নত্তে, তবাদুম হংঙু।"

"হুং তৌবক্লনি, নত্তে হায়বা।"

"কবিনো হায়বোদনা?"

"ঐনা হৌজিক যূম পাল্লুবগা ফংলুগদৌবিবসি কবিনো?"

"মদুবা?"

ইনেম্মা ঐঙোন্দা মুন্না য়েংদুনা লৈখি। মদুনা মঙোন্দা কবিবু খলহনখিবা। ব্রাহৈদুনা ইনেম্মদা কবি ফাওহনখিবা। ঐ খঙই ইনেম্মগী পুন্সি, মহাও যাওদ্রবা পুন্সি মবেল। পুন্সিনি হাযদুনা নোংমতসু হবাও মোমোন্নবা মাযথোং উবা ফংখিদ্রি। শৃপ্নতগী নীংবা কাযবতনা মাগী মশকক্রি অদুগা ঙসিনা হল্লক্নবী মিংথোলদু লৌদুনা ঐখোযবু ঙাক-শেন্দুনা ইপা ইমাগুম নাউকোনবিবি। পুন্সিদা চৈনা কযানা যৈদুনা শেম্নক্লবা নুংঙাইবা মীৎকূপ অমত্তসু ফংলক্রবী ইনেম্মগী পুন্সিনি।

"ইনেম্মা।"

খংকৌ কৌকই। ইনেম্মসু খংখুম খুম্লকই, "কবি অমুক হংখিগদৌবি?"

"অশেংবা পাউখুম পীবা ঙমগদ্রা?"

"কবিনো হাযযু?"

"ইনেম্মা যুম পানবগী নুংঙাইবা মশক খঙলকখ্রববা?"

"থোইনু ।"

"অদুগা ঐবুসু ।"

"ফবে তোক্লো।"

"অদুদি অমুক হাযবনু। ইনেম্মগী সেবা ঐ অদুম তৌবগে?"

"অঙাওবীসিদি।"

নোকনীংদনা নোক্লকপা ইনেম্মগী মীনোক, ঈবা চেনবা মীৎ অনী উইশিল্লপ তৌদুনা নোকমিন্নখিবা। মথম্মোয ফাজিন্দুনা হাযবকখিবা ৱাহৈশিং, ৱাহৈশিংদুগী অর্থদি চাম্মা চাম্মনি। থাসু থার্জখিদবনি ইনেম্মগী মচীনদগী ৱাহৈশিং অসি থোবক্কনি হাযবা। কযাদা শাফ্ কনখিবা।

"ইনেগী পুন্সি উবগা পুন্সিসে পেল্লে সিবা থোইনু। অঙাওবীসিদি ইঙাও ঙাওশিন্নবদনা হৌগৎলু। ঐ থবক চৎথোক্কদবা লৈ। নঙ মীটিং চৎকনিসু হাযদাই।"

ঐগী ৱাহংগী মপূং ফাবা পাউখুম পীবমদনা থোকখিবদু ঐ যেংদুনা লৈহৌখি। ফাঙম পুঙমদ্রবা ৱাখলমদা ইতাউ তাউখি। নীংশিংবগী ঈথক ইপোম্লক্তা অমুক অমুক মঙলাক্লবগুম তৌখি। ইশানা ইনীং তম্না লৈগে খল্লকপা মীকৃপ খৃদিংদা কাউগে খনগ্রবা শক্তম অমগী খোঞ্জেল হঞ্জিন হঞ্জিন তাবকই। থৌদোক কয়াগী নীংশিং মর্মিসি মৃৎঙমদনা থম্মোযদা তাহৌবি। মাগী ৱাহে খৃদিংমক নীংতম্নীংবনি। মীপৃম খৃদিংমক মশাগী অধিকাব ফংহন্নীংবনি। তৃমদুনা লৈকববা কযাবু মীকপ থোকহনবনি। তত্তনদি হাযখি—

"থোইনু মী ওইনা পোক্লদি মীওইবগী মশাগী ফংফম থোকপা হক ফংনবা হোৎনগদবনি। ইশাগী ফংফম থোকপদুবু মীনা মুনগ্রদি ঐখোয হিংবগী কান্নবিব্রা? ইশাগী হকতুদি ইশানা ফংনবা হোৎনবা তাই। মসিদা নুপী নুপা হাযবা অমা লৈতে।"

"তানীংদে, মতীক চানা লাইবিক-লাইশু হৈববা নঙনা, শিনফম অমা ফাওবা মায পাক্লবা হোৎনজবা ঙমদবা, নঙনা লৈবাক্কী মীযামগী কবি তৌবা ঙমগদোইবা। কান্নদবদা মতম মাঙহল্লগা।"

"ঙমদে, চুম্মী। লৈবাকসিদা লৈবিবা ৱাচৎ ৱানোম্না, কবপ্‌শন, অদুদগী ঐখোযবু লৈবাকসিগী নৎত্রবগুম যেংলিবা মীৎযেং থাক খেন্ননা থল্লিবা ঐ ইশাগী কান্নবা ফংদ্রবসু মীযামগী কান্নবদি হোৎনবমগনি। নঙসু পান্নদি ইতুং ইল্লকউ।"

"পামদে, পামদেকো ঐ, নঙগী অদুগুম্বা নীংতম্বনি কাযনা ইশা ফাওবা নীংতম্বা ফংদ্রকালসিদা ওইবোইদবা। নতুংগা ইনবগা পামজদে। মীযামগী কান্নবা তৌবা মমালৈবাক নীংবসিবু খূৎলায পাযদ্রবদি যাদ্রববা? কান্নদবদা ওইবোইনে?"

"কবিগী ওইবোইদৌবিবা? ঐখোয কনাগীসু মীখা পোল্লমদে।"

"পোল্লমদে খঙই। নথন্তা লেপচনবা নঙগী কবি লৈববগে? কনাদা অমুক তাংজগদৌবিবা, থায়নগী মতৌদু হেক্তা ফংলগদ্রা? চাওখৎলবা লৈবাকশিং হাযবক্কনি। মখোযনা ঐখোযবু কবম্বা মীৎযেংনা যেংবিবক্কনি খঙলব্রা? চাওখৎত্রিবা কাঙবুনি হায়বা নঙসু তাববা নৎত্রা কান্নদেসে নথন্তা হিংবা ঙম্নবা অমদি হোৎনৌ।

নুমিত্তু যেৎনবা যাবা মাগা যেৎনবন্নগা ঐ যূমদা হল্লকখি। মাগী পূক্রিং ঐ খঙখি। লায়ববনা হঞ্জিল হঞ্জিল মাযথীবা ওইববা মাগী পুন্সিনা সমাজগী অমোৎপা শেংদোক্লীংখি। ঐ খঙই—নীংখ্রবদি হোংঙু হাযবসিমদি যাবোই। ফৈ, মাসু মাগী অপাম্বদা চৎখি। ফি হোংনা হোংনা মাগী ব্রাখলনা ইশাসি ইকম লূমখি। ফমুংদা ঙাইহাক পোখাগে খন্দুনা হীপথবদা ঙাযবি, খোঞ্জেল অমা তাখি—কপঙাং ঙাংবা খোঞ্জেলদু ইনেম্মগীনি। পেন্দবা মযাম অমা অবৎপা যাওদনা মবী মবী শমথবি,

মীটিং অমত্তং চৎলুগে খল্লম্বা ব্রাখলদো খংহোং হোংশ্লে। পোত্থাফম খঙদনা লেপ্পুনা তাকবি।

"ঐ সুকচৎ চৎলোই। খাঙবা যাবা খাঙলেনা। মসিদগী হেনবা খাঙনবা পাঙ্গল লৈত্রে। মীবু শা-শন ফূদৌনা হেক মফূবা, লৈহন্নীংলগা হেক লৈহন, চৎলো হাযবগা হেক চৎহন মসিবু মীওইবগী লীচৎলা? হবাও নুংঙাইবগীসু মীবু মওৎপা, অশাওবা পেন্দবগীসু হেক মফূবা। নুপী ওইবীগী স্বর্গনি হাযদুনা মফমদুদা ঐবু শিবা ঙাইনা লৈবদি ঙম্লোই।"

কবি কবিনো যাম্না ঙাঙখি। নুপী ওইবীদি মযূম পাল্লগা মপূবোইববু লাইগুম নীংগদবনি। মফমদুদা নঙগী মোংফম ওইবা তাবনি। মযূম পানখ্রদি অব্রা-অনা ময়াম খাঙবা তাই। পাম্মী হাযদুনসু চৎনবীনি হোংদোকপা যাবা নত্তে। ভাব তানবা অকনবা পাউতাক কযা কনানোমনা পীখিমাল্লে। মদুনা ইনেম্মগী অশোকপা মফমদা হেন্না চৈনা পীবা নত্তনা ইনেম্মগী পূক্লিং হোংহনবদি ঙমখিদে। চৎনবীবু ইনেম্মনা শীংনখি, চৎনবীবু হোংদোকহনবা পামখি। মসিখক্তনা ইনেম্মগী থৌনা ওইখি। অবোইবা ব্রাবেপ লৌখি ইনেম্মনা অমুক মপূবোইবগী মনাক্তা চৎলবোই। যূমসিদা লৈহন্নীংদ্রগা কদাযদনো অমদা চৎখিনবা ব্রাবেপ লৌখি। ঐ নীংশিংলি ইনেম্মগী ব্রাহৈদো—

"ঐ পূম্নমক খঙলগা লাক্লবনি। ঐবু মফমসিদা লৈহন্নীংদ্রগা কদাযদনো অমা

চৎখিবা হায়বদুনি। মখূৎ হল্লক্কবোই খঙলবা মীদা খূৎ থাবদি থৌনা ফবনি হায়বোই। ঐ সুকচৎ চৎলবোই।"

ইনেম্মগী থম্মোয়দা ফাওবিবা পুঙমদবা মৈশাদু ময়েক শেংনা ঐগী থম্মোয়দা তাখি। নুপীগী মবাযবক, নুপাগী মিনুংশি মীৎয়েংখাদা লৈগদবনি, মখোয়গী থৌজালগী পাথোবকপা ঈচেলদা তাউদুনা লৈগদবনি হায়বসিমদি তশেংনা যানীংখিদে। ইনেম্মনা যূমসিদা লৈববদা মাম্মা তত্তনা লাকখি। অদুবু অমুক্তসু মওং তানা লাকপদি উখিদে। নুপা ওইবগী গুণ হায়বদুবা খঙদে শীংনবা, লাউবা গুম্মী হায়বগী মওংদা ইনেম্মবু চৈবা, ফূবা নত্তনা, নোংমতা মীওইবগী থম্মোযগী মিনুংশি উৎতুনা ঙাঙবা ঐ থেংনখিদে। মবাল লৈজদ্রবী পুক্নিদা হিংবগী মহাও মচেৎ অমত্তা খঙবা ঙমজদ্রবী, হিংনবা হোৎনজবদা মখোঙ থাংবা থোকঙমদ্রবী ইনেম্মবু তত্তনা অথীবা ৱাহৈ, ফূবি চৈবীবগী চৈনা নত্তনা কবিসু ফংহনখিদে। চৈনাখোল কযাগী মবক্তা অথীবা অমুবা বদনাম কযা পীবিখি। 'লুহোংদুনা লৌবা নুপীনি, মাম্মনা হাযবিবমখে য়াগদবনি কনাসু কবিসু হায়বা য়াবোই। মাগী নুপীদা মানা তৌনীংবা তৌবদা থিংবিনবা মী লৈতে' হাযবগী ৱাখল্লোননা মাম্মনা ইনেম্মবু নমদুনা পুনবা হোৎনখিবদা ইনেম্মা মচি ফাওবা লেঙখিদে। নুপাগী মখাদা হিংদ্রবসু হিংবদি মনীং তম্না হিংবা গুম্মী হায়বদু উৎখিবনি।

"ঐ চৎলোই সুকচৎ চৎলোই নঙসু নঙগী অপাম্বা তৌখ্রো। ঐখোয় অনী মবী লৈনদ্রে।"

"নুপীনা অদুম্না হাযবগা য়াগদবা নুপাদু ঐ নত্তে। নুপীনবু মাগী নুপানা হাযবা যাদনা কনানা হায়বা যাগে হাযবিনো।"

"ঐ চৎলোই।"

ৱাহৈ অসিদনি মাম্মনা পাযবকপা লীচৈদুনা ইনেম্মদা কম্থবকখিবদো। ইনেম্মা মচী লেঙখিদে। অনীশুবা হাইগৎলকপা অদুমদি মখূৎ অনী চঙদুনা ফাখিমাল্লে। অশাওবগী নুংশাম্বব অমদি তাখি। ইনেম্মগী মীৎতগী পি মবীক অমা ফাওবা তাবা উখিদে। লীচৈদুদি কন্না পাযখিবা উখি। উপায় লৈত্রবা মাম্মা ঙাঙবা য়াবা লাউবা য়াবা লাউবল্লগা হনখি। নুপা লৈনা লৈনা নুপা মবোল মবোল থম্বীনি 'ওক্তবী' বদানামনা মশা শীনবা থুংনা তৈশিনবিবমখি। পূম্নমকসে ঐগী থম্মোযদা চূদুনা লৈখি। নুংঙাইবা মীকূপ অম ত্তা শকক ফংজদ্রবী, অৱা-অনা কয়াগা লাম্থেংনদুনা লাক্লবী ইনেম্মবু হঞ্জিল হঞ্জিল নুপা ওইবগী লমচৎনা হেন্না অৱাবতা ওইহনখিবনি। ইনেম্মনা লোম্থোক্তবীগুম লৈখিবনি। মশানা অৱাংবা থাক্তা কাখৎনা হোৎনবদা নুপীদুদি নমথদুনা থম্বিখিবনি।

ঐসু ইশাগী মপূং মবৈ ফাগৎলকপা অপাম নুংশিগী ৱাখল খঙলকঙৈ ঐবুসু কন্না

চিংশিনখিবনি। কবিগুম্বদা ইশা খঙনা, কবিগুম্বদনা মঙগুম্না। কবিগুম্বা তাঞ্জাদা মনাক্তা নকশিনগে খল্লকপা মীকূপ অদুদদি তমথীবা মাম্মগী মশক্রুম হেক হেক উবকখি। উবকখিবা মীকূপ অদুদদি মহাক ইমাঙদগী হেক হেক মাঙখি। অকন-অকনবা মবৈ, নুপা নুপীগী মবী, হায়বা ইনবা ইন্দবা, চৎনবী চৎনদবী লৈবাক নীংবা নীংদবা, মনীং তম্বা তমদবা, মদুগী তর্ক চৎনবী, মীনা শেম্না চৎনবী, মীনা শেমদোকপা যাই, মীনা ইন্দ্রবসু যাই। অফ-ফত্ত খঙলবা ফাওবদা নুপীনা মূর্তিগুম লৈবদুদি ঐ পামখিদে। অফ-ফত্তদি ইশানা লেপচগদবনি। তাঞ্জাদুমক্তা ইনেম্মগী অহৌবা খোঞ্জেল অমনা—

"হাইমা হৌগৎত্রিবা? অমুক মঙ মঙ লৈববা। লুহোংউ হাযদি হেক যাদনা।"

"ইনেম্মা নহাক পুক্সিদা যুম পানবগী নুংঙাইবা হায়বদু খঙলবা নৎত্রা? ঐ তশেংনা লুহোংবা পামদে। ঐগী থবক মযাম অমা লৈবি। পুম্নমক লোইনা তোক্লো হাযব্রা? ঐ নুপানা চাউবা সমাজসে যানীংদে। নুপীদি মবম ওকপীনি, হাযবা ইনবীনি হাযদুনা মশাগী অপাম্বা অমা ফাওবা ফোঙদোক্লবা পাঙ্গল পীবিদবদো ঐ যানীংদে।"

"থোইনু নুপা নুপী হাযবসে থাদোক্লবা যাদবনিনে।"

যাদসনু, নুপাতনা নুপীবু থাদোকপা ঙমজদবনি। নুপী কযামদি নুপা যাওদ্রসু হিংবা যাম্না লৈ। ইনেম্মসু নৎত্রনে?"

"থীদা অঙাওবীসিদি।"

"অশেংবনি ইনেম্মা ঐ নীংতম্না কবিগুম্বা খবদি তৌনীংই। নুপা নুপীগী অচেৎপা লীপুননা পুনশিনবা পামদে।"

"মদুনা নঙগী ব্রাখলনিদনা।"

"ঐগী ব্রাখলসে মপৃং ফানা পাঙথোকপা ঐ পাম্মী। ইনেম্মাগী পুক্সিসু খন্দুনা যেংঙুনে।"

"সিনা ইনেম্মগী লাইবক্তা ঈশ্বরনা তম্লকপা হাযদুনি ইবেম্মা।"

"কবিগী ঈশ্বরনা তম্লকপা, নুপীনা শোযবদি ঈশ্বরনা তম্লকপনি মহাযবা। নুপী মশানা মশাবু অসুক যাম্না হস্থনা খল্লিবসিবু কবিগীনো? মশাবু লাল্লি চুম্মী হাযবগী বিচাবদি ইতৌমক তৌবা যাদ্রববা?"

"ফবে ইবেম্মা নঙগা মবৈ তৌনবা ইনেগী শক্তি লৈজদে। ইনে থবক যাম্না লৈ। খবদি খল্লুকো নঙ।"

ইনাক্তা লৈবম্না ফোনদু ক্রিং ক্রিং খীংলকখি। লৌখৎলুবদা ক্লিনিকতগী লাকপা ওইবম্মী ইমবজেন্সি কেস অমা লৈবে খীত্তা থুনা লাক্লবা হাযবকপদুদা খংহৌ তৌগৎলি, ফি তনহোং হোংলুই। ঐনা হোবে হোবে তৌবদু পাখৎনা হংলকই,

"নঙবু মীটিং লৈ হায়বদু। চৎলবোই হায়দাইনে?"

"অকুবা ইমবজেন্সি কেস অমা লাকই লাক্তবা যাদে হায়বকই। মীটিংদি চৎলবোই। থুনা হল্লক্কনি।"

"নঙনা থুনা হল্লক্কনি হায়বসিদি হিংচাবীনা শবী শোনবদুবা? মীটিং, অনাবা য়েংবা লোইববা সিনা।"

চেঞ্জিং রুমদা চঙদুনা ফি হোংলুবগা ওপবেশন রুমদা চঙলুই। নোংমৈনা পানবনি। নোংমৈ মরুদু লৌথোক্লুবা হোৎনবদা ঈ য়াম্না থোকমনখিদনা অকুবা ফীভমদা লাকন্নবন্নিনি। মনাক চঙশিন্দুনা হেক লেপ্লুবদা ইশাসি অশাবা ঈনা ইশা শীনবা থুংখি। মাযদা হুমাং অনপ্পী কাবরুখি। ইশা পূম্না ফোং ফোং শাবা ঈনা চেনবগুম তৌখি। ঙাইহাক্তংদি মীৎ উইশিন্দুনা লৈখি। ইশাবু লাকশিঞ্জবগা খূৎ থাবা হৌখি। মায় পাকখি ঐনা হোৎনজবদু। 'ওপবেশন সক্সেস' অশোকপদুগী থৱায় কনখি। য়াম্না চেকশিন্না হোৎনখিবনি ময়াম চঙদুনা শোযদনবা মায পাক্লবা। মা অমা শোযখ্রবদি লুচিংবিনবা যাওদনা মচেৎ কযা থোক্লা কাযখিবসু যাবিবনি। অদুগা থবক অসি ফোংনসু তৌবা যাবা নৎত্রি। মহাকপুদনি কোযতান তান্নবিবা। মহাকপু হিংনা নৎত্রগা শিনা ফংবদা লুপ্পা কযা পুদুনা চৎলিবা মীশক্লি। কবম্না মফম অসি তান্না পুবক্লিবা।

তাঞ্জাদুদা হাযবকখি, "দোক্টব যাম্না ৱাবিখ্রে। দোক্টবনা ঐখোয সাববু কনবিবে," মখা তাবকখি, "দোক্টব পেসেন্টসি মশক খঙবিব্রা?"

"খঙই। নৈবাক্কী অচৌবা ওইবিবা, মীযাম্না যাবিবা মীশক্লিনা খঙবদা লুনা থোক্তে। মতম অমদা ঐগী ক্লাসমেটনি। লুনা তিন্নবকই। কুইবে উনখিদবসু। ঙসি ওপবেশন বেদসিদা অমুক থেংন্ববে। ঙসি থেংনবমদ্রবদি অমুক উনবা ফংদনা পুন্সি লোইবম্বসু যাই।"

"সাবদা ঐ তমজগে। চৎলমদাইদা অমুক্তং উনবদি নুংঙাইনি। ঐখোযদি মফম খঙবা নত্তে ঙসিনা কদাযদা হযেংনা কদাযদা। ঐখোযদগীদি সাবনা অমুক হেন্না মফম খঙবা নত্তে। সাবদি ময়ামগীনি।"

"ফৈ ময়ামগী খনবা ঙল্লিবদু, অদুবু মবৈবাক নীংবা কাঙলূপ মশীং যাম্লক্লিবা মখৈ ফংনীংলিবা পান্দমদু ফংবা ঙম্লোই। হৌজিক্তি, মী খূদিংমক মশাগী ৱাখল লৈনববা ঙাক্তনি। অফ-ফত্ত খঞ্জবা ঙম্নবনি। শক্তিনা নম হাদুনা পুবকপা মিনুংশিদগীদি অশেংবা থম্মোযদগী থোবকপা নুংশিবনা লাযনা খূদুম চনবা ঙম্বনি মসিমত্তং পাউ ওইনা তম্মু। অপূনবনা পাঙ্গলনি। মতুংদসু অঙম্বা মতেং পাংজগে হায়বকই হাযবিয়ু।"

"ফনি দোক্টব।"

"ফবে, ঐ অমুক হল্লগে।"

কোম্ভোং লানশিনখিবদা ইনেম্মনা ঙাইদুনা লৈবমখি। থেঙনা হল্লকই হাযদুনা পংঙাঙদা ঙাঙলি। নুপীনি হাযবা কাউবমাল্লে। মতমসে কদায় যৌবগে হায়বা ফাওবা য়েংদ্রমাল্লে। ইনেম্মা মথন্তা ঙাঙলিবদু ঐনা তাববসু ৱাহৈ অমা ফাওবা খুন্নুদ্রে। অবানবা অমত্তা যাওদবা ৱাহৈশিংদুগী মবক থৎলুবা ঙমদ্রে। নোকফেৎতমক তৌবকই। ঐগী কাদা ফি হোংদোক হোংদোক্লা ইনেম্মনা ঐগীদমক্তা ৱাজবিবদু উকই। হংনীংলুই "ইনেম্মা ঐসিবু নুপী নৎত্রববা?" ইনেম্মনা শাউনা চঙখিবদু ঐ য়েংদুনা লৈহৌখি। ঐনা খনখি— 'কবিগী মশানা মশাবু তোম্ন্না খঞ্জবিবনো? ৱা ঙাঙবা ঙন্নবা মখোযনা কবিগী অচুম অবান লেপচবা ঙমদ্রিবা? মখোঙদা চৎনবীগী যোহ্লিংনা থাংজিঞ্জবগা মখোঙ থাংবা ঙমদনা অসুক ৱানা চৎলিবা? লূন্নবা কোকথোং অমা মকোক্তা থোনগৎপিবগা মঙম শান্দনা চৎলিঙৈদা অমুকসু শাজৈ থাদুনা থুনা চৎনবা হোৎনবিবা মীওইশিং অসিনা কবন্না? মসিবু পুক্সিনি হাযদুনা পেম্থোক্লা লৈবা তাবিব্রা? অদুগা নাকল অমদনা মীবৈবাক্কীদমক চাফম তৃম্ফম খঙদনা হোৎনজবিবা মীওইশিং অশেংবা অচুম্বগী মশক মাঙহনবিবা কাঙলূপ নীংতম্বগী মাযখূম মকমদা মশাগী ওইজবা শেল, লুপা ।' ৱাখলনা উংলিঙৈ ফোনদু অমুক ক্রিং ক্রিং ।

"দোক্টৰ ঐখোয চৎপা তাবে। মতাং চাবা অমদা লমন শিংজগে। ইশাগীতা নত্তনা মীযামগীসু খনবিবদু খঙজবদা থাগৎচবি। মতুংদসু মতেং পাংবিগনিদনা।"

"স্যাব, মাযপাকপা ওইযু।"

খোঞ্জেলদু তনীক তনীকখিবগুম তৌখিব্রা? কুইনা তাকদ্রবসু খোঞ্জেলদু ময়েক শেংনা খঙই। মাসু মাগী পামজবা লম্বীদা চৎখিবনি। মীযামগী ওইখ্রবা পুক্সিনি। অদুবু মদুনা কযা যাম্না মাগী পুক্সিদা মাযপাকপা ওইবিবা?

অমম্বা অথেঙবা অঙনবা থিদনা অনাবা কযাগী মতেং পাংখি। নোংমসু থেঙনা, নোংমনা তূমদবমখৈ মীযামগী তুংগী আশা লৈবিবা নহাবোল কযাগা লোযননা চীং-মাল খাক্তনা চাওখৎপগী মঙাল ফংবদা ৱাববা মফমদা কোযচৎ চৎখি। মখোযবু এব্রোবনেস পীনবা হোৎনখি। ইনেম্মনদি তত্তনা হাযখি,

"থোইনু নঙগী থবকসে যাম্মনখ্রে খবসু পোত্থাবা তম্মু। থবক, থবক, হযেংনে নঙগী হাযবা অততাই লৈবোইকো।"

ঐহাক নোকপতমক নোকখি। ইনেম্মগী ৱাহৈদুগী পাউখুম পীবদি ঙমখিদে। হংবদি হংনীংলুই, "ইনেম্মা চাফম তৃম্ফম খঙনা মবৈবাক্কীদমক হোৎনজবিবা মখোযদু মতেং পাংবদা অৱাবা কবি লৈরুদগে?" মখোযগী পুক্সিবুদি পুক্সিনি হাযনা

শীংথাবিববোইদ্রা?

"থোইনু," খংকৌ কৌবকখি ইনেম্মনা।

"হুম ইনেম্মা।"

"কদায় চৎলুবিনো নঙবু। নঙবু থিবা মী খবা লাক্লম্মী কবি কবিনো য়াম্না হংলম্মী।

"লাকচসনু অনাবা যেংবা ওইবমগনি।"

ইচম চম্না খুমখিবা পাউখুমদুনা ইনেম্মবু পেলহনবদি ঙমখিদে।

"ইনেদি নঙসে জাৎ জাৎ খল্লক্লে ইবেম্মা কান্নদে লুহোংনবা তৌবসি।"

ইনেম্মগী ৱাহৈদুগী পাউখুম পীবা ঙমখিদে। পুন্সিগী ওইবা অহোংবা লম্বীদা চৎনবা হায়বদা কবোক পোকপগুম পোকখিবা, ৱাহৈ খুদিংগী মবৈ তৌবম্বা ঐগী চীনসি নুমিৎসিদদি ৱাহৈ অমা ফাওবা ইনেম্মদা হাযবা ঙমখিদে। ঐগী অহোংবা শাজৎ উবগা কবিনো অমদি খনখিবগুম তৌখি। পূক্লিংদদি খুমখি ইনেম্মা পুন্সিসে মীযামগীদমক অঙম্বা মতেং পাংবদা কবি কাযবগে? ঐসু ঐনা ঙম্বদা মতেং পাংবনি। খূৎলায পাযদ্রবসু মমা লৈবাক নীংবদি যাই। মসিমক্তংদি ঊৎনীংই।

নুমিদাংনি টিভিদু থাগৎলুই। পাউদুগী মকোকমক্তদা যাওবকখি—"শকখঙদবা নহাবোল খবগা আর্মিগা কাপ্পবদা হান্না শোক্লুনা লৈববা লুচিংবা অথৌবা নোংমৈনা পান্দুনা শিবে।" ইশাসি ইতন তন্থুখি। তৌফম খঙখিদে। টিভিদু মূখৎলগা ফমুংদা তপ্পা হীপথখি।

